# ঈরোন্নুংগী লৈরাং



পুন্নিবা সোইরেন

# ঈরোল্লুংগী লৈরাং

অইবাঃ—

পুন্সিবা সাইরেম

মমল লুপা ১৪/–

# থৌনিজবা

চংজরি নফমদা নহাক্কী
অচৎ-চক্তা পুম্বগী ওইরিবা,
চংজফম, পুঙম্বা মালেম্বু
খুরুমজৈ খুয়াখাদা নংগী ॥

ফিগাও শানা য়াজৈ
লৌশিং, মতিক ঈথৌনা
পীনবিয়ু খজিক্তুং ঐবু,
পামজদে, খনজদে অতৈ ॥
অঈংবা পীনবিয়ু তাইবংবু,
অরান-অহুই ঙাকপীয়ু
শোল্লবা ঐগী পাঙ্গলনি ॥

লৈচল চাদ্রবা লৈপরেংশুম,
ৱাহৈ চুমদ্রবা ৱারেং,
ঈরোম্মুংদা শাৎপী লৈরাংনি
লৈহনবীয়ু পাঙ্গল ঈথৌনা ॥
হুকচগে ঈরোম্মুংগী লৈরাংসে
পোক্লফম 'মাগী ঙকশমদা
লৎনবা লৈহনবীমু নহাক্লা ॥

অইবা—

# অয়াবগী চেরোল

পুন্সিবা সাইরেমগী "ঈরোম্নুংগী লৈরাং" খুৎই ওইরিঙৈদা পারে। লাইরিক অসি মৈতৈ লৈবাক্কী তিনকোক-লাইকোকফম, হী-য়াই শিদ-য়াই, লাইনিং লম্বী অদুগা লৈমহল অমদি তোম্নুরেম্বী-না চীংঙু পাঙম্ব খুরুমজবদা মশা-মশাগীত নত্তনা মীওইবা খুন্নাইগীসু য়াওনা থৌনিখিবা, অইবগী রাখন্দগী থোরকপা ইবোয়াইমা, ইবোচৌ তোম্নুরেম্বী, লৈমহল অদুগা লাংফম তরুক কল্লকপা, লৌনম্বা, নাপল, অশাওবা, অপাম-মুংশি, মিহৌবনা থল্লবা চাওভলগী লমচৎ-শাজ্বৎ, মরুপ ওইবগী কৎথোকপা ঙম্নবা ইবোহলগী শেংলব লমচৎনচিংবগী মহাওনা থল্লবা তাংকক কুম্না লৈতেংলবা অমনি।

লাইরিক অসি ১) মীওইবগী পুন্সি অসি অরাবা-মুংঙাইবা তুক্কচবা, কনজাওবনচিংবগী রাখল অমসুং লাইরবা-ইনাকখুম্বা চান্নবা, য়েক্লবনচিংবা ফিভমশিং অসিনা রারক্কুনা লৈ। ২) অসিগুম্বা পুন্সিগী ফিভমশিং অসি ইবোচৌবা, তোম্নুরেম্বী, লৈমহল, চাওভল অমদি মাগী কাংলুপ লুপা পীদুনা রাঙবা য়ারবা খরা অসিগী মরাই-বক্কা অইবনা থোরকহল্লিবনি। ৩) লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মীওইশিং অসি অমগা অমগা রারী শাই। ৪) রারিশিং অদু কম্মোংপুৎ অমদি য়ারলপাৎ চীনগোই তুরেল ময়াদা থৌদোক ওইনা থোকহল্লি। ৫) কংলৈরোল অমগুম্না রারী লীবসু য়াওই অদুগা চেবাও লৈমহল্লনা ইবোয়াইমদা পীরকপসু থেংনৈ। ৬) অইবনা

মাগী ৱাখলদগী চুম্না পাবদা মুংঙাইনবতা নত্তনা কংলৈপাক্কী মফমশিং অসিবু নৌনা অমুক ছৈথাত্নুনা ইরি। ৱারী অসি ১) মপুং ফারে অত্নুগা হী মরু, য়াই মরু থোককফমদি মপুং ফারে অত্নুগা ৱারীগী শরুকশিং অমগা অমগা ককথৎনদে। ২) ৱারী অসিগী শরুক-শিং চুং-ফিয়াল চারে। ৩) ৱারী অসি হয়াগুম্না মীশক খরদা পান্দুনা ইবা মান্দে। ৪) অচম্বা ৱাফম অমবুসু অইবগী থোর্জিনা থোইদোক হেন্দোকপা ৱাফম অমা ওইহন্বা ঙমই। ৫) থৌদোক-শিং মথং মথং চথরক্লিবা অত্নু মরম চাই। ৬) অয়োইবগী শরুক অত্নু ফোংদোক্লিবা থৌদোকশিং অত্নুগা চায়ে।

লাইরিক অসিগী পান্দমদি কংলৈপাক অচম্বা লৈবাক নত্তে। ৱাখল খরদং খল্লবদি লাইনা থারকপা চহী য়ৌনা হকচাংদা ভিন-চেল্ল-লাইচেলদনা হিংবা য়াবা মতিক-ময়াই চেল্লবা সনালৈবাক অসিবু অপাবশিংনা ৱাখল চংবিনবা ফোংদোক্লি। ইরিবা অফবা পুম্নমক অইবা মশামক্না খঙনা ইরবনি। অমসুং মীওইবগী অশেংবা পুন্সিগী শাজিম্বা ৱারীনি। থোইদোক হেন্দোক্না মৈতৈলোলতনা ইরকপা থেংনবসি ঐনা থেংনরকপশিংগী মনুংদা পুয়া নত্তনা অহাম্বনি। ইনখৎলক্লিবা, হোৎনবা কনবা, মরিংজেল পানবা মমা লৈবাকপু মুংশিজবা অমনি হায়বসি লাইরিক অসিনা তাক্লি। লাইরিক অসি শেমদোক্লগা হোৎনরবদি তুংগী মহৈ তমফমশঙ্গুদা তম্নবগীদমক মীয়াম্না পাম্নরবা অমা ওইগনি তুংদসু ঈরোম্নংগী লৈ-রাংগুম লাইরিক অতৈসু ইরক্কুনা মৈতৈলোলবু য়োকখৎলগনি হায়না ঐনা ফোংদোকচরি।

য়াইমা তেনগুবা

১১।৭।৮৮ এসিষ্টেণ্ট টিচর খুয়াই গার্লস হায় স্কুল।

# ৱাহৈ থরদং

অচম্বা ৱাথক্লদা অহানবা খুংই ওইনা ইজখিবনি চম্লবা ঐগী " ঈরোম্নুংগী লৈরাংসে " । চিক্লবা চীংম্না-তময়া অমদি লাপ্লবা চীংনুং কয়াদা খুন্দা লৈতাহুনা হিংলিবা পুন্সি কয়া কনাবুস্থ থংবি উবিখিদে । থাপ্লবা চীংনুংগী লমদমদা চিক্লা লৈশাং তমজবী লৈরাং কয়াগী পুন্সি য়েংবীনবা ম্নাওদনা মালং শহুম্নক্লা কেনখিবা কয়াশিংহুবু উরুবগা পোত্থাফম থংদ্রবা থম্মোয়শিনা করম্নবু খাংগনি ? পাঙ্গল থোক্ত্রবা ৱাথলসিনা থরদং পাওদমজবনি । মহৌশাগী শক্তমদি অস্নুমক লেংদনা লৈগনি, হোংলকইবদি খুং-শেমদনি । চাওখৎপগী অয়োবী থাক্তা লৈপ্রবস্থ লেংজদ্রবা মহৌ-শাগী অমত্ত ওইবা পুকচেলবু নিংশিংবিহুনা অপুনবা কল্লক য়েংথি য়াওদ্রবা খুম্নাই অমা লাক্লবদি কয়াদা নুংঙাইজগবা ! কাপফৈ - কাপফৈ চৎপা হৈরকপা, শেংফাক্ত্রিবা খোনজেলনা মতং মতং ওইবা ৱাঙাংদা মমা-মপা ওইবশিংনা লকুহুনা নুংঙাইজবগুম করিস্থ থংজদ্রিবা অপিকপা অঙাংগী মতৌগুম খনবীহুনা নুংশিবিয়্নু । অহানবা খুংনম ওইখিবনা অশোইবা কয়া য়াওরমগনি, অৱাংপা-অহেনবশিংবু তাকপিরকউ মথংগী খুংনমদা চুমথোক্লবা হোংনজগে ।

অরোইবদা, চহী কয়ামুক কোংদোক্লনা লৈরুরবা, মাংলুরবা রাখলবু নহোন্না পুক্লিং থোগৎপিরিবা মুংশিজরবা মরুপ-মপাং, ইচিল-ইনাওশিং লোইন্না প্রেসকী মীওইশিংবুস্ন তৌবিমল থংবা উৎচরি ।

তাং ১১ । ৭ । ৮৮ ইং,

অইবা :—

# ১—"নীংঙমহৌদবা"

নোংজুধা লোইখিবগী তশেং-তশেংলবা অতিয়াদা নিংথিরবা মুনিংকী মশেক মরক্তা ঈংনা লিরিহুম্বা মালং মানা শিংলকপদদি শাবী শানৌ কয়ানা মুংওম্নবা মতম্নি।

অয়ুকী লিক্লা কংখিবা মতম্নি। নোংপোক চীংখৈদগী থোরকইবা কোরৌহনবম্রু ৱাতোন লোম্লকপদা লোয়া লমগী অচিকপা তাইবং কনা খওখিনি মতাগুম লৈশাং তমজবী শীঙেল ঈঙেল্লে, তনিক-তনিক ঙানজবী নোংঙাল্লমদাইগী শজিক্লুম অমতা পোকচবী মুজানি। পীক্লবা চীনগোই তুৱেলগী মুঙ্গায়রক্ত অৱাং পাংনা চেম্বরক্লিবা ঈচেলদা মুমিংকী মঙালনা য়ৈবদা অৱংবা মঙাল কয়ানা থৱানমিচাক্লুম মশিং থীঙমদনা থোকপগুম নিংথিজরি। নিংথিরবী মুজাশে মুংশি মমি তমলকপগী মুংঙাইৱবা ঈপাক্তা তাওরহুনা খুত্তা সনাবুন পায়ৱহুনা মালংবনা হুম্লকপদা মুৱবা শম্লাংনা অঙৌবা হকচাংদা জ্বাই জ্বাই তারহুনা ঈশিং শোক্কদগী কুমথরক্লি। লমুৱবা

লাইজদা থেংলুবদা ঈপোম কয়া কয়ানা তনিক-তনিক চৎখিবদো ঙাইহাক য়েংলুরগা রাখল অমগা লোয়নননা কাখৎলকই। ঈশিং য়াওরবা সনাবুলত্থ অচৌবা মুংপাক্কুগী মথক্তা থম্লহনা মাঙদা শাৎলিবা লৈরাং কয়াবু হেক্কুনা রাখলগী ঈপাক্তা থম্মোয় ঈরাং হৌরহনা হরাও মথোই কাজরি। থরাইনা তাজবা লৈরাং কয়াবু হেকচরে, হেক্লবা লৈরাংশিংদো অনৌগরী খুইশানা পায়রহনা য়েংজরি, মোমোনসু নোকচৈ। সনাবুন থম্লিবা মুংপাক অহু তম্না লাক্কুনা কোন্দু পুহনা চৎকে হেক তৌই। ঙসাই মখৈ লুমহনা মতৌহবু য়েংজরগা মুংঙাইজরম্লিবা ইবোচৌবা, ইকাই ইকি পুম্নক থাদোক্কুনা হায়জরকই,—"অমুক্তা ঙাইবিথো, করিগুম্বা অমতা হংজহৌগে হায়ববু"। মুজাসে ঙশাই মখৈদি মতোমতা ওইরবোই নিংলম্বদো হৌজিক্তি থরায়না পামজরবা মহাক্তো লৈরম্লবশিদদি মশা পুম্বা মিকুপ অমগী মনুংদা তুজুংখিবা খঙহৌদে। হংলক্লিবা রাহংগী পাওখুম পীবগী মতম থম্বদনা তনিক্লবা খোম্হোক্না ইঙ্গাং-ঙাওনা হায়দোকখি, "করি হায়বীগদবনো" ?

"লৈরাংশিংদো য়াম্না ফজে হায়বা" হায়ফম খঙনবা হায়-দোকখিবা রাহৈনি। নিংখিরবী মুজাসিনা মতৌহবু উরগা হায়মিং-ঙাই লৈতনা পাখং মাবু মুংশিজরি। পাঙদে হায়খিনি মতাগুম মহাক্কী মাইথোং থম্বালদো নোকমি-নোকমি থুম্লবা মীনোক লোয়ননা ইকাইদবা শারহনা হায়রকই—"লৈরাংশিংসিনা ফজরগা করি অকাইবা য়াওবগে ?" ইবোচৌবা মশানৌ মহাক্কী ওয়মা রাহৈগী মিৎয়েংনা মশানা মশাবু কাউবা হায়কহু য়োৎরে। হায়ফম খঙদহনা

মুজাত্নদা মুন্না য়েংলদুনা লৈখি। মুজাত্নসু অত্নমজাই, কর্ম্ম তৌগদব-নো হায়বত্নু য়ৌরবনি। পাখংগী মাওদা লৈশাবীশিংনা ইকাইবা হায়বসে হৌনশা ওইরমানে, মুংশি মাগী মাংদা মুজা ওইখীনা ইকাইজখিবদি করি হায়রুনি ?, "পায়বা কাওবদা লেঙলবা হোংঙু মকাদো মশাবী অত্নগা ৱারী শারিঙৈদদি হোংঙুনি হায়বা কাওখিত্নুম চিক্কুনা শান্নরত্নুনা ইকাইবা খাংজখিবা মুংশিবগী ময়াইনা হোংঙুগী লেঙবা থঙখিদবা, মশাবীনা চৎথবদা হোংঙুগী অরেঙবা চৈমা ফংজহৌই" হায়নব্রিবনি। অত্নম ওইনমক মতাং অসিদদি ইকাই-দবা শারত্নুনা হায়রকই—"হায়বিগদবা লৈত্রবনিনা চৎচরগেকো" হায়না হেক চৎকে তৌরকই। লাইরেল থেংনত্নুনা লাইচুরবা মীওইগুম মুজাগী মিৎয়েংদা পংথরবা মশাদো "চৎচরগেকো" হায়বা ৱাহৈসি তাবদা নংহৌররোই মতাগুম হায়রকই। "নহাক্কী লৈরাংদো ঐহাকসু লৈনা 'মতা ওইরবসু মনম নমজহৌগে হায়বৰু য়াবি-রোইদরা ?" মুজাগী নিংথিরবা খুৎশানা লৈ মনা অমা পীগে তৌই। অত্নবু পীবা ওমদত্নুনা লৈরাংত্নুদা য়েংলত্নুনা লৈরি। মুজাগী মতৌত্নুদা হায়রকই—"লৈরাং মনা অমতং পীবফাওবা পাম্মুরবনিনে" "পাম্মুবগী নৎচদে" —অত্নুদি কদায়" হায়রত্নুনা ইবোচৌবনা লৈরাংত্নবু লৌরগা থম্মোই পেম্না মনম নমজরত্নুনা হায়রকই— "কয়াদা মুংশিরবা লৈনমনো। মুংশিরবা লৈরাংগী লৈনম্না তাইবঙ থম্মোই হুরি। পামজরব্বা কনানা লৈরাং মাবু হেক্কে খল্লি। হেকপদি গুমলোইদবা মহাক অত্নগী খোইরাংজবদি কন্নাত্নু থঙব্রিদে। তোম্বুরেম্বী ঐহাক নংগী মকমদগী অনিংবা অমতংগী মথাদা ছিংনবা

থৌজাল অমতং নিজগে হায়ববু নহাক য়াম্না শাওনিংলগদ্রা ? "ঐহাকপু ব্রাখল থেনবী তাহনবীগম্নু, লৈরাংনা লৈশাং তম্নকপদি খোইমু মাগীদমক্তনি, নহাকপু অহানবা থেংনবা মিকুপ্তা থরাই কৎচগ্রবী ননাওগী পম্বুংদি ওসিগী লৈরাং অসিনা শরুগ্রগদ্রা হায়না ব্রাজেদো। "—করি হায়বা তোম্নু"! নংগী মুংশিবর পম্বুং ওইররোই লমখাংদা কায়না মৈচাক ফংগনি অসিরা ?"—"পুম্নমক মপু মাগী থৌশিম্নি। লেপ্পগদবা থম্মোয়না লেপ্পশি খওজনিংবা অমতংনা নহাকপু কৈদৌঙৈ হনগদগে?"—"ওসি হল্লগে, ঐনা লাক্লিব্রবা ফাওবদি ঐবু কাওরমগম্নুকো।" "—করিগুম্বা য়ুমদা হনবিগ্রবস্থ, লাইবক থীবি ঐবুদি নিংশিংবীরকউকো, ঐগীদি তাইবং-সিদা কনাস্থ লৈতে নওতনা ঐগী থরাইনি।" ইবোচৌবস্থ তোম্নুগী ব্রাহে কয়ানা থম্মোয়গী অরাবা কাওজরি তোম্নুরেম্বীনা ইবোচৌবগী মরুপ ইবোহন লাকপা উরত্নুনা মশাবীগী মফমদা কায়না ব্রাহে পীরম্লগা ময়ুম মাইকৈ পাংগ্রবদা, চৎথ্রিবা মশানৌবু য়েংলত্নুনা শোনজহৌই "—ওম্মোরুস্থ নিংথিনা ফজগ্রেদা চীনগোই ইমা নহাক্লা মতম লৈবা খিবিক্তা ওাকশেনবীয়ুকো হায়না শোনজত্নুনা তোম্নুরেম্বী-না লৈরম্বা মুংপাক অত্নুদা ফমথরত্নুনা চৎথ্রিবা মাইকৈত্নুবু য়েংজহৌই। তশেংনা হায়ররবদা তোম্নুরেম্বীবু উরুবা মীপুম খুদিংমক্কী পুন্সিদা কাওওম্লোই।, মহাক্তি তাইবং ব্রাংমদা মহৌশা লাইরেম্বী ইমাগী তম্পাক্তা নাইতোম শাৎচবী ঈশংনা কুপ্পবা মুংপাক্তা শাৎচবী লৈরাংগুম্বীনি। শেংলবী চীনগোই ইরুপফম্না চাম্নবী, ঈয়াইদা লৈশাং তমজবী লৈরাংগুম্বীনি। মহাক্কী অমুবা শম্লাংনি। কোই-রাঞ্চনবী মিৎস্না থম্বাল মিত্তানি। মহাক্কী শাবান থাত্নুনস্থ য়োররোই,

অঙুক্কী মতিক নিংথিজৈ। খজাই তাববু তনাদ্বী য়েংলুবা ওখোক্লস্থু ফজপ্রেদা নহাক্কো, ময়াম্মা শোন্নরীবা পাম্ন্থোইবী মহাক্কী শায়োনগুম নিংথিগদ্রা খল্লি। অস্থুম্না মশানৌগী রাখল তৌজরিঙৈদা মহাক্কী মরুপ ইবোহল য়োশিল্লক্লুনা চঙশিল্লগা হায়রকই।—"মহাক্লুবু করম্না নহাক্কী থম্মোইনা খোইদাদে হায়গনি?" —"শক্তম অতুমক্লি খনজখিবস্থু, পামজরুবা শক্তমদি ফংলে, অরাবা থম্মোয়গী মৈচাক কোক্কনি হায়ববু মরুপ ঐগী অরাবসে করম্না খঙহনগনি মহাক্কী মফমদা?" "ঙসিগী খোইয়ুম লাইনা তাইবঙ শক্তম লৌরিবগুম চিক্লবা থুঙ্গংদা পোকপী হেলোইদুবু থম্মোইশেংনা অতুমক মুংশিবীয়ু মহাকস্থু থম্মোই পানবনি।

"—অস্থুক চিক্লা পুক্লিং হুনা ফজরবা নিংথিবসিগী পোক্লফম লমদম লম্নুংশিসে থাদোক্লগা করম্না হুনগ্রসিগে? শক্তমদুবু উরুরগা থম্মোইসে হেন্না পুবা ঙমদ্রি, অরাবদা শরুক চাম্মা-চাম্মা হেল্লক্লি। "—ঐহাক্তি হুলহম্লিংদ্রবনি, মফমসিদা মতম খরা লৈহল্লগা মরুপকী অরাবা মৈচাক্লুবু লাইয়েং তৌবা পামজবনি। "—মরুপ্না ঐগী থম্মোইগী অরাবা কোকপীরে শিংঙমদ্রবা পুন্সিগী লমন তোনজ-রবনি। ঐহাক্লা মফমসিদা লাকতুনা অতুগুম্বি নিংথিবীসে উল্লবা ফংহনবিরীবা মরুপ্না অতুগুম্নবা অমতা ঙাইরবা থোজাল পীবিরবনি। "—অতুম্না তাকপীগমু, চিক্লবা মহোশা থুৎশেমগী লৈকোনগুম্নবা মফমসিদা তাইবঙ কনা উহন্দনা নারক্লা শাৎপী লৈরাংগুম, মরুপ নঙবু ঙাইজবগুম তোম্নুরেম্বীনা মপুগী থোজালদা হিংজরিবনি। পুম্নমক তাইবং মপুগী থৌরাংনি। লাকও মরুপ চৎলসি।"

“হায়রতুনা ইবোহলনা মখুৎ শম্নতুনা মখোই অনি ময়ুম পাংগ্রে। ইবোহলনা লৈরিবা মফম অসি নোংপোক নিংথৌ পানফবগী খুন্তম “নোংমাইজিং” চীংখোঙদা তারিবা “কম্বোংপুৎ” হায়বা খুঙ্গং অমনি। মতম অসিদা “কম্বোংপুৎ” চাংখৎপগী ওমখৈ লৈরমদে। খুন অসি অরাপ্পদগী য়েংলকপদা ঈশং-শংনা উমং মচা অমগুম্না উই, মতম লৈবখিবিক্তা ঈনোতা নৌই। খুন মন্নুং চঙলুরগ্গা হেন্না ফজে। পুক্লিং হুনবগী মশক্কি, অসুক্কী মতিক হেন্না ফজুহল্লি। নোংমাইজিংগী চেস্থরক্লিবা চীনগোই ঈরুপফমগী ঈচেল মচানা অরাং পাংনা চেস্থতুনা খুনশিগী ওকশমদা শিবা লিফাং ওইরি। “কম্বোংপুৎকী” নোংপোক থংবা খুনয়াদা লৈরিবা লাইগী ঈকোমদা শাৎলিবা থরো-থম্বাল কয়াগী লৈনম্না লমশাং চৎপা মীওই কয়াগী অৱাবা কাওনরি। লম্বীগী মতাইদা শাৎলিবা হৈরাং-লৈরাং কয়ানা লম্বী চৎপশিংগী মিৎয়েংদা অঙৈবা পীরি। শম্না হায়রবদা মহৌশাগী খুশেম্না লৈতেংলবা ফজবা কয়াগী হৌরক-ফম ওইরবা খুঙ্গং অমনি। নোংমাই চীংগী চীংথক্তা তারিবা চীং-মীশিংগী ল্যাইশঙগী পুঙ মখোলনা মালংবদা তিল্লক্কনা হেন্না থোইনা থম্মোইবু নোথোকিহল্লি। “ইবোহল” ইবোচৌবখোইগী লৈকাইদা লৈরম্না ইমুংনি করিগুম্বা খুদোংচাদবা অমদগী “কম্বোংপুৎ” তা লৈখিবনি, মহাক ইবোচৌবগী পিশক পিক্লিঙৈগী মরুপ্নি, লাই-রিকুস্থ কা অমতদা তুম্মিন্নরকপনি। লাইবক থিবদগী ইবোহল মেট্রিক পাশ তৌরগা মথা অমুক তমথবগী পাঙ্গল লৈখিদে, মমান্নবা কয়াগী মরক তিন্দনা চিক্লবা খুঙ্গংশিংদা লৈখিবনি। ইবোচৌবনা কম্বোংপুৎসিদা লক্কনা তোম্নুরেম্বীগা থেংনজতুনা থম্মোইগী য়েন্নিং

হুনলিবসে, ইবোহলনা কোম্নরুশি হায়রুনা লাকমিন্নরদগীনি। মহাক্না মফমসিদা লৈরকলিবসি মুন্সিং কয়ানি হৌখিত্নুনা ময়ুমদা হুল্লগদবা মুমিংনি।

মখোয় অনি থোরাং লোইরত্নুনা ইবোহলনা মাঙথারত্নুনা থোরক্লি। ঙসি ইবোচৌবনা কম্বোংপুৎ থাদোক্লগা চংখিগদবা মুমিং অসিদা চাওরবা খুঙ্গংশিগী—মনুংদা মুজা ওইবী অমদি মিংলু নাপোম অনিদা নীংঙমদবা ঈরা চেল্লত্নুনা য়াওরুবদি মতিক লৈজদ, কয়াদ ব্রানা থোঙ্গালদা য়েংত্নুনা লৈজহৌরিবা, করম্না ব্রারোইদগে তোম্নুরেম্বী? মুংশি মশক তাক্লম্নগা মতিক খঙদনা মাঙলগদরা হায়না খনজরিবা তোম্নুরেম্বীগী নীংঙমদ্রবা ব্রাখলনি।

ইবোচৌবসু খন্দবা নত্তে খনজরকই "চংলমদাইগী মতমসিদা মহাক্ক অমুক্তং উনজত্নুনা পুকম্নেন-পাওম্নেন্নরম্নগা চংলবদিকো" অত্নুবু করম্নদি উনরুগনি মুজা ওইবী মপোক্তি-পোন্দা য়োকপী চেক্লাগা পাঙখক্লি হায়নৈ; পোন্দা য়োকপী চেক্লানা নাম্বোক্তুনা পাইরকপা হায়বসে ওইথোক্কবনি। তাম্না চুংগ্রবা মশাবীগী মাইকৈবু য়েংজত্নুনা লৈহৌরবী মুজাগী অব্রাবদ্রা কৈন্নো "কম্বোংপুংকী" লৈকাই খিবিক পুমচিক চিকখরে। পোম্বী-চেক্লা কয়াগী খোঙ্গেলসু তাবা ফংখি-দবগুম তৌখরে। শাংলিবা লৈরাং কয়াশিংসু মুমিংকী মঙালদা মমাই লুকথরত্নুনা লৈহৌরি, হৌরিবা উপাল-ব্রাপাল কয়াসু মালংগী শাহুম লেপ্পনরা তুম্রিম্না-অত্নুমক লৈহৌরি।

খুঙ্গংসিগী শাংলিবা হৈরাং-লৈরাং হৌরিবা উপাল-ব্রাপাল পুম্নমক শাবী-শানো অনিগী কায়নবগী নীংঙমদবা মৈশা লাংবনা

ওইরমানে তুমিন তুমিন মতু-মমান ইপোন পোম্না তোম্মুরেম্বীগী অরাবা মতৌবু য়েংহুনা লৈহৌই। ইবোহল ইবোচৌবা মখোই অনি ফনা শাংনা লাকমিন্নরে। ইবোচৌবস্থ ইবোহলগী মফমদা কায়না রাহে পীরম্লগা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে।

ইবোহল তোম্মুরেম্বীখোইগা পংলাপ লাপ্নদে, য়ুমলোন অনি-অহুমদনি খল্লিবা। ইবোহল হল্লকপা উবদা তোম্মুরেম্বী হরাওজে। মশাবী মাগী মপাওবু পুরক্লমগদরা হায়নবু।

থম্বাল কৌবী লৈরাংনা কোরৌ মঙাল ফংবদা হরাওবগুম অরাবা ঙাইহাক কোকচৈ। তোম্মু পরপ পরপ চেম্থোরক্কুনা ইকাই-ইকি রাংম লাম্না পুম্নমক থাদোক্কুনা নোংমতংস্থ রাহংনবা ঙমজদ্রবা মবুংগুম খনজহুনা হঙ্গোইনা লৈজরিবা ইবোহলদা মপাও-না খৌরাংলক্লবসিদদি ইকাইবগা অমতা খঙদবগুম হংজরকই, "—তাদ মহাক্লা করি করিবু হায়রম্বগে ?" ইবোহলনা নোক্লহুনা "—করিবু হায়রমগনি হায়বগে য়াম্না মুংঙাইনা লৈরম্মু হন্দক অমুক তাজ্ঞা য়েংলগা পানখৎলক্লিবা থাজসিনা মপুং ফারক্লবা "থাবুং" হুমিত্তা লাক্কনি হায়রমই। সিদগী হেনবা থোইদোকপা হায়রমদেনে"। তোম্মুরেম্বী পাওখুম অহুনদি নীঙবা থুংদ্রবস্থ হায়-রম্লিবা কোরৌহুবুদি ঙাইজবা তাবনি। ইবোহলস্থ মাগী মতৌদা লক্লরকই—"থোইদোক্লা রারুম্মদা ঈচলসিদি য়াম্না মুংশি চাউবনি শোয়দনা লাক্কনি। লাক্কগনা ঈবুংনা থিনবিগনি চৎলো চৎলো রারুম্মদ "—তাদসিদি মতৌ অমনিনা" হায়রম্লগা ইল্লিবা ফিতুগী ফিজিহু চিক্লহুনা চেনশিনখ্রে"। য়ুম য়ৌরফাওবা মশাবী অহুনা

হায়রম্বা ৱাহৈ অতুতবু নিংশিংতুনা হৱাও মথোই কারতুনা লৈজরি মহাক্কী কাদা চঙলুবদদি হৱাও মথোই কাজরম্বা "লৈবাক্লে" কৌবি লৈরাংনা কালেনগী লৈমাইবু নৌর থোংলবী লৈরাংগী লৈনানা ফাওগংলক্কুনা অয়ুক্কী লিক্লা মরক্তা লৈশাং তমজতুনা হৱাও মথোই কাজরম্বদো অয়ুক্কী লিক্লা কংগ্রবদা নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা মশা পূম্বা পংথরকপগুম্না তোম্নুরেম্বীসু খম্বরুবদা নুংশিবগী চৈনানা য়ৈরবদা হৱাওরম্বা পূম্বা ঙাইহাক্কী তাখিতুনা নীংঙমহৌদবা ৱাখল্লক্ত তিন্দুনা চংগ্রবা মশাবীগীদমক্ত ৱাখল তৌতুনা লৈজরি। তোম্নুরেম্বী-দি নুজা ওইবী মপোক্নি। থম্মোইবু খঙদনা পাখং অতুগী মফমদা থৱাই কংলগে হায়না খঞ্জরুরি। ৱাখল থেনবী, কল্লক-চাওবী নুপীগী লিচং তারগদরা হায়নবু লৈরাং ওইবীশিংসে ৱাজৈদো। লৈরাং মাদি খোইমুগী তুংইনজবসু ঙনজদে। মখোয়গী পুকচেলসু খঙলুদে। খোইমু শাখপ তম্লকপদা করম্না অমুকসু তম্লক্কনু হায়রুনি। লৈরাং ঐখোয়দি খোইমু মাগী মাঙদা ইকাইবনা ৱা অমফাওবা ঙাংবা ঙমজদে। খোইমুগী মাইকৈনা তামগ্রবদা, তামখ্রবা মাইকৈবু য়েংহৌতুনা ঐখোয়গী লৈরাং ওইবী পুন্সিসে লৈমন চন্দুনা লৈমাই-দা কেন্দুনা মাঙবা তারবরনে? ওম্বোক্লসু তোল্লিদা ঐখোয়গী পুন্সিসে তাইবং শেম্বা মপু মহাক্কদি খোঙদি পানবীরম্মিদি হায়রবু ফাজিন্দুনা থম্বিরে।

করম্নবু অপাম নুংশি ওইরিবা খোইমু মহাক্কী নাক্তা য়ৌগনি? তীঙদা য়াঙদা ফজবীসে, ইনখৎলকপগী মতমদা কনাগুম্বা পাখঙ অমবু উরুবদগী নুজাগী থৱাই হুখিতুদা থম্মোই ঈচেল কংলবী

ভুরেলশুয়ে, পাখঙ মাগী লোম্ন য়েংখিবা মিৎয়েংনা থম্মোইম্নুংদা কাংঙমদবগী খুদম ওইনা লৈহৌরি।

মুজাগী থরাই ওইজবা মহাক্কুনা চৎপ্রবদা তৌগদবসে করিনো ? মুংশিববু রাদবা হৌনবরা ? মুংশিববু রাদ্রবদি কৈদৌনি তাইবংসে।

তোম্ন খুঙ্গংদা পোকপী ওইরবস্ন ঙসিদি অপাম-মুংশিগী লাংদা থুরবী, মুংশি মাবু উনিংবগী রাখলনা থুমহৎলবী কায়না মৈশা নংলবী মুজা অমগী পাংথক্কুম মীনা খঙদ্রবা থম্মোই মানা লোম্ন-লোম্ন রাজহৌরি। মীনোক ফজবা মশাবীগীদমক। অমরোমদা অমুক কনাগী মফমদা চঙজরগা মহাক্কী অরাবসে পোথানি। মতা-রোই কনাদা পাওদমজরগা মুংঙাইজবা ফংগনি। মহাক্তি মপাং য়াওদ্রবা চেক্লাগুম খাংঙমদ্রবা মৈচাকলক্তা রানা খাঙজবা তাবনি। লৈরম্মী চান্নজবী মতারোই অমদি অতুবু হৌজিক্তি মফম অসিদা লৈতরে। মহাক্কী পূন্সি খঙবিনবা কনা য়াওদনা তাইবং কনা খঙদনা লৈশাৎ তম্নিবী লৈরাংগী পাংথক ওইনা অরাবা কম্না মাইয়োক্নরি। মতারোই কনাস্ন লৈতে। চীনগোইনা মহাক্কী মতারোইনি। হৌরিবা হৈরাং লৈরাং, উপাল-রাপালনস্ন মাগী মরুপলোইনি। লমহাংগী শা-উচেক, উরি-রারি, উপাল কয়ানা মহাক্কী পোত্থাজফম্নি। নারক্তা শাৎপী লৈরাংগুম্বী নঙবু করম্না লমদম্নসিদা কনাগী মতৌবু য়েংহনা লৈশাৎ তম্নিবনো ?

চেংজৌ হেন্না নিংথিবী তোম্নরেম্বীসে অস্নক্কী মতিক মুংশিজে, ঈরোম্মংদা ছি-য়াই লৈবগুম, নারক্ত লৈরাং শাৎপনি, চাংজৌ

মাম্নরবা লাইজ ঈপাক্তা থাব্রিকথা কৌবী লৈরাংনা লৈশাং তম্বদি থাবলগী ঈপোমদা হরাওজবনি ; অদুবু থাজ মানা তামঙ্গবদা করম্না নুংঙাইগনি ? অদুমঙাই তোন্নুস্থ ঈনখৎলকপগী মুংশি মম্নি তম্নকপদা মশাবীগী মুংশি ঈপোমদা লৈগে খঙ্গব্রিবনি, মালং ঈপোমস্থ লেপখ্রে। মালংগী ঈপোমদা হরাওজরম্বী চেক্লা মাদি করম্না লৈগনি। মুজাগী থম্মোইদা চাকয়োব্রিবা মৈচাক্কী ঈখৌলাংবা অসিদি লৈকংলাগী লম্বীদা চৎলিবা মীওইম লাইজ ঈশিং খৌরাংবন্না কৈদৌনি ? ব্রানা ব্রানা মতম মানা কনাবুস্থ ঙাইবিরমদনা অহিংগী মতম ওইরক্লবদা তোন্নুরেম্বীস্থ কনা খঙব্রবা ব্রাখল্লক্ত মশাবী মহাকপু নিংশিংদুনা অহিং লাইরেম্বীগী নাওশুম শৈশকলক্ত অব্রাবা কাওথোকপগুম তুমখুল তানখরে। নোংমা নোংমা হৌখিবনা থোইনা হেন্না অপাম-মুংশি ব্রাখলনা অব্রা-মৈচাক হেল্লক্লে। মতারোই কয়া লৈরিবদুস্থ থোইনা তিন্নরুন্দবনা মতোম্মতা থম্মোই মাগী কনা-খঙহন উহন্দনা লোম্ন-লোম্ন চিক্লা ব্রাজবা মৈচাকপু থাঙজরি শোল্লবী মুজাগী থম্মোই।



# ২—তাম্না লৈহৌরবীদো

নিংথিরবী অয়ুক অসে
ফজরবা শিঙেলগী শকতম
হুংশিন্নবা লৈরাংগী লৈনম্না
লৈতেংলিবা অয়ুক্কী শকতম্মি ॥

ঈংলবা ইপোম কয়াগা লোয়্নননা,
নোংপোক চী[illegible]গী খোরক্লিবা,
কোয়্রৌহনবা মাস্থ নিংথিজৈ ;
য়েংবদা পুক্নিং হুংঙাইহল্লি ॥

থম্বাল কৌবী লৈরাং নোকচরে
কোয়্রৌ মঙাল মরককসিদা ;
হরাওজরে লৈরাং কয়াস্থ
মপুন্সী থোৌজাল ফংল'সিদা ॥

অহিংগী মতম লোইরদুনা অয়ুক কৌবী লাইরেম্বী নোংপোক চীথেরোমদগী ফজরবা কয়ানা লৈতেংলদুনা মা অহিংবগী মচুবু ঙমজবা অয়ুক্কী ইংলবা মঙালনা তাইবং অসিবু পুক্লিং রাখল শেংদোকপীরগে, লেংলি পাল্লিবশিংদা মঙাল য়েনবিরগে হায়দুনা মপু মাগী থৌদা লৌর, মালেমদা খোংদোয়রক্লে। অসিগুম্বনা মতমসিদা লৈরাং কয়াস্মু অয়ুক্কী লিক্লানা য়েবদা চোকথরবা লৈনা-পুম্বা তেকথৎহন্দুনা নোকখেজরী। পোমশাৎনবী লৈরাং কয়ানা লৈশাৎ তম্নগনি খনবদা হরাওনা মথোই কাজরি। মপুগী থৌজাল-দা মুংঙাইজরিবা লৈরাংগী লৈনম্মা লিরি হুম্বা নামিবদা ফাওরক্নুনা মীওইবা ঐখোয়বুস্মু অনৌবা রাখলগা লোয়ননা হকচাং পুম্বা তেকথৎহল্লি। অয়ুক্কী মতম, মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী হরাও তয়াম্বা মতমসিদদি পুক্লিং ঈংহনবগী মতম্মি। পিক্লবা নাগা তুরেল তোর্ব্বান্দ তাবা তম্পাক্লি। নাগাগী পিক্লবা ঈচেলনা ঙাথ থেংথরদুনা চেন্নকপনা নাগা মপালগী লৈরাইদা জম জম য়েররি। চেস্থিন্নবা ঈচেলগী মমাং থংবা নাকল অমরোমদা ফজ-ফজরবা মথোন য়াওনা শাবা অরাংবা য়ুম কয়ানা শন্দোকখ্রি। ফজরবা য়ুমশিং অদুদি কৈথেল অতুগী মরক্তা লৈবা ওইনা তৌখ্রি। মনিং থংবা তোর্ব্বনগী নাকল অদুদি অস্নুক্কী মতিক নিংথিজরি। লম্বীগী কয়লাশনা অমুক মুনা লম্বীগী লৈজেং ওইনা চংখ্রি। নাকন্দা লৈরিবা য়ুম কয়ানা পরেং পরেং লেংবগুম্মা পাক্লা শন্দোক্লি। য়েংবদা পুক্লিং হুনা ফজহল্লি।

নাগা তুরেলনা মখা পাংনা চেস্থখিদুনা নম্বুল তুরেলদা তিনথরি। চেস্থরিবা ঈচেলগী মনিং থংবা তোর্ব্বান নাকললোমদা

লৈরিবা লৈরক অসি য়াম্না থোইদোক্না নিংথিজৈ। লৈরক্কী অহৌব-দা চাওরবা ঈকোম অমা ঈমাই চোম্ন নিক নিক পানা থল্লবা লাইজনা থৌগলদুনা লাক্লিবা লমপাক্কুগী মখা থংবা মাইকৈদা নিঙাইদনা লৈথোক্লি। ঈমাই চোল্লবা ঈকোমদা খুৎচঙনা শেম্লবা লৈতেং হাপ্লবা উয়ুং অমসু ঈকোমসিগী ময়াইদা নিঙথিরবী নুজাগী লাইবক্তা নম্লিবা মালেম লৈশা পাক্লমগুম লৈরি। পাক্লবা লম্পাক অদুসু শংলবা তিংথৌ নাপী কয়ানা শন্দোক্লি। লৈরক নাকল অনিদা রাপলনা পরেং পরেং লেংদুনা থেক্লা খোয়না চঙলক্লি। রাপল মরক্তা শম্বল্লে, নুমিৎলৈ মচা কয়া কয়ানা অমগা অনগা য়েংশিন্নরি। উরিশিংনা মখোইনা থেংন-থেংনবা রাশা উশা কয়াবু চেৎনা য়েংশিনজরি। রারক্কী তয়াল কয়ানা য়েত্তুনা মতুম মতুম য়াম্থরিবদুনা হেন্না নিংথিজহল্লি।

চীক্লবা লৈরকশিনা মনিং পাংনা চংলক্তুনা থোঙ্গাল মরিশুবদা লৈরক্কী মখা থংবা নাকলদা লৈরিবা কোম্থোং অদু হাংদোক্লগা চঙথ্রিবা য়ুমজাওসি মশা নানবা ইমুংগী য়ুম্বান্নি। নিংথিজরবা য়ুম-জাও অসিগী পুক্লিং ঈংনবগী মশক ওইরবা শক্তম অসিনা য়েংবগী অরাৎপ লৈতনা ফজহল্লি। ঈংনা ফজরবা মতমসিদা কনাগুম্বদি অরাবগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা লৈরি। ললদম তাম্না লৈহৌরবী ইম্ফালগী রাংমদা চীঙয়া ভনয়াদা চীক্লা লৈশাৎ ভমজবী শিঙেল তোম্নুরেম্বী মীনোক ফজবী মহাকপু উরুবদি থম্মোইদো পোত্থাফম খুঙদনা রাজৈদো।

“—করম্না থাজসিগে লৈরাংগুম্বী নুপীগী পুকচেলসিবু! লৈরাং হায়বসিদি হেক্লিংবা অমনা হেক্তুনা পুখিবদ লৈখোঙ

শঙবিনবা লৈত'গুম্বনি, অরেম্পা লৈতে লৈরাংগী পুন্সিদি। ঙরাং পোম্লম্বা, ঙসি লৈশাৎ তম্বা, হয়েংনা লৈমাইদা চোইজাইনতুনা কেন্দুনা তাখিবা, মীওইবগী পুন্সিস্থু অদু মঙাই। তোম্নুরেম্বীগী চিম্বালথোংগী ৱাহৈ ঙসিনা করি ওইবা হায়বা ঙমদে, মীওইবগী পুন্সিদা করি ওইরক্কনি হায়বসে, ইবোচৌবগী থম্মোইদস্থু লমদন তাম্না লৈহৌরবী ঈং-তপা নিংথিরবী খজাই তাবা ফজবী মশানৌগী ৱাখলনা ঙাইহাক্তা পোত্থাফম খঙদনা লৈজরি। নিংশিংলুরগা থম্মোইগী অৱাবদা নিংঙমদবা লাক্লি।

ঙাইহাক লেপ্তুনা চৎখিবনা অয়ুক্কী মতম লোইরক্লে। ইবোচৌবা মাগী য়াম্না লুনা তিম্লজবা মরুপ ইবোয়াইমা লাকপা উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। মতুংদি অৱাবসে ফুমতুনা থম্লবদি থম্মোই মাস্থু অৱাবা শরুক হেল্লি। অৱাবা তারবা শাবী-শানৌ কয়াদি মাগী মরুপ মপিজাশিংদা পাঙদমজরগা অৱাবা পোত্থাজরিবনি। ইবোচৌবা মাগী মরুপ ইবোয়াইমা লাক্কুনা উনরবসিদা কয়াদা-হরাও মথোই কাজরিবা।

ইবোয়াইমানা মাবু উনবা লাকপসিদি নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা পাত্তা শান্নরিবা ঙান্নু থঙ্গোংনা অতিয়াদা অঙৌবা লৈচিল পাইরকপা উবদা নুংশি মপাও পুরক্লবগুম ঈখৌলাংনা য়েংজবছুমঙাই। ইবোয়াইমস্থু মহাক্কী নুংশিজরবা মরুপসে নহানমখৈ অরাপ্পা লমদম অমদা চৎখি হায়দুনা ময়ুমদা লৈতদুনা অৱাবা অমা ওইরম্লবস্থু, ঙসি লাক্লবসিদদি হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজরি। মরুপ অনি ফমিন্নতুনা অৱা-নুংঙাই ৱারিনরি। খৌরাংনা ঙাইজরম্বা ইবোচৌবনা ইবোয়াইমাদা থম্মোইগী নিংঙদবশিংদো

তমজরদুনা মথা তানা হায়রকই। "ঐহাক্কী লমদম তাল্লা লৈহৌরবী মুজা মাবু উরুবদগী থরাই হকচাং পূম্বা শুমহৎখিদুনা মরু কংলবা উপালগুম থরাই য়াওদবগুম্নে, মরুপ্পা অরাবসে কোকহনবিয়ুকো ঐগী অরাবসিবু কোকহনবিরবদি শিংঙমদ্রবা লমন তোল্লবনি। "অদুম্না হায়দ্রবস্তু অসি তৌসি হেক হায়রগা লোইরেদনা। ঐহাক্না নিং-জরিবস্তু মরুপকীদমক্তি, মরুপকী নিংবা থুংনবা হোৎনবদা—ঐগী থরাই ফাংবা শিন্নগনি"।

"মরুপ নংগী রাসে তারগা অশেংবা থম্মোই অদুবু উজবদা পুন্সিসে নিঙবা থুংবগুম্নে। অসুম্না মরুপ অনিসে অরা মুংঙাই রারী কয়া শানরি। ইবোচৌবা মাগী মরুপকী রা তারবসিদদি অরাবা পোত্থাবগুম্নে। তোম্বুরেম্বীগী মরমদা খন্নবা য়াবা মখৈ খন্নরে। মখোই অনি চামিন থকমিন্নদুনা অমদি রারী কয়া শানদুনা লৈরকপনা মুনিদাংরাইরম ওইরক্লবদা কোম্নবা চৎনবা থৌরাং তৌনরক্লে। ইবোচৌবতনা অপাম মুংশিগী রাখলসে খনবরা? ইবোয়াইমস্তু নহানি, মুংশি ঈপাক্ত তাওথদুনা মুংশি রাখল ইরোই-নদবা নত্তে। মখোইদগী লৈকাই মনিং পাংনা মাইল অমা মথাই-রোম চৎলগা লৈবা লৈকাই অমদগী "লৈমহল" হায়না কৌবী মুজা অমবু য়াম্না লুনা খঞ্জরি। লৈমহল অরাপ্পা খুঙ্গংদগী লাই-রিক তম্নবা ইস্কুলদা মতোলগী য়ুমদা লৈজবনি। অসি কৌবা নোংজাদা শামাল্লবা পাখং অনিসিনা ইচু তানা নাল্লবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা লাকপসিদা মতমগী ঈরাং পুরবী কয়ানা মিহৌনদবা কনাস্তু য়াওখিদে। মশা নানবা, শেল পায়বা মীওইবু উরগা চম্বুরাশিংনা করম্না পামলোইদগে। ইবোচৌবা, ইবোয়াইমা অনিদি

মশাদা নানবদা নত্তে, শক্তা য়েংলুরবস্থ মশাদা অৱাৎপা কৌবদা য়াওদে। মুপা ওইবৈ মতৌ চপচানা লৈজবা, লাইগী মচাগুম নিংথিজবা, অয়ুক অঙনবগী কৌরোবু হেঙ্গবা নহা ঙাক্তনি। ইবোয়াইমানা ইবোচৌববু হৌরদুনা মশানৌ মাতবু উননবা মশানৌ মাইকৈ পাংলক্লে। ইম্ফালদদি য়াম্না নিলখোংই, মুমিৎচুপ্পগী লাং-ছুনতা লৈ। লৈমহলগী য়ুমগী থোঙ্গালদা পাকচাওরবা ঈকোম অমা লৈ। ঈকোমতুগী মনাক্তা নিংথিরবা খুৎশেমগী মরৈদগী তারকপা ঈশিংনা পেরে কাপ্পগুম নিঙাইদনা মুমিদাংৱাইগী মতমসিদা লৈরি। ঈকোম অসি লৈকাইগী ওইনা তৌই। মশা য়াম্না নাল্লি। শম্বলনা ইকোই-কোয়না খাজিল্লি। ঈকোম মপাল অকোয়বতুদা মখল কয়াগী লৈতেংনা ফজনবা শেম্মী। চুথেক মরিদা অচৌবা মনা পুংনা শংলবা উপাম্বী অমমম হৌরি। উপাম্বীশিংছুস্থ কুম্বি কালেন নাইদনা ইশং শংই। মুমিদাংৱাইগী মতমগা ওইবনে, ঙাঙ্রা-নবা মচুনা তাইবং পুম্বসে লৈতেংলি। মচু অসিমক্তা মুমিদাংৱাইগী মতিক হাপ্পী। মালেম অসিবু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজহল্লি। শক্তম কয়াসিবু উরুবদি অউবা কয়াগী থম্মোই হুননিঙাইগী মশক্কি। মিংয়েং কয়া অসিগী মন্নুংদা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লা ফজ-রিবদি লৈমহনখোয়গী কোঙ্গিল মথোঙ অসিনি। মুমিদাংৱাইগী ঈশিং য়াবা থোরক্লিবা মুজাশিংনা—মানা মানা লৈজবা ফিজোম্না লৈতেংদুনা লাক্লরি। লৈশাবীশিংনা শেৎলকইবা ফিজেৎশিংসে মচু অমতা মান্নদে, ময়ামসিবু য়েংলুবদি য়েন্নিংথাগী লৈকোন্দা লৈশক মান্নদবা লৈরাং কয়ানা লৈশাৎ তম্বদো নিংশিংছজিদো।

হায়নিংঙাই লৈতনা ফজথরে। মুজাওইবীশিংনা মখুত্তা সনাবুন পায়থুনা ফেংদোক্লবা সনাবুন অদো ঈকোমদা চায়গা কাখৎলক-পদদি রাহোং কৌবী চেক্লাশিংনা তাংজলিলবু উবদা হরাও মথোই কাথুনা নোম্না-নোম্না চংপগুনই। মালেমদা নোংমদোল লাইরেম্মা হেল্লোইশিংনা কুমথরক্ক্না শান্নবদো মঙাইরে।

অসাই মখৈ লেপ্তুনা লাকইবা ইবোয়াইমা, ইবোচৌ হায়রিবা তাইবং লৈরাং কয়াগী মুমিদাংরাই লৈশাৎ তক্ষম কোঞ্জিল মখোঙ অসি য়োরক্লে। ইবোয়াই মথম্মোইনা খোইদাজবী, মশানৌ লৈকং থম্বাল, লৈমহলগী নাক্তা চঙজরকই। লৈমহলসু মশাবী লমদনবনা লাক্লবসিদা অরাবা কোক্লগনি খনবগুম মোমোম নোক্ক্না হরাও মীনোক তমজরি। হে! শাবী-শানৌ নখোয়সে উনরগা মুংঙাইবা ওইরেকো।

লৈমহল মীরৎ-নারৎ য়েংথুনা করিগুম্বা অথুপ্পা চে মচেৎ অমা ইবোয়াইমাদা পীরকই। ইবোয়াইমাসু লৌরথুনা করিগুম্বা রা খরা হায়নিংবগুম তৌই। লৈমহলনা মতাং চাদে হায়বগী খুদম তৌ-রম্নগা নোকমি নোকমি তৌরথুনা ইকাই মুংশি য়ান্ননা ঈশিং য়াউরবা সনাবুল পুরথুনা চৎখরে।

লৈমহন্দি ইম্ফালদা লৈরবসু ঈরাং য়াওদে, মপাল কয়া থোক্কে, য়ুমগী থবক ইনখাং তৌথুনতা লৈ। অথুবু মতমগী ঈরাংদা জগোই শাবীমক ওইদ্রবসু মতমগী চৎনবী চপ চানা খঙলবী মুপী-মচা অমদি ওইরি।

তারমদাই মুমিংকী মঙালনা ময়েবদা ইরং ইরং লংনা নিংথিরবা স্না মচুগী সনাবুল অমমম পুরগা মাগী-মাগী য়ুম মাইকৈ তম্না চংথিবদো "কৌক্র চিংথেলদা লাইনিংথৌনা সনাগী ফম্বাল থক্তা লুপাগী থকথল মখাদা ঙানথোইবিরগা লাইরেম্মাশিংনা থৌগল তৌজরম্নগা মবুংঙো উনজরুবগী হয়াও মথোইগা লোইনবা খোঙ-থাঙনা মপোপ কায়াদনা চংথিবা শাবানশুম নিংথিজগনি। নিংথিবী শাজংনা লৈমরেলগী মতৌশুম চংথিবদো ইবোয়াইমাস্থ য়েংজহৌই। শাবী শানৌগী মুংঙাইরবা ঈচেলদা তাওহুনা লাকথিবনা য়ুম য়োথিবা খঙহৌদে। ইবোয়াইমানা য়াত্রহুনা ইবোচৌবস্থ মমুমদা চঙত্রহুনা ইবোয়াইমহোইদা পুম্না চংমিম্নগ্রে।

ইবোয়াইমাগী য়ুমশে ইবোচৌখোইগী লৈরক্তা চঙলগা ইবোচৌ-গী থোঙ্গালদগী কোম্থোং মঙা শুবদনি। ইবোয়াইমগী য়ুম য়োরহুনা মহাক্তী কাদা চঙহুনা লৈমহম্না পীরকপা চেরোলসে থৌরাংবগা লোয়ননা ফিরোল হোংদোক্তবমথৈ পামিম্নরি। পীরকই-বা চেরোল অসি অহানবা পাউথুম্নি।

"চায়রবা"

ঙসি লাইবক থিবী ননাওনা পরেং চুম্না লেংঙমত্রবা থম্মোই-মুংগী রাহৈ থরদং লৈপরেংশুম লেংজরগা পাখঙসী ঙকপমদা হুকচগ্রে চীঙখোঙ চীঙয়াদগী হৌরকপীনি হায়হুনা লংমবিম্নকো।

পাম্মুবা করম্নবু পাওদমশিগেনে। ঐগী অরাবসে মুংশি নংগা শকথঙনজরুবা অহানবা পুন্সিগী লমাইসিদা নোংদম্বগী নোংদম-খোলনা কনথিবনা কায়নৌ হায়না তমগ্রমানে নহাক্তী মফমদা রাফম অমতং তমজগে থঞ্জবনি, অদুবু মতাং চাখিদবনা...........।

মতম খরা ইম্ফালগী ঈচেলদা তিল্লমত্থনা নহাক্কা শকখঙনরুরে অত্থবু চান্নবা ! খঙহৌদনা ঐবু পোকপা পম্মৌগী হান্নগী হৌরম-ফম খুঙ্গংদা লাক্লো হায়না তাকপ্‌রক্লে। পম্মৌগী থৌদানা কনখিবনা পাম্মু নঙগী নকাদা চীনগোইনবা ঙমজহৌদ্রে। লাইবক থীবী ননাওদি হুয়েং কৌবা মুমিত্তগী চৎখিবা তারে ৱায়ৌবিগন্নুকো।

নংবু উরুবা মিকুপ অত্থগী নিংজখিবা থম্মোইনা। কান্নবা মতমদা চাক্লবা মৈগী চীংগী মতৌঙুম চিক্লবা লমদম অত্থদা তাইবং কনা খঙহন্দ পুন্সি লোইয়ু হায়না তমগ্রমানে। লাইবক ফরবদি লমদমসিদা অমুক হল্লকখিগনি। মতম অত্থ ফাওবদি ঐহাকপু কাওবীরমগন্নুকো। তশেংনমক মুংশিবিরবদি ঐহাক্কী খোঙ্গুল লিবিরকউকো।

তোল্লবী :—

"লৈমহল"

চেরোল অসি পারগা ইবোয়াইমা নীংঙমদনা শোল্লকই। "—কদাইদনো থম্মোইগী চেক্লা মাবু থিরুগদবসে ওম্মোকপনিদা ঐগী লাইবকসে। ৱাখলনা ঊংলত্থনা তুমিন্না চেরোল অত্থদা য়েংলত্থনা নীংঙমদনা পিরাং শিম্মরকই। ইবোচৌবস্থ ৱা ঙাংফম খঙত্রত্থনা অৱাবদো য়েংত্থনা লৈজরি। অৱাবা হায়বত্থনি মথোয়গী থোৗদোক অসিস্থ লৈমহল মাস্থ কাওমল্লবা হায়বত্থনি মহাক্কা হনগ্রগা লৈরুগদবা মকম অত্থস্থ হায়রক্লে্রদো, কাওগনবা হায়বসে য়াম্মা তৌনিংবা থরক্কা অকাওবা ওইরেকো। . লৈমহন্দি ইবোয়াইমবু কায়নরগনি হায়বগী লাংতক্লত্থনা, কাওত্থনা মহাক্কা হনগ্রগা লৈরুগদবা লমদমদো হায়্যরকখিদবনি।

নোংদম্বা কৌবা মহাক্কা নোংদম থীনা তল্লমলে ইবোয়াইমাদি লৈমহল্লগা অহানবা উনরুবদা—মুংশিরুবনা হান্নুত্নুনা থম্মোই মাদি অরাবা ওইরিদো। কায়নবগী পুংজা য়োরকুবদা করম্মা মুংঙাই-গনি, উনবগী য়েংনখিবা মিৎয়েং নোকমিন্নখিবা মীনোক হায়নখিবা রাহৈ রাতা কয়াবু নিংশিংলুরগা নিংশিংবগী পাঙ্গলনা নাক্তা লৈবগুম থগু থগুনা কায়নত্রিঙৈ শক্তমশিং অতুনা কায়নরবসিদা থম্মোয়সে অরাবগী তীন্না চিক্লগনি।

মতম্মা থেংলক্লবদা ইবোচৌবা ইবোয়াইমাদগী কায়না রাহৈ লৌরত্নুনা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে। তাইবংপাল অসিদা মুংঙাইবসে ঐঙোন্দগী হেল্লয়রোই থল্লগনা অহেনবা অমুক লৈরম্মী। অরাবসু ঐঙোন্দগী হেনবা লৈরয়রোই থল্লুরগা ঐঙোন্দগী হেন্না অরাবা লৈরম্বা হৌনশা ওইনা তাইবংসিদা ইবোচৌবসু থল্লকই, "ঙসাই-মথৈদি তাইবংসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না রাবসে লৈত্ররোই থল্লুবদো হৌজিক্কি ঐহাক্মা অপাম-মুংশিগী রাথলনা খোইরাংহল্লবা ইবোয়াইমাসু লৈরেকো" হায়রবা রাথলসিনা খোইরাংলম্বত্নু ফাথরত্নুনা ময়ুম মাইকৈ পাংঙ্গে।



# ৩—নুজা অনি

সোমদদি তোন্নুরেম্বী কমদৌরি? ইবোচৌবনা চৎখিবা মুনিত্তগী ওসি ফাওবা অৱাবগী ঈপাক্ত লুপচরক্লি। মশাবীনা চৎখিবা ওসিগা থানা নুমিৎ তরামন্নিনি গুরে। মহাক্না হায়রম্বা তরামওানি শুবা য়ুমজকৈশা মুমিত্তা লাকনি হায়বা মুমিত্তো ঙাইজবদা মাগী পুন্সি লোইরদবগুম খনফম খঙদনা ৱাজরবী মুজানি। অসুম্না ৱারবা মাইথোংদা মুংঙাইবগী ঈথক অমদি কারকই। মতম কুইনা মচা কায়নরবী মনানা মচাবু অমুক হন্না ফংজবদা মুংঙাইবগী ঈথক চাম্মা-চাম্মা [illegible] ঈচেল কংলবী তুংরেলনা কুমগী নোংজ্ লাকপদা হৱাওজগুম্না, তোন্নুরেম্বীগী থম্মোইসু মুংঙাইবা ফাওরী। ফাওরিবা মুংঙাইবসিদি মপাং কাইনরবী চেক্লানা মপাংশিংগী মরক্তা অমুক তিল্লবদা মুংঙাইজবগুম, কনা লৈজদ্রবী মতারোই কনাগী মফমদা অৱাবা পোখ্বাজদ্রবী তোন্নুরেম্বীনা মহাক্কী অমতা ঙাইজরবী মতারোই "লৈমহল" লাক্ল-

বসিদদি নুংঙাইজরী। নুংঙাইরিবসিনা থম্মোয়গী অৱাবদি কোক-হনগদ্রা ? মতুদি নত্তে হন্দক্কী নুংঙাইজরিবসিদি কুইনা উনখিদ্রবী নভারোইবু অমুক উবা ফংজতুনা থম্মোইগী অৱাবা কয়া পাঙ-দম্নগনি খনবদনি।

থম্মোইনুংদা তাখ্রবা নুংশিবগী মনিদি মুৎপা লৈতরি। নৈরি-থোক্লা চাক্তবা ৱাংদগী অৱাবা নুংশিবগী কায়না চৈথেংনি। লাপ-থোক্লগনা কায়নবগী চৈনাখোল নক্করগনা করিগী অম্বক হরাও নুংঙাইরিবা? হে! নুংশিবা কল্লিদকো নত্তিকসে, তাইবংসিদা ময়াই কারবা, নুংশিবা হায়বা নহাকসে লৈরমদ্রবদি শাবী-শানৌ ওইবশিংগী পুন্সিসে করি ওইরমগবা? নুংশিবনা তাইবংপানগী হিংমিন্নবগী থৌদাং ওইরবস্থু, নুংশি মাগী মফমদা চঙজরুবা শাবী-শানৌশিংগী পুন্সি কয়া কল্লক মিহৌবা হেনখিবনা নুজা পাখঙ-শিংগী থম্মোই লৈতাবা ঙনদে। নীংঙমদবা মৈশা লাংহৌই।

তোন্নুরেম্বী মশাবীগী ৱাখল খন্ন-খন্ন য়ুমগী থবক তৌতুন লৈ। অতুম ওইনমক তৌরিবা থবক অতুদি পুক্কিং চঙলমদে। মতমসিদা মহাক্কী মতা লৈমহলম্থু ময়ুমগী থবক লোইরতুনা হেক কোইথোরকই।

মাঙ্গোলদা ফিশারিবী মতারোইগী নাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই। "—থবক য়াম্না কল্লিনা।" তোন্নুরেম্বীস্থু ওক্লতুনা খুমজরকই। "ঐস্থু লাক্কে তৌরম্লিবনে, লোইরে ঙহাক্তং ফম্মুসে হায়তুনা হৌগত্তুনা ফিদা অমা থাজে"।

তোন্নুরেম্বীগী মতৌসিদা লৈমহল নোক্লতুনা ফাগী ওইনা, "—ফমত্রস্থু য়ারেদা, ঐহাকপু অতোপ্পদৌনা হৌন থোগল্লোন

ফজরেদা, তৌমুকো নঙ হন্দক মরকসে মওং অমা ইতৌ হেক তৌইকো,” হায়না মতারোইবু লরুজরি। তোমুনা খুমলকই, “—মাগী হৌনবী অমুম্মাইনা হেক্তা তৌরকদবনি : ঐবু করি তৌরগে? হায়না শওশিন্নহুনা ওইনজরি। থাহৈ অতু ওক্লহুনা লৈমহলনা মখা তারকই।

“—হায়দা হায়জররোই, মুংথিল ওইরক্লে মুংশাগী মৈশা খাওনবা চীনগোইদা ঈরুজরুসি”। “—হোয়, হায়হুনা ইমুংদগী ঈরুজনবা ফিরোল লৌথোক্লুনা মখোই’নি চীনগোই তুরেল পাংনা লাক্লে। তোমুরেম্বীনা চংনা চংনা মখা তারকই। “—নহাকপু ইম্ফালদা অমুক চংলরোইদ্রা?

“—চংলরোই আদা লৈবদি য়াম্না মুংঙাইতে। নহাক্না লৈহৌরগা ঐনা আদা কনাগা লোয়নরুগনি? নঙস্থ থল্লু, লমদমসিগী চিক্লবা লমহাংসিদা মুমিদাংবাইরমগী হানৌ চাবা শজি মচা কয়া অমদি শঙ্গাপুংদগী কাওরেল শনজন মতনদা কাখৎনরকপা শল্লুপ য়েংবদা য়াম্না মুংঙাই। আদদি করিমতা উদে”। “—ইতা! ঐখোই অনিনা অঙাং ওইরিঙৈদা থাখিবা নহাক্কী থরো অমদি ঐগী থম্বাল য়াম্না য়াম্নে। লাইজ ঈম্নোককোমদা তাইবং থম্মোই হুনা লৈশাং তম্লে। ঐখোই’নিগী অরাব পোত্থাজকম লৈহাও লৈরেনশিংহুস্থ য়াম্না চাওরে, পুক্লিং হুনা মুংশিলৈনমগা লোয়ননা লৈশাং তম্লি। ঐখোই’নিনা অঙাং ওইরিঙৈ নোক-খেহুনা শাম্নখিবা ঐগী নংগী খুজি মখোলদা ইতারোই মাম্বী ঙাম্ভ কাংঙ চেক্লানা নোম্ন-নোম্ন জগোয় শাজবা কয়াদা নিংথিজবনো। পুম্নমক অদো ইতা নহাক লৈত্রবদা ইতোম্মত্তা নংগী নপাওবু হুংলহুনা

লৈহৌইদো ইত্তাদি মুংঙাইবনিনা ঐহাকপু নিংশিংলম্লোই, অতুগা ইত্তা চান্নবী, খুঙ্গগী চন্নুরা ওইবিশিংগী খুন্নুং ঈশৈ, চীঙমীগী পাম য়ানবগী অরাবা কাওনবগী খোঞ্জেলশিং, মুংশিংনা তপ্না শিংলক-পদা ভিংথো মতোলশিংনা তনিক তনিক খাঙজবদো কয়াদা ফজবনো, নঙবু ময়ামসিবু য়েংনিংদ্রনে ?" "—ইখুৎনা থাজরম্বা লৈরাংত্বু হেক্লগা মনম নম্লিংদবা কনা লৈগদগেনে চান্নবী, ঐহাকসু ইতারোই নঙতগী রাখলনা লাংতক্লেনে ইথম্মোইসে। মতম চুপ্পদা নঙত্ত্বু উনিংই, নহাক্তগা শানত্নুনা লৈনিংই।"

লেপ্তুনা লাকইবী খোঙথাঙনা লাপ্তক্লা উরম্বা ঈকোম'তুগী মনাক য়োৌরক্লবদা তোম্নুরেম্বীনা মখা তানা হায়রকই—"য়েংউসে ইতারোই ময়ামসে ফজদ্রা ?" লৈমহল খোইরুম মোমোন তৌত্নুনা হায়রকই, "—সিয়োৌনা ফজনি থাজদে, ওম্হোক্লা পুক্লিং হুনা নিংথিজরে, য়েংবগী পেনবা লৈতনা ফজেদা! অসিমক য়োৌনা ফজ'বু লাইরৈপাক লৈকোন্দফাওবা লৈরমগনি নিংদে।" "—ইতা-রোই ঙসিসে ঐখোই'নিগী মুংঙাইবা মুমিংনি। ঐখোই'নিনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঈরক্লজরম্বা, চেম্হরকইবা চীনগোই ঈচেল মরক্তা তাওথবী শান্নখিবা অমদি হৈনৌ মখোঙগী মুঙপাকথক্ত চীংহি লুমিন্নখিবদো ঙসিসু চৎতুনা চেংহি শম্বাল লাংমিন্নত্নুনা লাইজ ঈপাল লাংসিকো।" হায়রত্নুনা নহা ওইবগী ঈথক্ত তাওরত্নুনা হরাও মুংঙাইবগী ঈথক কয়ানা থম্মোইদা য়ৈররী।

লাইনা থাবা শাবালগুম চপ হেক মান্নৈ। করম্বনা তোম্নু-রেম্বীনো করম্বনা লৈমহলনো খঙদে। শজিক থবা অনিনা পুম্না

থোকমিন্নবগুম, ঈংনা তপ্না ফজবী, শকওং শাদা মান্নবী, মিৎয়েংদি তথক-তথকপী, লৈরাংগী লৈনাগুম থোৎ-নৌজবী মুজা অনিনা চীনগোই তুরেল পাংনা কাইদা থাংবা খোঙথাংনা লাকপদা কয়াদা নিংথিজরিবনো ? মচু শঙলবী খোঙশাগী খুজিলশিং, লেম্নৈ ঙাগী মমৈগুম লোইরোই তারকপা খোঙশাশিং লফোই লফাংগুম নিংথিজৈ।

পাইথোকখিদগুম নীঙবা, পাইবা কৌবদা, লৈতবা খোঙথাঙনা তপ্না তপ্না লাকপদা, উফুল মরিক মরিক্তা পাইখৎলকপদো, হায়দোরকপা লৈরিক্তা নাক্তা হৌরিবা তিংথৌ মতোলদা পকপদো কয়াদা নিংথিজবা, ৱারক্তা তন্দন পাইবগুম অশংবা তিংথৌ মতোলদা লৈরিক্তা পকচবদি থাবলদা পারবা লৈচিলনা পাইবগুমই। থাংলকইবা খোঙথাং অনিনা চীনগোই তুরেল য়ৌরক্লে। মফম অতুদা লৈরিবা নুঙপাক্তা কাখত্তুনা চেংহি লুরতুনা ঈরুজবা হৌরক্লে।

মফম অতুসু য়াম্না ফজৈ, মতম চঙনা শেম্নুরবগুম কয়াগী মতিক ফজরিবনো ? মহৌশাগী ফজবা হায়বসে ঙক্কবা ঙমদে। হৈনৌশিংতুগী মখোঙ অকোয়বদা মুংঙৌ কয়ানা পরেং-পরেং ওইনা ইকোই কোয়না· তাতুনা লৈরি।

হৈনৌশিংশিসু য়াম্না ফজৈ। মতুদি য়াম্নসু ৱাংদে। থোইনসু নেমদে, মনা ইপুং পুংনা মফম চানা চানা অমগী মথংদা অমা, অনগী মথংদা অমা অসুম্না খুৎশেমগী লৈতেংগুম্না চীনগোই তোর্বান্দা হৌরি।

অঙৌবা ঙাংলৈনবা, অরাংবা মখল মচু কয়াগী মুংশিং-তুগী মরক্তা অচৌবা নোংখাং চাইরবা মুশুক মুরবা মুংজাও কম্না কয়াস্থ তুম্পক তুম্পক তাশিন্দুনা লৈরি। মুংঙৌশিংনা অতিয়াথক্ত অরংবা থরানমিচক্কুম মুংঙৌনা লৈতেংলবা লম্পাকসিদা হৌরিবা হৈনৌশিংতুগী ময়াই ওইরপ হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অতুগী মখোংদা লৈরিবা মুংপাক অতুগী মথক্তা মুজা অনিনা চেংহি শম্বাল লাং-লিবসিদি শিল্লৈমা' পানথোইবী অনিনা কুমথরক্কুনা ঙানথোই-বগুম ঈংনা ফজবনা থল্লি।

অহিংগী মতমদা থরানমিচাক্তা শরিক য়োম্লবা মতমদা লোং-লম্বা থাজস্থ থোরক্কুনা অতিয়াদা ঙানবতুগা পাংখক্লি। মিৎয়েং কয়াতুগী মরক্তা লমগী লৈরাং কয়ানা মরক মরক্তা, তোমথিল ঙান্দুনা মখল মথেল কয়াগী লৈরাংনা ফুগাইনা শাত্তুনা লৈরিব-শিংতুনা থোইনা হেন্না অমুক ফজহল্লি।

মফমসে চীনগোই তুরেলগী হৌরকফমনি। হাইথরকপা লোইবী চীংগী নাপোমদা পরেং পরেং ওইনা লৈহাও লৈবেল পাম্বী কয়াস্থ শন্দোক্লা হৌগ্নি। চীংদা হৌবী উথম্বাল কয়াস্থ হৌরি। উচান পাম্বী কয়াস্থ হাইথরকইবা চীঙমাই অসিদা পাক্লা শন্না হৌই। য়েৎফম ইরৈ লৈতবগুম উজাও মখোঙদা উরি কয়াস্থ য়েৎলি। য়েৎলিবা উরিশিংনা মতোল য়োনা য়েংলুরগা হাইথরক্লিবা মতোনশিং অতুনগা অমুক্ক হেন্না ফজহল্লি। পুংলবা অশংবা উনারক্তা রাওথাংনরবা উরিগী মপালনা শাৎপতুনস্থ থোইনা পুক্লিং হুনা ফজহল্লি। হাইথরকইবা লোক্লুংদা চীঙথ্রাও পাম্বীশিংগী হায়ফম

খণ্ডনা ফজরবা মপালশিং, লোয়ননা মশক খণ্ডবা ঊপাল অমদি পাঙ্গোংগী মপালনা মৈগী মচুগুম শাৎপদি করিদা মপা লৈগনি ফজবগী। চিংথ্রাও উমং হায়না থংনরিবা মফমনি। কেল্লবা মপালশিং ঊপালগী মখোঙদা পাক্লা শম্না তাহ্না লৈরিবসে কয়াদা ফজরিবা। মুংশিবা মনমগা লোয়ননা শাৎলিবা মনা পুংনা নিংথিরবা নোয়পেল্লবা বকুল পাম্বীগী মপাল মরক্তা খোইমুশিংনা প্রাইরিবা মরক্তা তাম্নানা খোংলকপস্থ তাবগী পেনবা লৈতে মপা লৈতনা, হরাও তুজুংই। তাংজকম লৈতবগুম লোইবী চীংগী নাপোমদা হৌরিবা ক্যাম্লে পাম্বী থক্তা শাৎচবী লৈরাং খোঙ্গুল-মৈলৈ কয়াস্থ লৈরাং লৈশাৎ তমজরি। খোইয়ুম লাইশিংগী শানকম ওইরিবা নোংনা হৌবা নোংমাইচিংজাও, নোংমদোন খেৎনা উরবা ঈংলবা অতিয়া মচুবু ঙমজবী শেংলবা চীংজাও মমাই মপাল লোঙনা নিংথিবা, চীঙ্ পাঙ্গনবা মাগী মশাইকোন্দগী চেম্থরকইবা চীনগোই তুরেলগী ঈচেল্লক্তা, মুংজাও কয়া-কয়ানা পীক্লবা ঈচেল-সিবু থৎকে খব্বগুম ঈচেল ময়াইদা, মতাইদা, লৈরাইদা, নাকলদা অসিনচিংবা মফম কয়াদা অচৌবা, অপীকপা, ময়াই ওইনা পীকপা, মখল কয়াগী মচু, কয়াগী মুংশিংনা তাহ্না লৈ।

চেম্থরক্লিবা ঈশিংগী ঈরাওখোল, মালংগী ঈপোমদা, হরাওনা লৈরাংশিংগী লৈকাদা ঙংলিবা খোইমু, খোইরেল, খোইবিনিংথৌ কয়াগী শৈশক্তা মুংঙাইনা তাম্থারিবা, মরক্তা জগোই শাবগুম্না শাম্নরিবা চেক্লাশিংগী খোঞ্জেলনে পুম্নমক অসিবু তাবদা পেনবা লৈত্রবা খুৎস্থ কয়াগী মুংশিরবা খোম্থোক্লমী। নোংমাইজিংগী

হাইথরকইবা চাঁংগী নাপোম, নিংথিবনা নোয়পেল্লবী মুজাগী পাম্বোমগুম্না লোইরোই লোইরোই ছুমথরকপনা হেন্না হেন্না উরুবগী থম্মোই নৌহল্লি। তাম্না তাম্না অশংবা মচুগা লোয়ননা শন্দোক্লি-বত্নুনা তাম্না উরিবা খুলশিংত্নুগা শম্নরি। লমহাংশিং অসিদা শনবী শনাও কয়া কয়াস্নু চেন চোংত্নুনা শান্নরি। পাত্তা লমগী ঙান্নু থঙ্গোং কয়ানা চাক্তাবগুম লবুক লমহাংসিদস্নু অঙৌবা উরোক কয়াস্নু চাক্তারি। কাওরেলশিংগী মনা, মমৈশিংনা অমুক অমুক লেংলকপনা কয়াগী মতিক ফজনা উরিবা, চীঙয়া তম্না শিংলক্লিবা নাম্নিবা মুংশিংনা হকচাং কয়াত্তা অয়িংবা পীররি।

ঙমুলৈগী মুংশিরবা লৈনম্না থম্মোই ছুরি। পেম্বা লৈত্রবা লৈনম্নি। অসিগুম্বা মফমসে মহৌশা ঈমানা মতম চঙনা শেম্নবা লৈকংলা ময়াইদা পাং লৈবগুম্না থাজত্রবা মফমসিদা তোম্নুরেম্বী অমদি লৈমহল অনিগী শায়োল কুমহৈ শান্নবগীদমক লৈরম্নবা অত্নুগুম্বা মহৌশাগী লৈকোল অমনি। ফজরবা মিংয়েংশিং অসিগী মরক্তা মুজা অনিনা হরাও মথোই কারত্নুনা ঈরুজরি। চেম্থরক্লিবা ঈচেলগী মতাইদা লৈরিবা চাওরবা মুংজাও অত্নুদা ঈচেলনা য়ৈবদা অরুবা ঈশিংনা, ঈশিং চাইবিগুম্না রা-রা লাওবা খোঙ্গেলগা লোয়ননা চাইথরক্লিবা লক্ত তোম্নুরেম্বীগা, লৈহমলগস্নু অঙাং মচাগুম ঈচেল্লক্তুদা তাওথবি, ঈশিং চাইশিন্নবী শান্নত্নুনা হরাও তয়ামজরি। মখোই অনিগী মতৌদা হৌরিবা উপালশিংগী মথক্তা শান্নরিবা চেক্লাশিংত্নুস্নু য়েংবা মুংঙাইরমানে পাইথরক্তুনা মনাক্তা লক্লবগুম অমুক পাইশিন অমুক পাইথোক তৌরত্নুনা লাঙলি। লময়েল, লমখুম্নু তেনবা বাব-উচেক কয়ানচিংবা চেক্লাশিংনা মখোই

অনিগী মতৌ তমহনা ঈকুজকম অসিগী মতাইদা লাঙহনা নোক্ল-নোক্ল পুল্লপ পুল্লপ, শান্ন-শান্নহনা মুজা অনিহু লকুহনা হৱাঙ মুংঙাইজরিদো।

শক্তি-শঙাইশিংনা চেক্লাগী মতৌ অমদি মুজা অনিগী মতৌদা মিৎকুপ্তনা তথক তথক য়েংহুনা লৈজরি। মালং মাস্থ মুংঙাইনা শিরি হুম্না শিংতুনা মুজা অনিগী মুংঙাইজবদো হৈপাল-লৈপাল, উপাল-ৱাপাল, চীঙ, পাৎ ঈকোম, তুরেল, চীঙয়া-তমম্না, লৌবুক-লমহাং লৈকাই কয়াদা শন্দোক্লুরি।

অমুক হল্লক্নস্থ মুজা অনিবু লকুররি। মুজা অনিদি মথোই অনিগী থম্মোই ঈরাঙদা লুপ্তুনা লৈজরি। অরাম্নিদগী য়েংলকপদা চাইথরক্লিবা ঈশিং চাইবিদা মুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা মচু তরেৎকী চুমথাং থল্লিবা মরক্তা ফিজোল মপুং ফাদনা লৈজবদি করম্নবু হাম্নসিগবা কজববু............!

ঙাইহাক শান্নরবা তুংদা কাথৎলকুনা ফি হোংদোক্লে। অৱাবা কয়াবু কাওথোক্নুনা শান্নবা লোইরবসিদদি ময়ুমগীদমক চীনগোইবু থাদোক্নুনা তুংওইননা থনম্নগা খোঙশাল্লক্লে। য়েংলুবদা তোম্নুরেম্বী-গী মাইথোংসে নহালমথৈগা ইয়ান মান্নদে। নীংঙমদনা তৌই, ৱাখল মুংঙাইত্রবদি মাইথোং মক্তা লাম্বা ঙমদে। অৱাবা মশক উৎপা হৈত্রবী তোম্নুরেম্বীসু মশাগীদমক মাইথোং থরদি মকশিন্না নীংঙমদনা তৌই। মশাগীনা নোংম্না মাবু ঙাইহনা লৈরম্বা মক্ষমক্ত থোরকুবদা ইনশিনবা লৈতনা মফম অহুদা হৌরিবা লৈ-পাম্বী অমমগী অশাংপা লৈরাং অমা হেক পাম্নরহুনা লৈমহলদা ওনম্লিন্দুনা কল্লি-

গুম্বা অমা হায়গে তৌরক্লিবদো হায়দোকপদদি ঙমদ্রবুনা মাই-থোংদো নীংঙমদনা লৈরাংবুদা য়েংলবুনা লৈজরিবী মতারোইগী মতৌবুবু উবদুনা লৈমহলনা হায়রকই। "—করিনো নঙনা ঐঙোন্দা রা হায়নিংলগা হায়দোকপা ঙমদনা য়েংবুনা লৈরিবহুবু? করি তৌরবগেনে, ঐবু কনা ওইনা উরুরগে?"

তোম্বুরেম্বী থম্মোই নিঙ্গা খুমজরকই। "—ঐগী পুন্সিসে, নহাক্না ইম্ফালদা লৈঙ্গিঙৈদা করিনো অমা তৌরবনি। রাকমসে নহাক্কী মক্কমদা হায়বা ফাওবা ইকাইজে।

অতুম ওইনমক............ঐগী............। মখা তাদনা লকক তৌনা লৈরিঙৈদা লৈমহম্না য়াম্না থঙনিংনা মরক থৎনা হংলকই, "—হায়রোবা করিনো হায়বা তারগেসে। ঐবুসু খঙহল্লো! অঙম্বা ওইরবদি নত্তেং পাংজগে"।

লেপ্তুনা থাংলকইবা মুজা অনিগী খোঙথাংনা লাইজ ঈম্নোক-কোম মপাল য়োরক্লে। মখোই অনিগী থরো-থম্বালতুম্ব নীংঙ্খাইদনা লাইজ ঈপাল-লাংনা লৈরম্মী। থরো কৌবী লৈরাং মাদি থাজ মাগী মঙাল ফংলনি থন্দুনা মোমোন হায়নোক তৌরকুনা মুজা অনিবু য়েংজরকই। তোম্বুরেম্বীনা ঈকোম মপালদা ঙাইহাক লেপ্লগা রাখল তৌরগা হায়রকই। "—য়েংঙে! ইত্তা চান্নবী ঈকোম ঈম্নাইদা মুংশাগী মঙালদা শাৎচবী "থম্রাজ" অসিগী লৈকোদা খোইমু অমনা ঙংলমগা পাইখ্রিবগুম্না ঐগী নাপ্পদা লমদম তাম্নবা মরুম অমগী লাক্লুনা হুংশি চীনগোইজবিম্লগা চৎখ্রেনে মাইকৈ খঙহৌদনা খোইমুগী মতৌগুম, কনাদবু হুংশিগে, করমবু পাওদম-

শিগবা, নিংশা মপী হোল্লহুনা মখা তারকই। থম্মোই ঐগী অরাবসে করম্নবু কোংদোক্লশিগবা——ইতা! ঐগী পুন্সিসে খোইমু শাথেংদা ঈয়াইদা পংথরবী থম্বালগুম্নবনি। মখোইসে য়েংলগা খোইরাংই। মাগী থরো হায়বী লৈরাংসিনা মবুংঙো থাজ্ঞ থোর-ক্লনি হায়হুনা লেম্নরিবসে উরগা থম্মোইসে খোইরাংই। তপথবা ঙমদ্রেনে। খঙদ্রে ইতারোই ঐহাকপু খোইমু শাথেংদা কেম্নবী থম্বালগুম্না মাঙলগদ্রনে...........?"

"—করিগী মাংগনি হায়বগে খাংবদা কল্লো, থম্বালদা নত্তে, অরাবা মৈশা লাংইবসে মতাং মতাংগীনি। থম্বালস্থ কোরৌ মঙালদা নোকচৈ। থরোনা কোরৌ মঙাল লাক্লগা মাইথোংদা অরা উৎলকই, তাইবংদা লৈরিবা মীওই খুদিংসে অরাবা কয়া নংলিবনি। রাদনা মুংঙাইবা নত্তেয়ে। মুংশিবা হায়বসে ঙাইহাক কায়নরুবনা মুংশিবগী মতিক হেলহল্লি। অতুনা তৌরিবনে রাগনো ইতারোই, ঐহাকস্থ কায়না মৈশা নংলবী থরোগুম্বীনে। "—নহাক্কী-না কনা—?" "—হায়হুনা কাম্নখিগদ্রনে ইতা! লৈহৌই শক-লোৎপা খোইয়ুমগুম্না মশক মুম্না খঙদ্রিঙৈ, থরাই কৎচদ্রে; মুংশি লৈশক তমুরবা থম্মোইসে অরাবা ফংলে। "—ইতা খোইমু ওইবা মখোইনা মালংগী ঈপোমদা য়াওখিবা লৈরাং লৈনমসে ফংহুনা খোংগুল লিরক্কনা ঐখোয়গী অরাবসে কোকহনবিরবদি কয়াদা মুংঙাইগদবা নত্রনে চাম্নবী?

"—কাম্নদেসে ইতা, চীঙ মাগী মফমদা ঙমজবা থম্মোই পিরাং কৎহুনা ঐখোইনিগী নিংইবসে থুংনবা থৌনিজরুসি। অস্থুম্না অরাবসে কোক্লগদ্রা য়েংজুরসিনে।

"—হোয়নে ইতা, থম্মোইগী অবাবসে কোক্নবা মপু মাগী মফমদা চঙজক্লসি। মপু মঙোন্দা চঙজবা নত্তনা ঐখোইগী মতেং লৈয়রোইয়ে চান্নবী—"।

"—য়ৌরসিনে চান্নবী"—হায়নরক্তুনা লাইজ ঈয়োক কোয় অসিবু তুংওইননা থনম্লগা ময়ুম মাইকৈ পাংজরক্লে।

ইঙাগী নোংজুনা শেংদোক্লরা নিংথিরবা অতিয়াদা কোয়না চৎতুনা মতারোই চান্নবা লমগী চেক্লাশিং অমদি ঙান্থু থক্তোংনা পাইবা য়েংজরিবা, অঙোবা লৈচিলদা তারমদাইগী মুম্বিংনা য়ৈবদা তঙাংলবা মঙালনা মচু তরেৎনা লৈতেংলবা চুমিথাংগী মতৌগুম মাইকৈ শিনবা থুংনা ঙাম্লরকই। মাঙদা হৌরিবা পাক্লবা লমপাকী শংলবা নাপী, লৌবুক্নী ফৌনানা লিরি শিৎলকইবা মুংশিৎলক্তা জগোই শাথেক তমজনা হৌরিবা, লৌবুক-লমহাং চীঙয়া-তময়াগী অশংবা মচুনা শংবাম্লবা অতিয়াগী মচুদা অমত্তা ওইনা তিনম্রি। অশংবা তিংথৌথক্ত, খোঙথাং তপ্লা লাকচরিবী মথোং কারকপী, রাত্তবা কৌবীনা লৈতেংলবী, মিৎয়েং হোংনিংদনা নিংথিবী মুজা অনিদা তঙাংলবা মঙালনা য়ৈবদি য়েংলুবদা মিৎকম হোংনিংখিদ্রে।

মালেম পুম্বা মোমোন নোক্তুনা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা ওইদ্রে। মুমিদাংবাইরমগী মতম [illegible] অমম্বা কৌবী লাইরেম্বীনা তমথিরবা শক্তমগা লোয়ননা মালেম অসিবু য়োংলগে হায়বগী মতৌগুম মালেমদা খোঙদারক্লবদা, তাইবং পুম্বা অমম্বগী মক্নমদা লৈরক্লে। ঐগী ময়বা অহিংসিদা তোম্নুরেম্বীগা লৈমহলগা তিন্দুনা থম্মোই মৈচাক হাপ্পবা, মাগী মাগী উন্নখিবা মশাবীশিংতুনা হায়রম্বা হায়খিবা, ঙাংনখিবা কয়াবু নিংশিংতুনা লৈজরি............।

মালেম অসি মন্থা ম্নাত্রি হায়রগুম কোরৌ মন্নি শামগ্রবস্থ থাজ ঐরঙ্গী ঈংলবা মঙালদা তাইবং নখোই মুংঙাইজখো। ঙসাই-মখৈ মুংশাগী মৈশাদা চোকথরকবা নশাদো তেকখৎলখো হায়না ঈংলবা মঙালগা লোয়ননা থাজনা নোংপোক হায়ম পাংবদগী মপুং ফারবা মাইথোং উংলহনা মালেমদা মঙাল পীরকই। ঈংলবা মঙালনা মুরা অনিস্থ থম্মোই ঈংগত্রা হায়রগা থম্মোইবু অরাবা পীনবা ওইজখিদো ; রাখল ঈপ্রাক্তা লাংতক্লনয় থম্মোই ঈথক কয়াগ্রা লোইনবী মুক্কাসে অহিংগী চিক্লবা মতম্মা মখোইগী থম্মোইবু ঈংহনখিগত্রা........ ?

থাজগী মাইথোংদি শকলোন কয়া পুই। অরাবা তারবা মীওইনা রানা অতুম উই। মুংঙাইবা কয়াগীনা মুংঙাইনা উজেদো হে! শকলোন কয়া পুরিবী নঙগী নঙালতনা তাইবং থরাই ওইরিবী থোইহিগুম্মা ঈংনা থুমবা নঙালদা পোত্থাজগে হায়না থোক্লরবা লৈমহল অমদি তোম্বুরেম্বীগী মকমদদি অরাবা থম্মোই মৈচাক লোয়ননা অয়িংবা থাজগী ঈপোমদা থোক্লরবীনা অস্থম্মা, অস্থম ঙসিগী ঈংলবা অহিং অসিদা লাংতক্লনা হৌগ্রগনিদো........।



# ৪—থম্মোইগী চেক্লা পাউখুমদা

অহিংগী মতম্দি, তাইবং পুম্নমক ইচিক চিকই। উপাল-ম্রাপাল, হৈপাল-লৈপাল হৈরাং-লৈরাং পুম্নমক তুমিন্না লৈ। কয়াদা ফজরবা তাইবংনো........? তারমদাইগী থাজ মঙালনা চামথোক্লবা পুমহাং-হাঙনা লুপা মহি চেনবগুম নিংথিজরি। থাবলক্কো শাংচবী থাবলগী লৈরাং কয়াস্তু শাংলি। অতিয়াথক্কো শাম্নরি নোংয়িন কোবী চেক্লাস্তু, পি থাদোই কৌবী উচেকস্তু খোংলহুনা মশানো মাবু কৌরহুনা তেংথারী। নিংবা কায়রবা শা কম্না লমহাংদা খোংহুনা কপ্লি। পারবা লৈচিলনা অতিয়াথক্কা মতারোই নামিব মুংশ্রিংকা লোয়্‌ননা হয়াও মুংঙাইনা থাবলক্কা শাম্নরী। ইঙাচ ইঙেন থামৈগী থাবল মেঙনা পুক্লিং হুনা অহুমক ফজে।

চিক্লবা অহিংসে তুমিন তুমিন লৈরি। চীঙজাও-উজাও, পামেল তুমিন্না লেপ্লি। হাওজুবা লম্বুক, লমহাং তুমিন্না য়াতাবি। থেংনবা অহিং মঙ্গমদা ইচিক চীকা লৈজে।

করিস্থ কয়াদে মালেম লৈকোই খিবিক
অহোংবা লৈতে থেঙলবা অহিংদস্থ
থাবলনা ঈংনা থোক্লবস্থ অতিয়াদা
অঙানবা তাইবংনা মপুগী মরুমদা লৈবগুমই।
বারবা থম্মোইনা কৌজরি মহাকপু
অচং-চত্ত পুক্নী মপু ও[illegible] [illegible]
লেংলি পাল্লিববু থবাই হাপ্লিবা মহাকপু
অবা অনাগী মরুপ ওইজবা
তাইবংবু অশি অচঙ নাইহনবিরিবা
তেংবাঙবিয়ু অবাবদা থৌজালবিয়ু
নমুপোং ওইবশিংদা চিক্লবা অহিংনা
ঈংবগুম মৈশা লাংহনবীগনু।
করিস্থ কায়ত্রি মালেমগী শক্তম
হোংদে করিস্থ অহিং, মুংথিলদা ওইথিবদো লৈরি।
তুমিন-তুমিন লেপ্লহনা ঐহাকপু মুন্না য়েংলহনা
পুন্নমক নাক্তা লৈরস্থ পুমহাং হাঙবগুম্মী
ঐগী থম্মোইসে চান্নবী নঙনা লৈতবসিদদি॥

ঈচিক হুনবা অহিংদা, তারমদাইগী থাজ মঙালদা হাঙল তাইবংদা অঙাওবগী মতৌগুম চংলি। চান্নবী নঙবু থিবদা হংজরিদো লেংলি পাল্লিবা, অচং-চত্ত থবাই পাম্বা পান্দবা খুদিংদা চান্নবী নহাকপু উবরা হায়নবু।

থোকপ্রবা থৌদোকশিংদো লৈরিবা মহৌশাগী শক্তমশিংদা হংজবা নত্তনা হংলুকম খঙদে, পামেজ উপালদা পাওদমজে।

থম্মোইসে তৌফন খণ্ডদনা থোরকই। তারমদাই থাজগী মাইথোংদা অমুক য়েংজতুনা পাওহংজৈদো ; খাংঙমদ্রবা মতৌনা মিৎলু পিরাং ঈহৌনা লৈজরি। নুংশিবা নঙবু থাজরুবা শাবী-শানৌসে ঙাওই হায়নবসে অচুম্বনি। চিক্লবা অহিংধু থুগাইতুনা শোঞ্জরুই, কৌজরি চান্নবী নঙবু——।

পামজরুবা নঙগী নীনোক
ঐগী থম্মোইদা পীরবি চৈথেঙ,
রাখল ঐগী, মিৎয়েংদা উরি
তত্তুনা নঙগী নিংথিবী শাবালদো
ঐগী য়েম্নিং থাগী লৈকোন্দা শাৎলম্বী
লৈরাং ও! নোংঙাল্লমদাইগী শজিক্কুম
থম্মোইমুংদা ঙাল্লম্বী নহাকপু
কৈদনো চংলিবতু থাদোক্তুনা
হুদোক্লম্লগা মফম অসিদা ইতোম্মতা
হিংউ হায়বসে করম্না য়াওদনা চান্নবী নঙবু।

য়াম্না খারবা হু গী মশক ওইরিবী লৈরাং নখোইগী য়েক্লব-গুম্লবা রাকচিংগী উল্লেন লাকপদা নিংথমগী লৈরাং ওইতুনা অরেম্বদা লৈরাংগী লৈকাদা চণ্ডতুনা লৈরাং লৈরিকপু চামথোক্কুনা মাংলগদ্রনে? নত্তে, অতুগুম্বা রাকচিংগী উলেন্দা কেনগদবী, শাৎলখোনে ঐগী পুক্নিংগী লৈকোন্দা। কংলবা থম্মোইবু অনৌবা ময়োল চোংহল্লমখো ও। ঐগী য়েম্নিংথা লোইদ্রিএ চান্নবী, চেক্লা নঙনা নতু-নমাল ইপোল-পোল থম্মোই পোন্দা শান্নজরম্বদো

করম্নবু কাওরসিগবা ? নহাক্না লমদম খঙদ, মাইকৈ লেপ্তুনা পাই-শ্রবদা হাঙহৌরবা থম্মোই ঐদি ৱানা খঙলিদো নঙতবু নিংশিং-ডুনা মালংগী ঈপোমদা পাওজেলববু মালং ঈপোম লৈপখ্রেদো চান্নবী ।

পাখঙ ঐগী থৱাইদি মুজা নঙগী নাক্তা চৎখ্রেদো হকচাং পোলাংতা ঙাইহৌরবগুম্বা পুন্সিসে করম্না খাংসিগবা চৈনাসিবু—? খাঙফম খঙদডুনা মুপা অদো মনাক্তা হৌরিবা উপাল অমগী মখোংদা ফমথরডুনা লিরি শিৎলকইবা মালং ঈপোম ফংবদা নাম্নিবা মাবু কোনজবগুম ৱাখলনা নিংলডুনা চান্নবী মাগী মপাওবু তমজরকইদো ।

পোইরৈ শিন্থুংনা য়ৌঙম্বা
লমজাও কোনগী মালংবা
চেৎনা কোঞ্জগে ইথামুংদা
মুংশি ইপাওবু তাবিয়ু ।

কোম্ননা চৎলুবা হকচাংদো
পোত্থাখোনে ঙাইহাক ইনাক্তা
অমুক চৎলোকো মরুপলোই,
পুবিখো ঐগী ইপাওসে ।

ৱাজরবা ঐগী ইতৌসে
তম্বিয়ুকো মাগী মফমদা,
নঙনা চৎপা খোংচক্তা
তপ্পা চৎলুকো নাশোন পিক্না,

নুজা ঙইবি থম্মোইনি
অকনবা শহুম পীবিরুম্নু,
মিপাইগনবী থম্মোইতু পাথৎকনি ।

নঙনা চৎখিবা লম্বীদা
থেংনগনি চীঙ-পাৎ কয়া
উগনি ফজবনা থল্লবা
লাইজ ঈশিংনা ঈমাই চোল্লবা,
ঈকোম, তুরেল কয়াস্থ
তপ্পা চৎলুকো মালংবা
থাজ ইপোম মরক অসিদা
নতারোই নোংয়িনবু য়েংলদুনা ।

থম্মোই নুংঙাইনা ম্নোবিয়ুকো
নুজা মাগী রাজবা মতৌদো
মুন্না য়েংবিরকউ মালংবা
মাইকৈ খুদিং য়োঙম্বা নহাক্কী
অমুক হল্লক্ক্নুনা অম্মোলাও !
নুংশি মৈনা চাক্লবা ঐগী ঈফমদা ।

অচিকপা থাবল ইপোম মরকসিদা মহাক্কী মতৌবু য়েংবা ঙমত্রদুনা নিংথিরবী শাবাল অমনা অঙোবা ফিজেৎ শেংলদুনা রাখলনা ঙাওরিবা নিপা অসিগী রাখলগী মিংয়েংদগী থোরকই । শক্তমদো হেক উরুবমক্তদা ফুক হৌগৎলি । মশানৌ লাকপা উরদুনা থরাই হকচাং য়াওনা করিগুম্বা নানথোকপ্রবদি অমুক ফংহৌররোই হায়বগী মতৌনি, কৌরদুনা তান্নজরকই “—চান্নবী থম্মোই

পোন্দা শান্নখো! পাইবিখিনু থম্মোই চেক্লা, কৈদোবগে উশা ফৈরা অমত্তদা পুন্না তোংমিন্নদুনা লাংভিং খুমু মতৈ মনাঙ অনিনা সোরা চীংগী চীঙদোলদা চেক্লা অনিনা চিল্লোক্লা চিনদিন দৈ জংন্বদো অমনা চৎপ্রবদা করম্না হিংহৌগনি? হো........চেক্লা ও! নঙবু লাকখোও চেক্লা চিল্লোক চিনদিন্না লৈমিন্নসি, মুংঙাইরবা ঈপাক্তা তাওথমিন্নসি মুংশি মহৈ চাখিসি কৈদৌবগে চান্নবী....”।

শক্তমদু নোকমি-নোকমি য়েংলদুনা লৈজরি। মুজাগী মীনোক নিংথিবী উরুবদা পাখঙ থম্মোই পেঙ্গরদুনা মখা তানা হায়রকই। “—মুজাগী মীনোক নিংথিবী, করম্নবু কাওরসিগে ঙাইহাক্তা ঙাইখো ........চান্নবী রাংলেন মিকুপ অমত্তং ওইরবসু পোথামিন্নখিসি হায়ববু করি হায়বগে। পামেল উথাসিদা থাজ মাবু য়েংখিসি, মালং ঈচিক লাংখিসিনে—”।

শক্তম অদু য়ানিংবগী মতৌ উৎলদুনা পামেল অদু তম্না চঙলক্লুনা ফমথরক্কদবগুম তৌরকই। “অঙকপনি” অরাবদো উবদা য়েংবা ঙমদ্রদুনা “লৌনম্বী” কৌবী লাইরেম্বী অদুনা তাইবং মীগী শক্তম লৌরদুনা রাখলগী মিৎয়েং মাঙদা লাকইবা ওইরমানে। উনা-উনা মাঙখরে। শক্তমদুনা লোৎপ্রবদা থম্মোই পুবা ঙমদ্রদুনা শোল্লকই; “—নত্তে চান্নবী মদু নত্তে, ঐহাকপু লংথোকপিরমগনু, মুংশিরুবমা ঙাওরবা ঐহাক্কি অসুম্না ঐবু অরাবা পীগদবা নত্তে”। খাঙফম খঙদ্রদুনা “ঐগী পুন্সিদি লোইরে—” হায়রম্লগা লৈমাই-থক্তা রাখল তাদনা তেকথরক্লবা অরাথবী পাম্বীগুম তুপ্রে।

অরাবা খরা নেমথরক্লবদা অমুক হৌগৎলকই: হৌরিবা পামেল অমগী নাক্তা চঙলদুনা পামেল উপালদুদা কোল্লদুনা থম্মোইগী

অৱাবদা পাওদমজৈ। "মাঙদা হৌৱিবা উপাল নঙদি তুমিন্না লেপ্তুনা করিব্ যেংলি। ঐগী অৱাবসে য়েংঙিংবরা? খুম্মো ঐগী ৱাহংগী পাওখুম, লাক্লম্বদাই মহাক অদো ঐগী নাক্তা, হৌজিক্তসু লৈরম্বনি। হায়য়ুনে উপাল, নঙদি উহৌরমগনি। তাকলো খঙ-লবদি চান্নবী মহাক্কী লৈফমদো, "ও! উপাল নঙসু খুম্নরোইদ্র, নহাকপু নরোল থোক্ত্রবরা? নত্রগা নিঙবা কায়রবা অমা ওই-খিবদগী ৱা ঙাংলরোই হায়রুনা ঙাংদ্রবরনে? নঙদি অৱাংবা উপাল-নি, নঙগী মিৎয়েংদা উরমগনি চান্নবীগী, খঙনা খঙনা তাক্লবা ওইরেকো। মীগী অৱাববু উরগা তুমিন লেপ্তুনা লৈথোকপা ঙম্মীকো।

থম্মোইগী অৱাবতু মরোল থোক্তবা উপাল অতুদা পাওদমজৈ হায়বতুমঙাই পাওখুম পীরক্ত্রবদি নিঙবা কায়না থোরক্লগা নোং-দোল থক্তা থোকইবা থাজগী মাইথোংবু য়েংলতুনা হায়রকই। "—হে! থাজ নঙদি থোকই নোংদোল থক্তা নঙগী মঙালনা মাইকৈ খুদিং, লমদম খুদিং য়োনা ঙাল্লি। লংথবিরম্নগা ন্নুংশি ঈপাক্তা চৎখ্রিবী ঐগী চান্নবীদো উরমগনি নঙদি, হায়য়ুনে নঙবু করম্নবু লৈবগে ঐগী ন্নুংশি থোইবিদো নঙগী নঙালদা....? নোং-দোলথক্তা থোকইবী নঙবু উত্রনে, থরো মাগী অৱাব, চরাংনা য়েৎলি বারোবরা? করিগীনো ঐগী ৱা তারগা লৈচিল মরুমদা লোৎলিবা? খঙলে খঙলে থাজ খঙলে ঈংলবা ফজবনা শরুক ওইজবী নখোই অমত্তনি। নঙাল চাওবী নখোইনি থম্মোই কনবী মশেন্নী। শোয়দনা খঙলমগনি, মহাক্কী পুকচেল, থাজগী মতৌদা

মখা তারকই হায়দ হান্নজররোই, নোনজবতনা ঈশরুক ওইজবা, ঐগী ঈপাওবু তানিংদদুনা লোৎলিবদো থোরক্লো, ঙাল্লরো, নঙালদো, ঐহাকস্তু মালংবা মহাক্ক ওইখ্রগে মরুপ, হে ! মালংবা নংদি মহাক্কী নাক্তা য়োরগা লাকইবা ওইরমগনি, খঙলমগনি মহাক্কী লৈফম। ঐহাক্তি য়োবস্তু ঙমদ্রে মহাক্কী নাক্তা অমুক চংলো ঐগী অরাবসে পুরদুনা তম্বীরুরো চান্নবী মাগী নাপদা........কৈদৌবগে মালংবা ঙাইহাক্তা লেপখোনে, ঐগী রাসে তাখোবা—। শিংলিবা নুংশিং অসিস্তু শাওরবগুম্না ঐবু শাবী শানৌ নখোইগী কায়নবগী পাও-জেলফম্না হায়বগী মতাগুম ফেং হায়দোক্লদুনা অহোইনদুম মহাক্কী মখোদা খুমাং চাওশিন্নবা হোৎনম্নি। পূম্নমক অরেম্বা তারবসিদদি শোনজবদং ঙাইরকলেদো, কাউবা ঙমদ্রবা রাখল ওইবনা অমুকস্তু শোল্লকলে। "কদাইদনো নঙবু করম্না খোঙ্গুল লিরক্কনি। ফংল-রোইদ্রনে তাজনিংবা নপাওদো লাক্লরোইদ্রনে লোয়ননীংবী নংবু। লেনহলবীগনু থম্মোইসে, মিকপ মীরাওখোলক্তা, লৈজগে লোয়ননা নঙগা, কোকচগে অরাবসে ঐগী। অরাবা পুঙমদ্রবা থম্মোইদো চঙজরকই।

নোংদম্বদা অমুক ; নোংদম্না কৌরা মপুঙ, তম্বীরেদকো ওন-থোকপা মংংদা, শকখঙনরুবসে মুজা মাগা, তাশোন্না থিনবগুম চৈ-না ফাওরি। রাজরি কয়াদা. থম্মোই লাইমনগুম, অসিরা মুংঙাইবা হান্নবদো তাইবং মীওইপোক্কী—লৈরম্বসিদি মহাক্না তাইবংদা ওইরক্লে-কো রানননবা ঐহাক্কীদমক, অসিরা মখোইগী পুকচেল থরাই ওইজবী, শাবাল চেকশিন্না ফজবী, ঐবু করম্না থাঙউ হান্নবগেনে চান্নবী ?

মৈশা ফংলবা লেমলৈ ঙানা ওল্লা থোইনা খাঙজবগুম মশানৌগী-দমক লৈমাইথক অসিদা খাংজেদো। কায়না মৈচাক্লা ঙাওজরবা ওম্বা অসি মহাক্কী কাদা লাইরিক পাত্নুা লৈরম্বদগী মুংশিবগী ময়াই অসিনা কনখিবনা, ঙাওরত্নুা খাঙবা ঙমদ্রত্নুা মৈচাক অসি কোক্লবা ফমুংথক্তা লোংনা হিপ্তুনা পোত্থাজরম্বনি। কায়না মৈশা খাঙবা ঙমলক্তত্নুা, ৱাখল মানা মালং ঈপোমদা ঈচিক লাংগে খল্লত্নুা মপালদা থাবলগী মঙালদা থোকউবনি। মুংশিবগী কায়নবা হায়বসে পোত্থাফম লৈতবোইকো, ঈংলবা মালংগী ঈপোমদা, শাবী-শানৌগী থম্মোইদি কায়নরবদা হেন্না খোইরাংজে। মুংশি মানা নাক্তা লৈরবদি কালেনগী মুংশাদা ঈরুরগা কাখৎলকপগুম ঈংনা মুংঙাইজে। অত্নুমঙাই মহাকসু অৱাবা পোত্থাগে খল্লুবা, ফুগাইনা শাৎলবা লৈরাংগুম ঈংনা ঙাল্লিবী থাজগী মাইথোংবু উরুবদা থোইনত্নুম খোইশাওনৈ। মুংশি শৈশক তম্লুবা থম্মোইদো হায়-নিংঙাই লৈতনা পোত্থাফম খঙহন্দত্নুা মশানৌগী ৱাখলদা ঈৱাক্ল-রত্নুা অহিংসে অৱাবদা ওইজরি। অহিংনা ঈচিক হুল্লক্লবা থাজ মমি শাম্লক্লবদা থেংল-থেংলগা অহিং মমৈ ওইরক্লবসিদা, অৱাবসু অসুম-অসুম হেল্লক্তুনা খাঙফম খঙদ্রত্নুা মাঙদা হৌরিবা চাওরবা হৈনৌপাম্বীত্নুগী মখোঙদা ফম্নত্নুা ৱাখল তৌবা হৌরক্লবদা ঙসাইগী শক্তম অদো অমুক হন্না থোরকই। খাংঙমদরবা মৈচাক্লা লোয়ননা লৈমহলনা পীরম্বা ৱারোলচে অদো মখুৎনা চেৎনা পান্নরত্নুা লৈ-মাইথক্তা ওল্ল-থোইনা লৈরম্বদগী ৱারোলচে অদো পীরুরি। শক্তম অত্নুসু তপ্না তপ্না চঙলক্তুনা মনাক্তা লেপ্লম্মী। শক্তম অত্নুবু য়েংলত্নুা পাখঙ অত্নুা হায়রকই—সে,....নঙনা পীরম্বনি, নহাক্কী অসে লৌজগ্রো। মসিনা পোত্থাফম খঙহন্দে। ঐহাক্কী থম্মোইবু

লৈমহলগী শক্তম লৌরিবা হেলোইসে য়েংতুনা লৈব ঙমলক্তুনা ব্রা ঙাংলক্লে—"নহাক্না ঐবু নুংশিবীদ্রবস্থ মরোল থোকচদ্রবা চেজেৎ অতুবুদি লাইবক থীরবী ননাওগী থৱাইমক্লি খনবিয়ু, মতুবু মাঙহনবীগনুকো চান্নবা"—"ঙাইখোং ! চান্নবী : হংজহোগে ব্রাহং অমত্তদি, পীরমখো পাউথুম ঐঙোন্দা হায়য়ু, নঙবু নুংশিরুবা থম্মোইসে কয়াম কুইনা ব্রাহনখিগনি, হায়য়ুনে চান্নবী" "নহাক্না অশেংনা থম্মোই মক্তনা ঐবু নুংশিরবদা কোক্কনি নহাক্কী অব্রাবা"....। "অতুদি থাজবিদ্রবনিনে, নুংশিজরিবসে" শক্তম অদো মঙক হাইরতুনা থম্মোই হুরবা মীনোক্ক লোয়ননা তুং-ইল্লকউ, হায়না খুদম তৌরম্নগা হাঙলবা লমহাং-লোমদা থোকখ্রি। ইবোয়মা-স্থ লৈমহলগী শক্তম লৌরিবা হেল্লোইতুগী তুংদা অতুমক ইম্নরক্লি। হেল্লোইসিনা ফজরবা হৈরাং-লৈরাং কয়ানা থন্না হৌরিবা, শাৎলিবা লৈকোল অমগী মন্নুংদা পুশিল্লকই। ফজরবা লৈকোলতুদা ইবোয়াইমা, লৈমহল য়েৎকা-ওইগা খুৎশম্নতুনা পুক্লিংগী লৈকোলদা হরাও-তয়াম্না চৎমিন্নরি। মখোই'নি লৈরাং কয়া হেক্তনা লৈরাংগী লৈনম নম্মীন্নতুনা অমুনবা তাওজিং-হৈরাং কয়া চামিন্নতুনা হরাও-মীনোক তমজরি। শাবী-শানৌ অনিসে কয়াগী মতিক নুংঙাইজ-ব্রিবা নহা ওইবগী নুংঙাই ব্রাখলনা হেনখিবনা ঙাইহাক্কী মতম্মি খনহৌদ্রে। চৎমিন্নরম্বদগী খঙহৌদনা লৌনম শক্তমদো মনা পুংলবা লৈ-পাম্বী অমগী মরুমদা লোৎখ্রে।

"লাপ্না চৎখ্রস্থ নঙনা, লোৎখ্রস্থ ঐঙোন্দগী
থম্মোইদা তাখ্রবা শক্তম ওইখিবনা

নিংশিং নিংশিংনা কৌজহৌরি ইভোম্মতা,
কাউঙমদ্রবা থম্মোইনা রাজহৌরি ঙসিস্থ।

লাৎচরি মক্তুবা থম্মোই ঐহাক্না
নোংমা উখিবী, মুংশি চেংলৌদো
হাঙলবা পুন্সি তোর্ব্বান্দা কৌজরি
শারবা লৈঙোইথক্তা ফমহ্নুনা,

তাম্মানা খোঙলকপত্নু তাক্নরি
য়েংলুরি, নোংয়িল্লা পাইবদো,
শাৎলিবা লৈরাংশিংবু উক্নবদা নিংশিংলি,
অয়িংবনা থল্লবী চান্নবী, নঙগী মাইথোং।

উনদ্রবস্থ অমুক নংগা
কাউনগুমসি থম্মোই-থম্মোইদি
নিংশিংনসি মপোক মপোক্তা
ঙাইনসি নঙনস্থ ঐবু, ঐনস্থ নঙবু"।

লৈমহল থিবা ফংখিদ্রবদা কাইহৌরবা থম্মোইবু থেম্বিনবা য়াওদবনিনা রানা-রানা তেংথাজহৌই। অরাবগী ঈপাক্তা তিন্দুনা থম্মোই শোক্লবা খোঙ্গেলনা মশানৌবু কৌরকই। অহিংগী মতম্লগা থেঙবনে, মুংশি মৈচাক্লগা কবনে, হান্নিংঙাই লৈতনা চোকথরে হকচাংসে। থেংলক্লবসিদদি, অহিং লাইরেম্বীনা শাওরহুনা মহাকপু লৈ-পাম্বী অহুগী মথোঙদা তুমখুল তালহল্লগে হায়না হোৎনরক্লে, লাংবলগী মুংশা থাংবদা থোৎলবী লৈরাং খুৎশং-লৈনা পৎথহুনা লৈরবগুম্ব হকচাংহুগী মাঙদা অমুক লৌনম শক্তম অহুনা

নাক্না চঙলক্নুনা নাপ্প চিন্না চীবোনজরকই। "করিগীনো লাইবক থীবী ঐগীদমক অতুক ৱাবিরিবতুবু, নঙগী নতৌ যেংঙমদে ৱাফদেযে, হয়েং ইম্নুং শোবা তৈরকপদা নুজা ঐগী খোঙ্গুল লীবিরকউ। নংগা ঐগা শোয়দনা উন্নগনি, চৎলগেকো পাম্মুবা। নুজা ওইবা ঐহাকসে ৱাবনা হৈঙমদরে। পাইরকলো, কৈদোবগে পাম্মুবা নহাকপু। তাইবং মপুগী লৈকোলদা নুজা পাখঙ পুন্না লৈখোক অমত্তদা শাৎমিন্নসি। তালা পামেল অমত্তদা তোংমিন্নসিকো চেন্না ওইরগনা তাইবং লৈরাংনা কেন্দ্রিফাওবা চৎলগেনে চান্নবা, অহিংসে থেংলে, কাওনগুমসিকো, হয়েং ইম্নুং ঙাল্লকপদা শোয়দনা উনসিকো পুকমেন পাউমেন্নরম্নগা লৌনম শাবালদো মঙালনা মালেমদগী মাঙখিবগা লোয়ননা অতুম মাঙখ্রে....। ইবোচৌবস্তু অয়ুক অঙনবা, চীঙ্খৈ ফিতুপ হুন্বা মতমসিদা নংহৌররোইদবগুম ইবোয়াইমাগী কাদা পরপ-পরপ চঙলকই। অস্তুক্কী মতিক ঙল্লি। ইবোয়াই-খোইগী ইমুংগী মী অমত্তা হৌগৎনরমদ্রি। ইবোচৌনা ইবোয়াইগী কাদা চঙলুবদা, ইবোয়াইগী কাগী থোংদো লোম্বা কাউরম্নমানে ইহাং-হাংনা হাংদোক্নুনা লৈরম্লি। লমগী লাইরেম্বীনা ওনবা লৈমহলগী শক্তমতুনা ৱাহৈশিংতু হায়রম্নগা মাংখ্রবতুদা মঙলাক্নবগুম তাইবং ফাওনা লাউরকই। "নত্তে, নত্তে লৈমহল ঐহাক নঙবু থাদোকপা ঙম্লোই, ঐস্তু লাক্কে ঙাইরমখোনে চান্নবী"। ইবোয়াইগী নাক তম্না চঙলকইবা ইবোচৌগী নাকোংদা তান্নরি। ইবোচৌ ইঙক-ঙক্না য়েংলতুনা কৌরকই "মরূপ মরূপ করি তৌরবগে? ইবোয়াই ৱাখল থংতা তানা হৌগৎলকই। অতুবু মশাপুম্বদি

চোকথরম্মে, হৌজিক্তা মগুওই করি ওই, তাইবগুম্মা লাক্লমইবা লৌনম শাবাল অতুনা হায়রম্বা মাহৈশিংতুবু নিংশিংতুনা লৈরি। অরাবা রাখল ময়ামতুস্ল মালংগী খোঙচত্তা তিনখ্রে। নোংঙাল্লমদাইগী চীঙ্খে হুল্লকপদা অয়িংবা মুংশিংনা হকচাং তম্না শিংলক্লুনা অয়িংবা পীররি। মুংশিরুবা, পামজরুবনা হেনখিবনা নিংজবসিনা খন্দুনতা লৈজবনা মঙ ফাওবা মহাক্তবু উরে। ইবোয়াই মহাক্কী চান্নবীনা মঙলান্দা লাক্লুনা হায়রম্বা অতুবু নিংশিংজতুনা থম্মোই মকা লানজরি। তাইবংগুম খনজনা মুংঙাইজরি। মিকপ থোরকপদা মনাক্তা ইবোচৌবা লৈরম্বা উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইজে॥ অয়ুক্কী লিক্লানা য়ৈবদা তেকখৎলকই মশাদো, ইবোচৌস্ল মহাক্কী মরুপ্না থরাই য়াওবিরিবতু উতুনা হায়নিংঙাই লৈতনা মপুক্লিংদা ইবোয়াইমাবু থাগৎচরম্মী। ইবোয়াইমাস্ল হায়নখিবা রাফম নিংশিং-লক্লুনা হায়রকই। "থেংখিনবনি ঐহাকস্ল ঙসিদি থম্মোইসে ঈরাং লাংই, কৈনো অমা ইতৌ হেক তৌই। মরুপ্না চৎসি হায়রিবা মফম অতুবু য়ৌনিংবনা লৈফম খঙদে।" "—নহাক্না ঐগীদমক, অস্লুক থরাই য়াওবিরিবসে ওম্ভোক্লা পেল্লে। করম্বা মতমদা শিঙ্গনি শিংঙমলোইদবা লমনসিবু ? "নহা ওইরিঙৈগী মতমদা তৌদবা য়াদবা থোৗদাংনি, ঐগী পামজবা হায়ববু মরুপকী অরাবশিংসে কোক্লনা পোত্থাবা ঙমজরবদি অপেনবা ওইজগে মতুনা, হিংজ-রিবসে কনাগী নত্তে মরুপ নঙগীনি, অতুগা মরুপ ঐখোয়না চৎসি হায়নরিবা মফমসিবু ঐহাক্না অস্লুক য়াম্না চৎচনিংলিবসিনা করিগী ওইরিগবা লৈরবা জাৎলা মফমতুদা, মরুপকী তোল্লুরেম্বী লৈবগুম, ঐগীস্ল লৈমহল মহাক্তো"। "—মতুমক ওইথোকপা

ওইসন্নু, মরুপকী থরাই য়াওবীবসে ঊবদা, য়াইফবা শোইদনা ওইরগদ্রা নিংই। অরাবা লৈতনা উন্নগদ্রা খল্লি"। "কৈনো ! থম্মোইসে য়োনিংবনা লাংতক্লে, হায়রিবা লমদমদো ঙসিগী মঙলান্দা লাক্লম্বী লৈমহলগী শক্তম অতুনা হায়রম্বাশিংদো নিংশিংলুবদা লৈবা য়াদে, ঙাইহাক্তা পনথনিংদ্রে, থরাইসে য়োনিংলে মনাক্তা উনিংলে মহাকপু। থেংখিনবনি মরুপ থৌরাংতুম লোইরমলো চৎলসি"। ইবোচৌস্থ মহাক্কী মরুপ ইবোয়াইমাগী মতৌদা হরাওনা পুক্লিং মুংঙাইনা হায়রকই। "লোইজরম্নগে লাকপিরো" হায়না ময়ুমদা থুনা য়োনিংবা খোঙথাংনা পরপ পরপ থাংলক্লে।

য়ুম য়োখিবা খঙহৌদে, চৎনবা থৌরাং পুম্বা তৌরে, ঙসিসে তোম্নুদা লাক্লে হায়রম্বা মুমিং অতুনি। মুমিংসিদবু খৌরাংনা ঙাইজরকইবা, ইবোচৌনা খনজরকই, মতুদি হায়রিবা মুমিং অসিবু থুনা য়োহল্লিংবনা হেনখিবনা য়োঙমদনা লোইশ্রগদরা হায়নবু পুং অমগী মতম্বু চহি কয়াগা মান্নবা নিংজখি। থম্বালজাও মাঙ্গোলদা ফল্লতুনা মচাগী মতৌ য়েংলতুনা মুংঙাইজরি রাদি ঙাংলমদে, মতাং অসিদা ইবোয়াইমাস্থ থৌরাং লোইরতুনা লাকচরি। ইবোচৌস্থ লোইরম্বনা হাল্লতুনা অমুক ঙাইনবা তৌদনা পরপ পরপ তুংদ-মাংদ থোকমিল্লখ্রি। তৌনরিবা ইরাংদো খঙদবা নত্তে। অহল-ওইবনা মখা থাবগী লমচৎ খঙদবা হৌনদে। অতুবু মখোইগী মতৌতু য়েংবদগী হেল্লা করিস্থ ঙাংবা ঙমখিদে। নহারোলগী হৌনবা পাংঙাংদ ঙাংই, পংচৈদা চৈ, চৎলমদাইদা নত্রবদি য়াদম্নানেগা হায়না শাওরকস্রা খল্লতুনা তুমিন লৈহৌই। মচা ওইবসিংনস্থ নহাগী ঈরাংনা হেনখিবনা খঙবীদে। অতুম ওইনমক মচা ওইবশিংস্থ মখোইনা

মমা-মপা ওইরক্লবদা মচাবু ফহল্লিংবনা মতমত্তদা মমাংঙৈ অঙাং ওইরিঙৈদা মমা-মপানা হায়খিবদো নিংশিংলক্লগা নীংঙমদবা লাকই। নহা ওইবশিংনা অহল-লমলগী ৱা তাবা চুমই হায়বসে খঙলকই।

চৎঙ্গিবা শামান্নবা পাখঙ অনিসে য়েংখিবদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। মরেপকা-মঙালগা, য়েংনবদা মরেপ্পা ঙমতক তৌই। য়েংবদা পুক্লিং হুই। ফুটুদি তঙাং-তঙাং অবোপ-অবোপ মশাগী মঙালতনা মাইকৈ অত্থু ঙানবগুমই। উরুবা খুদিংনা মুংশিবা পোকই। য়েংলুবা কয়ানা কল্লক্লে। লেপ্পুনা চৎখিবনা ইবোচৌ অমসুং ইবোয়াইমা মিৎয়েং ৱাংমা লানখিত্তনা উবা ফংখিদ্রে। মমা ইবেম্মা ম্নাহনবীসু ফিদম্নীংঙাই ওইবী মুপীনি। ইবোয়াইমাসু অত্থুমঙাই মতোমতা পোকপদি নত্তে হায়ববু মচিন মনাও মরিগী অহল-ওইনা চৎনবা য়াবা মুংঙাইবা য়ুম্বালদা লৈজে। মখোই অনিগী পুন্সি ঙসি ফাওবদি ইনখৎলকপগী ঈরাংদা মুংঙাইনা হিংলি। থম্বালজাও মচাশিংগী মতৌদা ৱাখল তৌজহৌই। মহাক্কী ৱাখলদি মচা চাউরক্লে মতিক চাথা মীওই ওইগদৌরবা ফাওবা মচাগীনি হায়ত্তনা মমৌ অমা য়েংনিংদে। “মরমদি মচানা অপাম্বা অত্তুনা মহাক্কী অপাম্বনি। মরম অত্তুনা মচানা তৌরিবা ঈরাংদো খঙলবসু মনিং তৌনা লৈহল্লিবা মপা ইবুংঙো থম্বাল-জাওমি। মমা মপা ওইবম্লিংনা মচাবু ফহনগে হায়রবদি মচাগী লমচৎপু কুপ্পা শেম্নবিগদবনি। নহা ওইরিবা অত্তুনদি অহলশিংগী থম্মোই খঙদবনিনা অত্থুমক চৎঙ্গি। করিগুম্বা অনিংবা অমনা পুরত্তুনা য়েম্লিংথাগী লৈকোন্দা চঙত্তুনা থরাইনা তাজবা থম্মোই লৈরাংশিংদু থিবা চৎঙ্গিদো।

# ৫—থাজরুদ্রবা থৌওং

হাইথরকইবা নোংমাইজিং চীংগী চীংখোঙ, নোংপোক থংবা খুনয়াদা লাইশঙ অমা লৈ। লাইশঙ অসিদা থাবুংদা লৈকাইগী অহল-লমল, নহারোল কয়া মুপী-অঙাং কয়ানা লাক্কুনা লাইখুরুমনৈ। লৈকাইগী অমদি লৈবাক্কী ওইনা ফজ্জগদবা থবকথৌরম কয়া পাংথোক্লবা শঙলেন অসিদা তিন্দুনা খম্নৈ নৈনৈ। লাইশঙ অতুগী মনাক্তা চাওরবা লাইজ ঈয়োককোম অমা ভৌতুনা লৈকাই মীয়াম্না থৌনিজবা মতমদা শীজিন্নবা থম্মী। "লাৎলিবা লাইসে মশক-মওং নাইদে"। অতিংঙা শিদবা হায়না খঙনৈ। লাইজ ঈয়োককোমদগী অয়ুক্কী মতম্দা তোম্বুরেম্বী অমদি লৈমহল মুতি মুমিৎ খুদিংগী থরো-থম্বাল কয়া হেক্কুনা, লৈরাং কয়ামরুম থিতুনা তাইবং মপুগী মফমদা কৎচবগুম ঙসি কোরৌ নোংজাম্বু তোম্বুরেম্বী অমসুং লৈমহল ঈয়োককোম তম্লক্লে। অয়ুক্কী মতম্গা ওইবনে চাংজৌ মাম্নরবা ঈয়োককোমসিদা থরো-থম্বালনা ফুগাইনা

শাৎলি। অয়ুকী লিক্লানা ম্নৈবগী লৈরাংগী লৈকাদা ঈশিং মরিক মরিক পকপগুম চোৎলি। ঈকোমদগী ঈশিংগ', ঈনিল কম্লানা লৈচিল থাবগুম্না ঙৌরুনরবা মনিলনা লেঙ-লেঙ জগোই শাবগুম কারকইবা মরকসিদা থরো-থম্বাল অনিনা পূন্না হরাও মীনোক্লা লোয়ননা মপূং ফানা মুংঙাইরবা থম্মোঈগুম লৈশাৎ তমজরি। মোমোন-মোমোন নোক্তুনা শাৎলিবী থরো-থম্বাল অতুবু হেক্কদবগী কুনথরকইবী শামান লেংমান্নরবী লৈশাবী অনিতুবু উরুবদা থরো কৌবী লৈরাং, নিংথিবী থম্বাল ইকাইরতুনা তুমিন্না মাইথোং লুক-থরতুনা লৈজরি। "ঙসাই মখৈদি ঐখোয়না হেল্লি ফজবা মালেম পুম্বদগী" হায়না নাপল তৌনা হাইনা হুম্না শাৎলম্বনি। নাপল হায়বসে অহেনবগী মফমদা তৌরুবা ঙমদে। "মাবু হেনবা অমা লাক্লুবদি ইকাইবা নংই, হায়বসে চুমই। হৌজিক লৈরাংবী অনিসিবু উরুবদা পুক্লিংদা ইকাইবা অমা ফাওরতুনা লৈরাং অনিস্তু তুমিন্না লৈজবা নত্তনা করিস্ত পাঙ্গল লৈখিদ্রে। লৈরাংবী অনিতুগী হায়নিংঙাই লৈতনা নিংথিরবী শক্তমতুদা থরো-থম্বাল অনিমক শুমহৎখি। মালেম অসিদা মখোয়দগী হেনবস্তু লৈরমলে হায়বস্তু থঙজখি। নাপল তৌরুরবদি অহেনবা থোরকই হায়বসিস্তু খঙ-জরকই। তৌইগুম্বস্তুং "থরো-থম্বাল" অমুক হরাও মীনোক তৌজরক্লে। মোমোন-মোমোন নোক্তুনা তোম্নুরেম্বী অমদি লৈমহলবু ঙারোইনা চোংবগী ফজবা শাথেক্তা অশংবা থম্বালনা তঙক তঙক য়েংজবগুম লৈরকই। লৈরাংদি লৈখোক্তা ঙাক শাত্তুনা মপুন্সি লোইবা পামজদে। ঙসি লৈরাংবী অনিসিনা হেক্লগা মখোইবু তাইবং মপু অতিংঙা শিদবগী মথুয়াখাদা য়োরনি, লৈশাৎ তম্লবগী মহে ফংলগনি থল্লুবদা অমুক খোইরুম মোমোন নোক্তুনা লৈজবা

ঙম্মী। নোক্না-মোক্না থরাই থাজে চিংনবা লৈতন', ল্‌রবা লাইজদা কুমহূনা থরো-থম্বাল কয়াবু হেক্লহূনা ঈয়োককোমদগী তোম্‌-লৈমহল কাখৎলকই, অতোপ্পা লৈরাং কয়াম্‌ থিদ্ধুনা হেকচক্লে হায়রগা অশেংবা ফিজোল হোংদোক্লহূনা হেক্লকইবা লৈরাংশিংদো ফজরবা পিথ্‌রাইগী শেপ্পাক অমদা হাপ্পহূনা তাইবং মপু অতিংঙা শিদবগী লাইশঙ তম্না লাকচরে। তোম্বুরেম্বী অম্নদি লৈমহলগী শক্তমসে উরুবদা নোংপোক মাইকৈদগী থোরকইবা "কোরৌহনবা" অশিম্‌ ইকাইরমানে প্রেপ প্রেপ থোরক্কে। উরক থারক্তা লোৎপগুন মঙালদো মালেম লৈম্নাইদা খোঙদোই পাক হেক চুনদোরক্কে। মথোৎ কায়রকইবী মুজা ঙাক্তনি, মথোৎ কায়রকপগী ঈথক ঈনোং-কী ঈপোম খুদিংদা, থোরকইবা অমুক অঙাংবগী ইকাই মাইথোংগা লোয়নরবা উরক-থারক্তগী ফাওদোয়রকইবা তঙাংলবা চুমিংকী মশেক্না রৈবদা চুমিং কয়া কয়া থোকপগুম লংলিবা, ইনখৎলক-পগী অশেংবা ঈগী মঙালনা খোঙথাং খুদিংদা তনিক তনিক ঈরং লংনা চেনগৎলকইবী, নোংমদোল লাইরেম্বীবু ঙমজরবী মুজা 'নিনা কম্বোংপুংকী চাওরবা তাইবং মপু অতিংঙা শিদবগী লাই-শঙ তম্না লাকপসিদি মালেম পুম্বা "নোংমাইম্‌ অহোঙবী" মনা লাকপদা হৈপাল-লৈপাল পুম্বনা হরাও মথোই কাবগুম, থোইয়ুম লাই, লাইরেম্বী লাইরেম্বা লিশিং-লিশিং কয়া কয়ানা পাম্বোইবী মাগী জগোই শাথেক্তা গুমহৎপগুমশ্রে। নিংথিরবী মুজা অনিগী লৈতেং য়াওদবী, তঙাংলবী থোংনা-নোনা ফজরবী খোঙয়া থম্বালনা মালেম লৈমাইদা নেৎলহূনা লাকপগী খোঙথাংদা উফুল মরিক পাইখৎলক্‌না মুজাগী ঈ-থাংনা নিংথিবী খোঙনমদা পকপদো কয়াগী মতিক্তি ফজরিবা ঙাম্‌ থজোংগী সুরবা মিৎলুদা ঈশিং মরিক

মরিক পকপ গুমই। লেপ্তুনা লাকপা খোঙথাংনা অতিংঙা শিদবগী লাইশঙ কাখৎচরে। মপু মাগী থৌগল তৌরিবা মুপা অতুনা পুরক্লিবা হৈরাং-লৈরাং কয়াতুবু মপু মাগী মফমদা কৎহল্লতুনা তোম্নুরেম্বী অমদি লৈমহলবু মপু মাগী মাঙদা খুকউ লৈতানা ফমহল্লগা থৌজাল নিজরি। মুজা' নিগী অপুম্বা খোঞ্জেলনা।

"তাইবং মপু নতিক অহেনবা
পীনবিয়ু থৌজাল চঙজজিরিবশিংদা,
নশক নঙং নাইদে, লাপমনখিবনা
উবা ফংদে, নকমনখিবনা
পায়রুবা ঙমদে, থম্মোইদবু লৈরিব নহাকপু।
মলেম্বু নঙগী নঙালনা ঙাল্লিবা
চঙজরি নথুয়াদা নমোম অনিস্থ
খঙহনবীয়ু অপোকপা মহাকপু
কাউহনবিগন্থ ইশানা-ইশাবু।
লাইজ ঈম্নোক কোম ঈম্নাইদা
থরো-থম্বাল পূন্না শাৎচবগুম,
লৈজগে তাইবং ঐখোয়স্থ
নঙগী নিংথিরবা মালেম লৈকোইদা।

পুক্লিং চঙনা মপু মাগী থৌজাল লোৎজরগা হল্লক্রে। হল্লকপগী লম্বীদা তোম্নু অমদি লৈম মাম্না মাগী থম্মোইদা লৈবা, পুক্লিংগী বাখল কোংদোক্লহনা অমগী অম্নাবদা অম্ননা য়াওরহুনা নহাগী পুম্নিদা মথোং কারকপগী ঈরাংগা ল্যোয়ননা হল্লকই। পুম্নিদা

অঙাং ওইরিঙৈ কয়াদা লুনা তিম্নজরকইবা মতারোইশিংনো. কয়াদা লুনা তিম্নজরকপা মরুপলোইনো ? ইনখৎলকপগী মতম লাক্লবসিদা তিম্নরম্বা মরুপলোই, লোইনরম্বা মতারোই পুম্নমক মহাকী চান্নবী, চান্নবা অতুগী রাখলনা হেন্না খঙেদো। নিঙোল ওইবী মপোক্তা অঙাং ওইরিঙৈদগী তিম্নরকপা, লোয়নরকপা, লৈমিন্নরকপা, ইমুং-মন্নুং, কৈরোল-লৈকাই পুম্ববু থাদোক্লগা মশাবীগী নাক্তা চৎপা ওন্নরি। লৈহমল, তোম্নুরেম্বীস্থ মথোৎ কারকপগী অহানবা মুংশি ইহুল তম্নকপা মতমদা থেংনখিবা মশাবীশিংতুগীদমক মুংঙাইতবা, নিংঙমদবা ক্ষোংদোক্লরি। ঙসি অসে ইবোচৌনা তাক্লম্বা পানখৎ-লকইবা, থাজনা মপুং ফারকপা থাবুং মুমিৎ হায়বদো ওইররি। লৈমহলনা তোম্নুরেম্বীগী মতৌবু উর-উরগা লাংতক্লবগা লোয়ননা হায়রকই। "—ইতা ঙসিদগীদি নঙদি লাইবক ফরগনিকো, কোক্লগনিদো অবাবা ইতা ! ঐহাক্তি লাইবক থিবী মপোক ওইবনা উন্নরোইদো মপোক লাংওল অসিমগী ! তোম্নুরেম্বীনা খুন্নকই— "খঙদেদা তৌরিসে, লাকপু লাক্তুনা চাক্লবী ঐগী ইথম্মোই অসিবু ঈংহনবীরবদি কয়াদা মুংঙাইজগবা ; মহাক অতুবু লাকপু লাকদরনে ? হায়নবু হংজেদো মতারোইদা। লৈমহল মতাগী লাংতক্লবা উবদা "করিগী লাকলোইদগে, মুংশি নাক্তা চৎনিঙদবা কনাবু লৈবগে ? লাকনি শোয়দনা রাগনো, রাগদবা ঐনা রাত্রগা রারোইদবা ইতানা রাবীরিত্রা"? "—ঙাইঙমদ্রতুনা থম্মোইসে, খৌরাংবনা মথোং-মরম খঙদ্রেনে খোইনৌ নঙবু"। তোম্নুরেম্বীগী মুংঙাইজবা মতৌতু উবদা লৈমহলগী মপুক্লিংদা অসুম্না মওন মওন খঙেদো, মহাকী তান্না

লৈহৌরিবা মশাবীত্বু মতারোইগী, গুম্না লাক্লবদি, হান্না তৌই-গুমস্নুং মতারোইগী মফমদদি তম্নথোকপদি নত্তে।

তশেংনা হায়রবদা তোম্নুরেম্বীনা ইবোচৌবু মুংশিরুবনি। ইবোচৌবগী অরেপ্পা পুকচেলদি খঙলুদে। লৈমহলস্নু অতুমঙাই ইবোয়াইগী চপ-চাবা থম্মোই অমদি মতিক শেংনা খঙদ্রি। মখোই-'নিগী থম্মোইগী অরাবদি অতুম্মক মান্নবা রাজে। অতুমওইনমক তোম্নুরেম্বীগীদি রাববস্নু রানা মুংঙাইবা রাখলদি য়াওরি। হায়বদি শাবী-শানৌগী পুন্সিদা মহাক্কী মশাবী নত্রগা মশানৌ অতুবু ঙাই-জবদা লাংতক্ননা মওন-মওন খন্দুনা লৈজবা হৌনশানি। তোম্নু-রেম্বীস্নু লাক্লগা ওইরগদবা থৌদোকশিংত্বু খঙরত্নুনা করি তৌরগবা হায়না অমুক অমুক মুংঙাইজে। মতারোইদা অমুক অমুক পাউ-দমজরত্নুনা হায়নখিবা মতমবু থৌরাংনা ঙাইজরক্লবদা, মশুমস্নু কনা য়াম্না থেঙজিল্লক্রে। লাক্লগদ্রা হায়রগা মরাক্ত্রবসিদদি খাঙকম খঙজিল্লক্রে। থৌরাংনা ঙাইজবা হায়বসে লাকদবা মাইকৈজা য়েংজবা হৌনশানি। য়েংবনা কান্নরক্ত্রবসিদদি তোম্নুরেম্বী লৈত্তাবা ঙম্লক্ত্রত্নুনা মতারোই লৈমহলবু হৌরত্নুনা ইবোচৌবনা লাকদবা লম্বীরোমদা খোঙশাল্লক্লে।

রানা ঙাইজরিবী থম্মোই অনিত্নুগী অরাবদো মপু মহাক্ত ঊবিরমানে, শামাল্লরবা পাখঙ অনিবু উহনবীরে মখোই'নিগী মিং-য়েংদা, লাংতক্লরবা থম্মোইনা ইবোচৌবু ওইহন্নিংত্নুনা হায়রকই, "লাক্লে রানি, য়েংঙু মিৎলাউবী নঙবু আরাইদা লাকইবসে"। খুদোনবীনা থিন্দুনা তাকই। লৈমহলস্নু য়েংজে। উরুবা মক্তদা

তুজুংই, নিংদোল তিঙ তিঙ হেক চোংই। ইবোচৌবগা লকমিন্ন-রিবা অহুবু ইবোয়াইমা ওইনা উজরুই। লেপ্তনা চঙশিল্লকইবা খোঙথাংনা অস্থুম অস্থুম নকশিল্লক্লবদা ওইরমানে, মখোয়না রানা থরাই থাগদবগুম ঙাইজরম্লিব। মীইওশিংদো, হৌজিক্তি মুজা ৺ইবী অনিসে কয়াগী মতিক হরাওজরে। করম্বনা হেন্নবু মুংঙাইরিবনো হায়বসে হায়ফম খঙদে। তৌবদি তোম্নুরেম্বীদি ইবোচৌবা মফম অসিদা শোয়দনা লাকনি হায়বা খঙহল্লমই। লৈমহলদি ঙসি তৌরিবা মতৌসিদি মঙদ ফাওবা ওইথোকনি খল্লুদে। থজদবা মফমদা মমল য়াম্বা হী-য়াই লৈবগুম থাজরুদ্রবা থৌওংসিনা তাইবং ফাওরক্লবসিদদি লৈমগী থম্মোইস্থ হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইজরে। মথুম মরাং হৌনা মতারোইগী মুংঙাইব। মুমিৎ অসিদা মহাকীস্থ মুংঙাইবা মুমিৎ ওইজরি। হরাওবনা লাহাৎলবী মুজাসে অস্থুম্না হাম্নরকই। "—য়েংউ, ইতা নঙগী অসিনা লাকপদা য়াওরক্লেদো, ঐগী তাম্না লৈহৌরিবা মহাক অহুস্থ; তোম্নুরেম্বীস্থ মতারোইগী হরাও তয়াম্বা অহুদা থোইদোক হেন্দোক্না পেজচরম্মী। মখোই অনি ঙসিদি মুংঙাইবগী মুংঙাইবা ঙাক্তা ওইজরি। ইবোচৌগা, ইবোয়াইমাগস্থ লেপ্তনা চঙশিল্লকপনা ময়েক শেংনা উরে। নিংথিরবী মুজা অনিনা মখোই'নিবু খৌরাংনা ঙাইজরইদো উরুবদা ইবোচৌগী থম্মোই পেঙ্গরে। ইবোয়াইমস্থ থাজরুদ্রবা মঙগুম্নবা থোকইবা থৌদোক অসিনা ঙক্লা থোক্লবস্থ থম্মোইদদি হায়নিংঙাই লৈতনা হরাও মুংঙাইজেদো, ইবোচৌস্থ মরুপকী মতৌহুদা মুংঙাইজরি।

ইবোয়াই অমদি 'লৈমহলগী থম্মোই থাজদবা থৌওং, থৌদোক অসিনা মুংশিববু হেল্লা মরাতানা চেৎশিনজখি। ঙসিগী

থৌওং অসিনা শাবী-শানৌশিংগী পুক্সিদা অনৌবা মুংশিবগী ময়োল কয়া অমুক হেন্না চোংহলখি। ইবোচৌবনা ইবোয়াইমদা হরাও-তরাম্বগা লোয়নননা হায়জরকই, "—মরুপ হৌজিক্কি ঐখোইগী নীঙবা থুংলে য়েংউ মাঙদা উরিবা শকুম অনিসে"। ইবোয়াইমসু হরাওনা হায়জরকই—"মরুপ ঐহাক্কী মঙলান্দো হৌজিক্কি তাইবংদা ফাওরেদো, মরুপকী তুংইনজরকপদগী অমুক শাংলগনি থম্মোই লৈকোলদা ঐহাক্কী থম্মোই লৈরাংসে।" ইবোচৌনা মথা তানা হায়রকই, "—মরুপ ঐহাকসু ইশানৌ তোম্বুরেম্বীগী নাক্তা চঙদুনা থম্মোইলুংগী রাথজ কয়া ফোংদোকচরুরগে নহাকসু নশানৌ ইবেম্মাগী নাক্তা চঙদুনা থম্মোইলুংগী রাছেশিংদো পাওদমজরয়ো" অসি হায়রদুনা ইবোচৌবনা ইবোয়াইমবু লৈমহলগী নাক্তা থাজিন্দুনা মফমদুদা থম্বীরয়গা তোম্বুরেম্বীবু কৌথোক্লদুনা অতোপ্পা মফম অমদা চংথোক্লম্মী।

কনাসু লৈহৌত্রবদা থম্মোই পোন্দা য়োকলম্মী পোইরৈলমগী চেক্লা ওন্দুনা লমদম খঙদনা পাইশ্লগুম্মী মশানৌ অমুক হন্না ফংজরসিদা অমুক হন্না মাঙখিগদ্রা চিংনজনা নাপ্পা চিক্লা পাও-দমজরকই। "—ঐহাক্কী নহাক্কা চংখিবা মুমিং অহুদগী কয়াদা রানা থাংজরকইদ্রা, অহুবু খঙহৌদনা নহাকপু অমুক ওসি ঐনা ফংজবসে পোকপগী মহৈ য়াল্লে হিংবগী কান্নবনি। লাওনে লৈমা চঙলকউ ঐগী নাক্তা কান্নবা থম্মোইগী রাহুংসে নঙগী থম্মোইনা পাওগুম্বিয়ু। অবাধা লৈহৈনবীগসু ঐবু"। ইবোয়াইমা পামেল উশাক্সু অলগী মখোঙদা মথরগা লৈমহলবু কৌশিন্নরকই। লৈমহজদ ইবোয়াইবী নাক্তা চঙলকদুনা তবান্নবী চিন্নরান্দুনা

পাওদমজরকই। "—ওসিগী লাইবক ফবা মুমিৎ'সিদা নহাক্কা লাক্লুনা ঐগা উন্নরক্কনি হায়বসে থাজরুদে। নহাক্কা লাক্লমজ্রবদি ঐহাক্কী লাইবক ফবা মুমিৎ ওইরিবসে ওইরমলোইদবনিদো; লাইবক থীবি ঐনা নওবু থম্মোই শেংনা মুংশিরুবগী মপু মহাক্কা ঐহাক্কী অৱাবসে য়েংবা ওমজ্রহুনা নহাকপু ঐগী নাক্তা থাবীরক-পগীদমক মপাল নাইজ্রবা থোজাল ফংলবনি হায়নবু নিংজরি"। ইবোয়াই মশানোগী মতৌ অহুবু করম্মা মুংশিদবা ওমগনি? থম্মোই শেংনা মুংশিবা হায়বসে তাইবং মপুনস্থ মতেঙ পাংই হায়রবসে অরানবা ওইরোইকো! তশেংবনি ওসি মুজা পাখঙ অনিসে থম্মোই শেংনা নিংনরম্বগী অমুক হন্না উনরকইবনি! মুজাগী থৱাই ওইনা খঞ্জরিবা ইবোয়ামইগী মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংশিরুবনা হেল্লহুনা মিৎলু অনিদবু পিগী ঈরা চেল্লহুনা ওইনা ৱাহৈ কয়ানা হায়জরকই—"নহাক্কা ঐবু থাদোকপীগন্নুকো। ঐহাক্কি নহাক য়াওজ্রবদি ওন্নোই হিংজবা ঐবু খুজংদা পোকপীনি চৎনরোল খওদবীনি হারহুনা মালং খোঙগাওনহুনা মাঙথিবা লৈরাংগী পান্দম ওইহনবীগন্নুকো। "লৈমহল ঐহাকস্থ হায়জরি থম্মোই শেংনা নহাক্কী নিংজবগী মুংশিবা হায়বা মিৎনা উওমজ্রবা ৱাহৈ অহুনা লাৎচহুনা কনা খওহন্দনা থম্মোইগী চীরুবা কাচিন্দা থমজরিবনি। ঐবু থাজদবা তৌগন্নু"।

মরক থৎলহুনা হায়রকই—"হৌখিবদি শৈহৌ চীং কামিল্লথিজ্রে। মথং অমুক লাক্কদোরিবা চিংঙু থোগল অসিদা চিংঙু মাঙদা মুজা পাখঙ পাইমা-পুক্লিং চঙনা ৱাশক কিশি কিমিল্লহুনা মুজাগী পুকচেল ময়েক শেংনা খঙবীয়ু। ইবোয়াইস্থ হায়বকই "পাখঙ ঐনস্থ

নহাকপু মপোক'সিমগী থাদোকপা হায়বসে ওইথোক্কবনি। চীঙু মানা খঙসন্নু"। হরাও মুংঙাইনা লাক্লদোরিবা মতমগী মুংঙাইবা কয়া ফোংদোক্লহুনা অমদি হৌথিবা মতমগী ওইথিবা কয়া ব্রা-রিনহুনা থম্মোই চিক্লা মুংশি রারী শারিবা শাবী-শানৌ অনিগী মতোদা য়েংবা হৈনত্রমানে ঙসাই মখৈ পামেলথক্ত তোংলম্বা উচেক অমনা অয়াকপা খোঞ্জেলনা খোংলহুনা পাইথোরকই। হন্না য়েংলুবদা ইবোচৌবা তোন্নুরেম্বী পুন্না মখোই তন্না লাক্লমী। উচেক অহুনা থোংলম্বদি শাবী-শানৌ নখোইনা তাইবং কনা খঙহন্নিংদনা মুংশি শৈশক তন্নিবদো মী খঙগ্রগনি হায়বগী পাউ পীবা ওইরমানে। ইবোচৌ, তোন্নুরেম্বীস্নু লৈখোক অমত্তদা পুন্না শাংমিন্নবা লৈরাংগুম নোক্ল-নোক্ল হরাও-তয়াম্না লাকমিন্নরি। খুমন মচা খম্বনা মথংখম্বগী শঙ্গাইদা নোংমা লাক্লম্লগা খোইবীগী থম্মোই হুখ্রগা শকলোংপা খোইয়ুমগুন্না লৈপ্রবা ইবোচৌববু তোন্নুরেম্বীনা ঙসি অমুক হন্না ক্ষংলবসিদা হায়ন্নিঙাই লৈতনা পেল্লহুনা থম্মোই-মুংদা চেংনা থাগোম্নহুনা হায়রকই, "—হন্দকমুক্তি শকলোংপা পাখঙ ওইবীরগন্নুকো থম্মোই ঐগী রাহনবীগম্নুদো মুংশি নপাও শেংবিরো পাম্মুবা"। "পাখঙ ঐদি মাঙ্গী লৈজরোই হুয়েং রারক চেংপা পলেম-পম্বৌনা নিঙোল ওইবী নহাকপু কনাগুম্বা অমগী মফমদা থাজ-য়োনজবা হায়না-শীংনখিবদা অহল-লমলগী য়াথংবু ইনখিহুনা মতম অহুদা, খন্দুনা য়েংউ তোন্নুরেম্বী ঐগ পুন্সি করি ওইহৌনি। "ঐবু থাজদবা তোবীগন্নু করিগুম্বা মতমহুদা নিঙোল ওইবী ঐহাক্লা পাম্মু নহাকী মুংশিবগী মতিক ঙাকপদা থরাই কংপা ঙমদ্রবদি মুজা ওইবিশিংগী মুংশিবগী মতিক অসে

তোম্বুয়েম্বী ইহাকথক্তা মাঙখিবা ওইগ্রসনু। মুংশিবগী মত্তিক ঙাকপঁদা থরাই থাবা ওইখিসনুকো"। অসিগুম্লবা থম্মোই চেং-পলিবু উজরগা ইবোচৌবা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইবগা লোয়ননা পুন্সিগী লমজিংনি থল্লতুনা হায়রকই। "খঙজরে ঐহাকসু মঙগী থম্মোই ঐহাক্কা মঙবু মুংশিরিবসে মহৈ য়াল্লগনি। ঐনসু পুন্সি সিমগী থাদোক্লরোই পুন্সি লম্বীদা অৱাবদা মুংঙাইবা পীনবিতুনা অমত্তা ওইনা চৎমিল্লসিকো"।

লেপ্তুনা লাক্লিবা খোঙথাংনা ইবোয়াই হোয়গী নাক স্নোরক্ল-বসিদদি তোম্বুরেম্বীনা মরক থৎলতুনা হায়জরকই। "মখোইসু ঐখোইবু ঙাইতুনা লৈরম্লে চঙলসি মখোইগী নাক্তা অতুগা চান্নব। হন্দক্কী হৌখিবা চিংঙু থৌগল অতুদি মুজা-পাখঙ চীংঙু নাক্তা য়োঁরা ঙমহৌদ্রে। লাকদৌরিবা চিংঙু থৌগল মুমিৎ অতুদা নিংঙোল পুক্লিং খঙবীয়ুকো চিংঙু মানা থুদম ওইসনু"।

চীংঙ কান্না হায়রুসে শাবী-শ্যানৌশিংগী খুহৈদগী মুংঙাইজরবা মরম ওইবনুরা নল্লগা চিংঙু মাবু নীংথরগীরা? করিনো ঙসি জ্ঞামহল অমদি তোম্বুরেম্বী হায়নরুবা লৈতনা মাগী মাগী মশাবীগী মকসদা হৌখিবা নোংম্যাইকিং চীঙ কামিম্মহৌদ্রে। লাকদৌরিবা মতমসে ঙাইরি হান্নরা হায়নশিরা ঙজবা ঙমদে চিংঙু নঙগী নত্তিকসে। শাবী-শ্যানৌশিংগী থম্মোইদি লাই অথোইবা চিংঙু পাংগল্লবা, মংগী নকুমদা চঙজরগা থৌরাম নিঙবা হায়রুসে হৌনাশানি। মাংখিরা মতুমগী মুংঙাক্লবা কেমথোক্লরগদা চঙজরকইরা অনিগী মতৌপু য়োংরুমীবা ইবোয়াই লৈরম্লদি। লৈমজনা

ইবোয়াইমদা ওনশিল্লহুনা হায়রকই—"য়েংউনে লাকইবা অনিসে ফজদ্রা ? মগুক নোম্লহুনা ইবোয়াইমনা খুম্লকই। "হায়নিংঙাই লৈতনা নিংথিজে, ঐখোই লৈ হায়বা খণ্ডখিদ্রে, লরুসিকো মখোইসে, লৈমহল উম, হায়না মগুক্রমক নোমই। ইবোয়াইমনা, ইবোচৌবা, তোম্বুরেম্বীদা অস্থুম্না হায়রকই "বারিদো য়াম্না মুংঙাইবা মাল্লিকো মী লৈবা ফাওবা হেক উদ্রিবসিনদি"। ইবোচৌবা নোক্লহুনা "শাওবীগম্ব খণ্ডজরুদ্রে"। লৈমহলনা বাহৈ অহুবু ওক্লহুনা খুম্লকই "উররোইএ থবাইনা তাজবা য়াওরবদি"। তোম্বুরেম্বীদো খরা পানথিবগুম, বাতাহুদা অস্থুম্না খুম্লকই "শাওনগুমসিদা মতাং-মতাংগীনি। নখোইস্থু অমতনি হায়রিবা" ইবোচৌদা ওনশিল্লহুনা "নত্রনে"? ময়াম পুন্না নোকমিন্নহুনা অবাবা কয়াবু কাউথোকমিন্নৈ।

অবাবা কয়াবু ঙ্ক মুংঙাইনা কাউনরুরগা অমুক কায়নবা তারক্লবসিদা, চৎথগদবগীদমক লৈহৌবশিংনা লৈহৌ-রগদবগীদমক চৎখিগদবশিংনা অমনা অমগীদমক মুংঙাইতবা অমুক পোক্লরক্লি। উম্লহুনতা য়েংনহুনতা লৈরবদি মুংশিবগী ময়েং তারকত্রা হায়হুনা শাবী-শানৌশিংগী মফমদা তাইবং মপু মহাক্না মতম খরা অমুক ময়ুং-ঙয়ুমদা হুম্লহলমগদৌরি। তশেংবনি মুংশিবা হায়বসিদি কাইনরুরগা অমুক হেন্না মুংশিবগী মতিক-ময়াই হাপকৎলকই। কায়নবগী পুংজা য়োরল্লবদা মিকুপ অসিদা কায়ন তৌনরক্লে। তোম্বুরেম্বী মতারোই লৈমহলগী পুক্লিং খণ্ডবগুম হায়রকই। "চিংগু থৌগল" মুমিংসে য়োত্রিকৈ মরক্তা অমুক লাকখো হন্দকমুক্তি ওয়া লাকপীয়ু ঙাইজরমগে লাইবক থিরবী ননাওশিংনা, ঙসিগীদি মতম লৈত্রবনিনা ননাওখোয়স্থু লৈজহৌ-

রগেনে ইবোচৌবনা হায়বকই "ঙাইরম্লগনি ৱাগল্লবী পলেম্না থোরকইবসে ফনা কুইরে। লৈহৌরোকো পাখঙ ঐখোয়স্ত্র য়ৌজগ্রগে"। কায়নরমদাইগী মতমসিদা শাবী-শানৌশিংসে অমুক হন্না উনররোইদবগুম্না চাথোক্কদবগুম য়েংনরতুনা থম্মোইদা কায়ন পাওজেল পীনরক্লে। ইনখৎলকপা মতমগী পুন্সিদা মশাবী মশানৌগী থম্মোই চিক্না ৱারীনজবা শাংলবা মতম মিকুপ অমগুম পেম্নদে। অতুমঙাই ইবোচৌবা, ইবোয়াইমস্ত্র কায়ন ৱাহৈ পীরম্লগা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে। তোম্নুরেম্বী, লৈমহলস্ত্র কায়ন থৌদা অতু লৌহৌরতুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। ইবোচৌবা অমদি ইবোয়াইমা ৱাংলিবা মতমগী চিংঙু থৌগল 'ম্নুমিৎ অমদি তুংদা গুইরক্কদৌরিবা অৱা-ম্নুংঙাই থৌদোক কয়াবু খল্লতুনা ময়ুম মাইকৈ লোমদা থোঙশাল্লক্লে। ঈংনা পুক্লিং হুনা ফজরবা লুপা মহি চেনবগুম ঙাল্লিবা থাবল মঙাল মরক্তা চাওরবা উজ্জাপ্ৰশিংগী উরুম্না অমম্বা পীবগুম তাইবং মীওই মরক্তস্ত্র ফত্তবা য়াওই। মোইরাং লৈবাক্তা খম্বা লৈরম্বদগী থোইবী লৈরম্বনি। থোইবী লৈরম্বদগী নোংবালস্ত্র লৈরম্বনি। ফজববু পামদবা অহাওববু চানিংদবা কনা লৈবগে তাইবংসিদা? থুম্লবা লৈরাংগী লৈরিকপু চুপনিংলোইদবা করম্বা খোইম্ন য়াউবগে? কনা-দস্ত্র কায়জ্রবী তুমিন্না লৈখোক্তা লৈশাৎ তমজরিবী লৈরাংশিংবু মালংবনা অস্নুক তমথিরিবসিবু করিগীনো? মালংবা নখোইনা লৈরাং ঐখোইগী লৈনস্ত্র পুখিতুনা কল্লক-চাউরবা তাইবং অসিদা লৈনম য়েল্লুবদগী লৈরাং ওইবিসে অৱাবা ওইজরি। অস্নুক কুই-রবসে তোম্নুরেম্বী অমদি লৈমহল য়াম্না ম্নুংঙাইনা মতম লেল্লক্লী। অতুবু মথোং কাৱকপগী মতম্বু কল্লক মিহৌদবা কনাস্ত্র লৈতে।

তোম্বুরেম্বী খুঙ্গংসিদা পোকচবী খুঙ্গংসিদা চাঃভলকপীনি। মহাক্না লৈরকপসিদা কনানস্ন মিৎয়েং কারন চল্লক্কবনি।

ফাইরেল থাগী লৈচিল অমদি ইঙাগী অনঙবা নোংহৌনা হৌজিক্কা ঙাল্লম্বা খঙহৌদনা মাইকৈ মরিদা সংশিল্লকপা অঙকপা নত্তে। তোম্বুরেম্বী অমদি লৈমহলগী মাঙদা লেপ্লরি খঙহৌদনা "চাওভল" তোম্বুরেম্বীগী পাওখুম ঙাইরতুনা, তোম্বুরেম্বীদি চাওভলবু উবমক্কদা তুক্কচরম্মী। "চাওভল" স্ন খুঙ্গং অসিদা লৈবা ইনাক-খুনবা ইমুং অমগী মচানি। মহাক মশানা মতোমতা পোকই হায়তুনা থোইদোক হেন্দোক্লা কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকপনা ঙসিদি ওক্কবগী শিংদা চন্দুনা পুন্সি লেল্লরি। মহাক মশক ফজে, শেল-থুম পায়বা মচা ওইতুনস্ন ঙাওশিন্নবা মীওই অমা ওইরুবা মরম্না মহাকপু খুঙ্গংগী মীশিংনা তুক্কচনরি। ঈংলবা য়েন্নৌ থাগী লিক্লানা য়ৈবদা তেকখৎলুরবা মুজাগী হকচাং অদো চাওভলগী তমথিরবা মিৎয়েংনা কালেনগী মুংশা মৈশা থাঙবগা মান্নরক্লে। চাওভলনা তোম্বুরেম্বীবু ঙাইরক্লিবসে কুইরবনি। নহাল মখৈ মতাং চাদবগী লৈরক্লবনি।

চাওভলগী রাখলদা তোম্বুরেম্বীবু অহল থাদুনা হায়ন-শিংনরগা লুহোংতুনা লৌবা হাইরবা রাখল অসিনা করিমতা উশিৎলমদে। কেগে লৈবাক্তা নোংবালনা হাইনা-হুম্না পানবগুম কম্বোংপুৎসিদদি চাওভল-না পাল্লম্মী। ঙসিদি তোম্বুরেম্বী চাওভলগী মাঙদা হৌদোংনা লুমকপা উচিগী শক্কম ওইরম্মী। করম্না নাম্থোকপা ঙমগনি হৌদোংগী মাঙদগী উচিনা। তোম্বুরেম্বী হৈশিংনা চাওভলগী মাঙদগী নানথোক্লবা লম্বী কয়ামুক থন্দবা নত্তে। চাওভলনা মাংদা থৎলতুনা হায়রকই তোম্বুরেম্বী

ঐদি নঙবু পামজরুবসে হায়নিংঙাই লৈভনা কুইরবনি। ঙসিদি মতাং চারিবৈদা নহাক্কা ঐগী ৱাহংগী মতিক চাবা পাওখুম পীরম্মু। নত্রবদি চৎপা য়ারোই, তোম্মুরেম্বীনা মতৌতুদা অসুম্না হায়রকই। ঙাওশিন্নরিবনো লৈকাইগী নচে-নচলদা মীনা উগ্রগা করি ঙাংনখিনি"। "করি তৌবগী চাওভল তোম্মুরেম্বীগী ৱাহৈ অতুনা থম্মোইদা তেন্না পানবগী চৈনাখোলগুম শাওনা হায়রকই।" "থোইচৎনবী মুজা নঙবু ঐগী খুত্তা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা তারকখিগনি। ঐনা হায়রিবসে ৱাখল মুন্না তৌজহৌ, ঐহাক কনানো হায়বসে খঙউ"।

"নহাক কনানো হায়বা খঙনবগী মতম লৈতে। নহাক্কা খনগদবদি ঐহাকপু লৈকাইগী নচল অমগুম্না খল্লু। থেঙগ্রেসে চৎলগে ঐখোইগী লম্বী থাদোকউ। লৈমহৎলদা ওনশিল্লতুনা "চৎলসি ইতা থেংগ্রেসে" হায়রতুনা লৈমহল অমদি তোম্মুরেম্বী ক্ষৎ হাইদোক্লগা চৎপ্রে। চাউভল লম্বী লমজাও ওইবনা থোই-দোকপা অকাইবা পীবা ঙমখিদে। অতুম ওইনমক তোম্মুরেম্বীগী মতৌ উরুবদা থম্মোইদা খোইরাং খোইশাওন্না চিনৱালদা হায়রকই। "নহাকপু অহল-লমল থারগা ঐগী ওইবা ঙমত্রবা চাউভল ইমিং মুৎকে। চৎলো ঙসিদি করিস্সু তৌবিররোই। তোম্মুরেম্বীদি সুপী মচা ওইবনা করিস্সু তৌজরুবা ঙমত্রবস্সু মহাক্কী মতৌ অতুবু থম্মোইদদি তিনশিৎপগুম তুককচনা চৎখিরম্মী। সুপীগী থম্মোই তেন্না মফোলগুম মোল্লি, মথৱাইনা পামজরিবা মহাক্কী মফমদদি অতুগা পামজদবগী মফমদদি থোৎলবস্সু লিল মমৈগুম্বনি। ঙসিদগী তোম্মুরেম্বী চাওভলবু তুককচবা হৌপ্রে। তোম্মুরেম্বীগী পুক্নিদা চাওভলনা তিংখং ওইনা লম্বীগী খুরৌ থাংহনখি। অশেংনা চাওভলস্সু

তোম্বুরেম্বীগী থ্বাহৈ কম্না অতুনা নিংবা কায়রবা অমা ওইখি।

চাওভলনা খণ্ডরম্বদি তশেংনা থুঙ্গং অসিদা মঙোন্দগী হেন্বা মুপা অমতা লৈতে। অতুনা তোম্বুরেম্বী মহাক্কী মফমদা শোয়দনা য়্যারক্কনি, হায়বা অচেৎপা অসিনা তোম্বুরেনবীগী মফমদা থৌনা ফরুবনি। অতুবু তোম্বুরেম্বীগী থম্মোইদি মচা ইবেম্মা থোইবীগী পুকচেল চেন্নম্বনা ইবোচৌবদগী হেন্না কনাগুম্বা অমগী অনিংবা লৈখিদ্রে।

উরিনা মনাক নকপা উপালদা য়েৎলবস্থু মুজাগী থম্মোইদি থোইচৎনবা থ্বাহৈ কমজাও হুম্বা পাখঙশিংবু নক্করবস্থু উরিগুম্নদি তিংখং পানবা উপালগুম্বা মুপাদদি মুংশিবা থম্মুদে। তশেংনা নীংবা কায়রবা চাওভলনা মতম লৈবখিবিক্তা শেন্নতুনতা লৈখরে। তোম্বুরেবীস্থু করিগুম্বা থবক অমা চৎপদা য়াম্না চেকশিন্বা তাখি। থ্বাখল পীকপা মীওইনা কদোম্নুংদস্থু পুকচেল চাউথোকপা ঙমদে চাওভলস্থু তোম্বুরেম্বীবু তশেংনা পামজরুবনা তোম্বুরেম্বীগী থ্বাখল থাদোকপা ঙমখিদে। অচেৎপা থ্বাশক অমনা অচেৎপা থম্মোই ওইশ্রবা চাওভলগী থৌওংনা তোম্বুবু হায়নিংঙাই লৈতনা খুদোংথিবদা ওইহনখি। খুদোং থীবা কয়াবু মাইয়োক্নতুনা হিংদবা য়াঞ্রবা পুন্সিদা শোল্লবী মুজাগী মপোক্তা খাঙজবা তারি।



# ৬—শৈহৌ চীংদা চীংঙু থৌগল

অবাবা কয়া খাঙহনা পুন্সি লম্বীদা পম্মুং কয়া তান্নরি। অনিংবম্বিন্না থুংলবদি বাখিবা কয়াবু কাওথোক্তুনা পম্মুংগী মুংঙাই-বহুদ্দ খম্নে। বান-বান ঙাইরক্লবদা ঙসিদি চিংঙু থৌগল মুমিং হায়বুদো ওইররে। ইবোয়াইমগী বাখলদা খরা মুংঙাইরনদে মরমদি লৈমহলনা মহাকপু অমুক্তা লাকউ হায়রকপদা মহাক্না চৎপা ঙমখি-দবা অমদি লৈমহলনা খল্লমগদবা অহুমক্তা থুম্মোইদো পোথাজল্লি। অহুমওইনমক ঙসিদি চিংঙু থৌগল মুমিং ওইরবনিনা চত্তবা য়াত্রবা তাঙ্গা লাক্লহনা য়ুমগী পুম্নমক থাদোক্তুনা লৈমহলগী নাক্তা চৎলগে হায়না লেপল্লহনা থৌরাং তৌজরি। মৈতৈ লৈবাক্কী মফম খুদিংদা চিংঙু খুরুম্বা চৎনব[illegible]াং তৌরহনা ঈরাং লাংনরি।

নোংমাইজিং থোইদোক হেন্দোক্তা মমিং চৎলবা অহুগুম্নবা চিংঙু পাংগলবগী অরুবা খুভমলেন লৈরিবা চীঙজাও অমনি। হিন্দুশিংনা চীংশিংগী মনুংদা সুমেরু চীংনা অথোয়বা চীং ওইবগুম্না নোংমাইজিং

চীংস্থ লাইয়ামমগী শান্নফম্ ওইরবা অশেংবা চীং অননি। চীং অসিদগী শেংলবা "চীনগোই" ঈরুপফম্ চেম্বরকই। মৈতৈ লৈবাক্কী অরাপ অরাপ্পা নফম কয়াদগী চিংঙ্ মাবু থৌগল চৎননবা হৌনরক্লে। চান্নগী মাবু পুন্স লৈপুন শেম্নগনি খন্দুনা ইবোচৌবা অমদি ইবোয়াইমস্থ নোংমাইজিং ত্মা খোঙশাল্লক্লে॥ পাখঙ-লৈশাবী কয়া কয়া অহল-অঙাং খাক্তনা লম্বীসে খুরক হাঙদনা মপুগী থৌগলবু হাম্বা তান্নতুনা জিরি জিরি লেপ্তুনা চৎনরি। মশানৌ কায়নবা মশাবী খাইনখিবা কয়ানা মুংঙাইনা চৎলিবা শাবী-শানৌ-শিংবু উরগা মাগী চান্নবা-চান্নবীবু নিংশিংতুনা মুংঙাইনদেদো—। ইনাকখুনবা ইমুংগী মচা মগুনা ফজবা ফিজোল শেৎলতুনা চৎপদো উরগা খোইরাংনা য়েংজে চরৈ-ক্রি নিংবা থুংদবা, পু-পাং শুদবা লাইরবা কয়াশিংনা। অতুবু মীচং-মীখাই নাইত্রবা মপু মহাক্কি থৌগল লাক্লিবা ময়াম্ থৌজাল ঈরিক খিকপীনবা ঈংনা পুক্লিং হুরবা নোংমাই চীংজাওদা ঙানখোইরি। তিলশিদ লম্বী য়োরক্ত-বসিদা ইবোচৌগী মপুক্লিংদা করিগুম্বা অমা খল্লতুনা ইবোয়াইমাদা ওনশিল্লতুনা হায়রকই—"মরুপ ঙসিবু চিংঙ্ থৌগল মুমিৎ ওই-বনরা নহাল মথৈদি য়েংশিল্লুদবনরা শেংউ ঙসিগী তিলশিদ লম্বীসে পুক্লিং হুনা ফজত্রনে? চৎলিবা মীয়াম্রসিনা লম্বীগী লৈতেং ওইতুনা থেক্না খোয়না চৎলিবা লম্বীসে খোইনা হেন্না ফজগ্রে। থৌগল লাকলিবশিংসিনা পরেং পরেং লাকপদি অরাপ্পদা ভরিবসিনা ককচেং শঙ্গুমগ্রে।

"তশেংবনি লম্বীসে অসুক্কী মৃত্তিক য়েংখিবদা ফজরি মহুদি লম্বীগি অরোইবা ওইনা উম্বিবা চীংজাওশিং অমদি অতিয়াগী

শংবাম্নরবা মচুগা অমত্তা ওইনা তিনগ্রবগুমই। লম্বীগী অহৌবা "লমলোং কৈথেলদগী" মমাং পাংনা লাকইবা লম্বীগী নাক-য়েক্তা কৌবিলানা পরেং-পরেং শানা হৌরি। কৌবিলা মরক্তা "স্নাখোংনাং" কয়াস্থু তোমথিল তোমথিল ওইনা লমবীগী লৈতেং ওইনা লৈরি। ময়াং কংলবা কোংবা তুরেলগী ঈচেলনা লম্বীসিবু থৎলরি। লোয়ননা তুরেলসিগী মথক্তা শান্নিবা থোং অত্থুনা অমুক হেন্না ফজহল্লি। থোং মনাক্তা হৌরিবা মনা পুংলবা "বোকুল" অত্থুবু উরুবদি ফজ্রে হায়গনি, মরক্তা খোই কয়া কয়ানা ঙংবদো তারুবদি, শুমহৎনবগী মশক্তি। হাইথরকপদা "নিম পাম্বী কয়া অমা, খোক্কী মপাল অমদি চাওহুইগী মঙ্গাম মপাল মচুগী ঝম-ঝম য়াম্থনা শাৎলিবা, মখল কয়াগী পাম্বীশিংত্থুগী মরক্তা সনা-খোংনাং, কয়ানা লোয়ননা অত্থুমক লাক্লিবা লমবীদা অমুকস্থু থৎলরিব, অশংবা নাপীনা লৈরাইগী লৈতেং ওইজবা শংলৈনরবা অত্থুগুম্বা ঈরিল তুরেলগী, ঈচেল অসিগী ফজরবা শাথেক অমদি শক্তম্না লমবীসিবু কয়ামুক মতিক ময়াই হাপ্লগে হায়ববু চাংজো মান্নরবা লাইজ ঈকোমদা থরো-থম্বালনা শাৎপগুম, মুমিদাংবাইগী মতমদা ঙাম্নু-থঙ্গোং পাইবগুমই। থৎলিবা তুরেলসিগী মথক্তা শান্নিবা থোংত্থুনবু ওত্থুমক ফজহন্দবা নত্তে। হাইথরকপদা মনা পুংলবা "সনা-খোংনাং" অত্থুম্না য়োৎশবী মখোঙগুম খমত্রাং ওন-শিন্না হৌত্থুনা মমশাং লাক্লিবশিংগী পোত্থাফম ওইনা মুংশাগী মঙালদা, উরুম পীবিরি। লেপ্তুনা লাক্লিবা লম্বীদা অমুক থেংনরি, "য়ারল-পাৎ অমদি তিলশিদ চীংয়াং" থোইদোক্লা খুৎশেমগী ফজবদি ইয়াও ম্নাওদে মহৌশাগী। ফজবদি চৎলিনা মীওইশিংনা

যেংখি য়েংখিবা মাইকৈদা শংবাম্নরবা লমহাংগা, অঙ্কিয়া মকোইগা সম্ম শাম্ম-শাম্ম লিংযেং রাংমা লাম্না শনদোকখিল্লদো উগনি। লম্বী নাকনশিংদা চীংতুন মচা পংরাং রাংদবশিংদা যেম্লিং থাগী মতম ওইবা নেমতক্লবা উপালশিংনা মনা ইপুং-পুংনা চীংমাইদা থোক-থিল লোমথিল হৌবি। লোয়নননা উচান-পাম্বী কয়াসু মরক-মরক্তা থওনা পবেং নাইনা হৌরি। নেম্নবা উপালশিং অতুগী মরক্তা থাংলবা উজাও কযাবা মরক থংনা-থংনা লৌরিবা অসিনা অনেম-অরং নাইনা যোইনা হেম্না নিংথিজহল্লি। যেংক্ষম ইরৈ লৈতব-গুন অশংবা চীংতুমশিংসিগী নাকল অমদি চীংয়াদা হৌরিবা লমগী উনি চিনাইদবী বয়ানা চবুন চবুন তাশিন্দুনা য়েংবদ কয়াদি ফজবে মহৃদি অশংবা উনানা শাবা শামু মচাশিংনা কুনবদো ওাইস্রে। নাবল অন্দনা উরিশিং অসিনা উওোল লোম্না য়েংলুবগা চংক্ষম লৈতভুনা লৈমাই তম্না জম-জম তারক্লিবশিংদো, তুংশিংনা শিংল-কপদা হাশংবা শামুশিংনা লৈনা-লৈনা ভগোই শাবগুন নিংথিজৈ। যেম্লিংথাগী নওমদা উরিগী এপাল রাংথাংলবা মচুনা অশংবা উনা-লক্তা শাংপাদ হাণ্ডলবা অতিযা মকোইদা অওোবা লৈচিলশিংনা পাইতুনা শানবগুমই। তিলশিদ চীংগী তরাং-ন্যোংচুপ থংবা শরুক্তা চংলিবা লম্বীগী য়েং থংবা নাকলদা য়াবল পাংনা শংবাম্নরবা লাইজগা লোয়ন্নুনা মথা পাংনা শন্দোকখিতুনা "নোংমাইজিং" চীংগী শরুক থরা অমুকস্ত লাম্নুরি। পাংয়াদা হৌরিবা উ-মচা-শিংগী ঈরোম্মুংদা মমি তারিবতুনা তাইবং কয়াবু পুক্লিং শুমহুংলি। লম্বীগী ওইথংবা নাকলতুদি উচান পাম্বী ওাক্তা হৌবা উই। লেপ্পুনা লাকইবা চীং-লম্বীদা হৌরিবা উপালশিংদা মুনিদাংরাইগী নামিবনা

হুম্লকপদা থোকইবা খোঙ্জেল পাৎয়াদা শান্নরিবা চেক্লাশিংগী খোঙ্জেল-শিং অসিগা পুল্লপ তিন্নরতুনা হৈরাং-লৈরাং কয়াগী হৈনম লৈনমগা লোয়ননা লম্বী চৎলিবশিংব হরাও-তুজুংবা পোকহল্লি। মহৌশাগী লৈতেংনা থল্লবা লম্বী অসিনা অভৎপা লৈতনা লাকপনা তিলাশিদ চীয়াং য়োৌরকপদা হন্না য়েংখিবদা কয়াগী মতিক ফজরিবা, অশংবা চীংশাংনা থা মচেৎনা শানা থা থংবা শরুক্কগী অৱাং থংবা নাকললোম ফাওবা লোইরোই হাইথখ্রিবতুগী মাইকৈদগী শনথখিতুনা পাক্লবা য়ারল পাৎকী লাইজদা হ্নানিংকী মশেক্লা য়েবদা তনিক তনিক ইরং লংনা মালঙ ঈপোম লাকপদা ঈথক্লা জগোই শানা শন্দোকখিতুনা মনিঙ থংবা তারিবা খুনয়া অতুদা থেংলুরি। অখা থংবা শরুক খরদি ঈশিংনা মিৎয়েংদা তাম্না উরি। য়ারল পাৎ লোক্তাক্কুম পাক-চাওব্রবসু অতুম্মক ফজৈ লমদমসিগী থৱাই ওই-রিবা পাৎসে, চীংয়াংদগী হাইথরকপদা কয়াদা নুংশিরবা খোঙ্জেলনো তাইবং পুক্লিং শুমহৎপগী মশক্লি লোক্তগী চেন্থরকইবা ঈশিংগী খোঙ্জেল ; অমদি মিৎনা উবা ফংত্রবা চীংম্নুংদগী খোংলকপা মেংলবা চেক্লাশিংগী খোঙ্জেল, কাওজেঙ হারৌনচিংবা তিল-কাংশিংগী নিং-নিং লাওবা মখোলশিংনা উরুম লাংলবা চীং-লম্বী'সিবু মেরা থাগী থাবলগুম মেঙনা ঈংহল্লি। শুক্লা-ঈংনা ফজরবা অকিবা হরাও তুচুংবনা থল্লবা চীংঙ্গোল লম্বীসে হেন্দোরক্লে। হাইথরক্লিবা লম্বীগী অৱাং-পাংনা চৎখ্রিবা চীংলম্বী'তুসু থোইদোক্লা নিংথিজরি।

লম্বী নাকল অসিদা উপাম্বী কয়ানা পরেং পরেং অতুম হৌরি। য়েক্লিংথাগী মতমদা চীংখোঙ'তুদা ফুগাইনা শাৎলিবা লমগী লৈরাং-শিংগী শক্তম অতুবু থোইদোক্লা কাওঙম্নরোইদবা শক্তম্নি। মেরা

থাগী "সনারৈ অথোনবা"। রাকচীংগী গুলাপ্পা হেম্বা নত্তে। মখল মথেলগী লমগী লৈরাংশিংদুদা লোইবী চীংগী খোইমুনা লৈরাং লৈ-রিক চুপকদবগী লৈকাদা ঙংবগী খোঞ্জেলনা তাইবং পুক্লিং হুনা, মফম অতুদগী হেন্দোরিংদনা থম্মোইবু নুংঙাইহল্লি। মমাং পাংনা চৎলিবা তিলশিদ লম্বীদগী অরাং পাংনা চৎখ্রিবা চীংলম্বী অতুম্ থোইদোক্লা নিংথিজরি। হায়রিবা লমদম চীংখৈ লোকমাং তম্না চৎখ্রিবা লম্বীতুবু তুংএইননা থনম্লগা মমাং পাংনা লিনগী শাথেক্কুম লাকলিবা তিল-শিদ লম্বীদো থর খজিক চঙশিল্লকপদদি লম্বীগী নাকল চীংমাইদদি উচান পাম্বী ঙাক্তা হৌই। উচাল পাম্বীশিংতু নুংশিৎনা হুম্বদা থাবল চেঙইবী মুজাশিংগী শম্নাংনা চোইজাইননা জ্বাই-জ্বাই তাবগুমই। কয়াদা নিংথিরবা উচানশিংসে মথোঙদা কেন্দুনা তারিবা উচান মনা অকংবশিং অতুনা চীংমাই অতুম্ থোইদোক্লা ফজহনখ্রে।

অকনবা নুংশিৎকী শাফুনা অমুক-অমুক হুম্লকপদা কেল্লবা উচান মনাশিংনা পাইখৎলক্লগা লৈমাইদা অমুক অমুক তারকপদি মৈদিংঙু নোংয়াম্বা মহাকথক্কী থৌদোক খাগী লৈবাক্কী লাক্ল ফানা ঙমদ্রবা মৈগনা হিংচাবা তাইবং কনানা লাম্বা ঙমদ্রবদা লাইগী মচা-মগু মৈতৈ নিংথৌ মহাক্লা তা খৌবোম্বা, থুৎম্নু থাংলেম্না কংলা মেন্দা হাৎখিঙৈ, নোংমদোল থক্কী লাইম্বাম্না পেল্লতুনা নুংঙাইজবগী হরাও মথোইগা লোয়ননা মনম চেল্লবা উ, লৈরাং কয়াগা, নুংশিরবা হৈনম-লৈনম য়াওনা চাইথরকখি হায়নবদো নিংশিংলকই।

অসিগুম্নবা ফজরবা চীংমাই অসি লম্বী নাকল অসিদা শন্দোক-খ্রিবা পাক্লবা লবুক-লমহাং অতুম্ ফজে। শন্দোকখ্রিবা লমহাং তাম্না

তাম্না মিৎয়েং ৱাংম্না লানখি। লমহাং মরক্তা খুন মচা খরা তারি-বত্নুনা ইশং-শংনা উমং মচানা লৈবগুমই। লৌঙাকপগী লৌতাং শঙদা উরিনা কুপশিনখিবত্নুনা উনাগী খাংপোবগুমলি, মহৌশা ইমাগী হাওরজফম ওইরবা মফম অমনি হায়বদা হায়ননবা খোক্তুবা তিলশিদ লম্বীসে মতম লৈবা খিবিক্তা শুমহৎনবগী মাইখোংদা ঈংলবা শক্তম্না তাইবং কয়াবু অয়িংবা খোজাল পীরি।

অসিগুম্বা ফজরবা মফম অসিবু কনাগুম্বনা চৎতুনা য়েংলুরবাদ পুক্লিংদা কৈদৌঙৈদা কাওবা ঙম্লোই। মহৌশাগী শক্তমশিং আবু নিংথিনা য়েংজরবদি থম্মোই ঈংনবগী মশক্লি। ইবোয়াইমা অমাদ ইবোচৌ শক্তমশিং অসিবু পুক্লিং চঙনা য়েংলুবনা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইজে। মপুক্লিংদা নৌহৌননা খনজরকই। মহুদি—"মশা-নৌশিংগী পোক্লমফম লমদম ওইরিবা লম্নুংশি অসিদা চান্নবী মখোই গীদমক থৱাই থাজরগে" হায়বা ফাও ম্লোনা খল্লহুনা লমদমসিবু থোইদোক্লা মুংশিজে। মমাং-পাংনা চৎখিবা লম্বীগী মখা থংবা নাকললোমদা ফাইহৌরিবা কম্বোংপুৎকী লম্বী হুম্নু অহুমক নিংথি-জরম্মী। অশংবা লমহাং কয়াগা লোয়ননা "নোংমাইজিং" তম্না লাক্লি। খুনয়া ম্লোরক্লবদা ফজরবা পুম্বগী ফজরবা মফম অনগ্যা থেংনরে।

চীংম্নাদা হৌৱিবা হাওসনারৈশিংনা পাক্লা শন্না শন্দোক্তুনা লমহাংশিসিদা হৌরি। লমসিদা হাওসনারৈ শাৎপদো উক্লবদি মফমহুদা অহুম্মক কমহুনা লৈনিংই। পাক্লবা সনারৈ লৈকোল-সিদা মুমিদা-ৱাইগী মতমদা শান্নজবা লমগী চেক্লাশিং অমদি

লোইবী-খোইবিরেল কয়াসে ওন্থোক্লস্ল ফজৈ, য়েংলুবদা থম্মোই মুংওলহল্লি। লম্বীগী নাকল লমহাংদা শগোলশিংনা চেন্দুনা, চোং-ফন শান্নবা, লেঙবা, চৎপদা মনা-মমৈ অশাংবা মশোংশিং-হুস্লু মফজে। লম্বীগী অরোইবদুদি "নোংমাইজিং" চীংনা খনজিনখ্রি।

শোমদস্লু কমদৌরি! চীঙ্খে ফিহুপ হুন্নকপদা ঈরু-মাইথ-জহুনা অশেংবা য়েক শলাই নাৎকী হিজং য়েক, খোইমহুম্নচিংবা ফনেক, ইন্নফি শেৎল ইন্নহুনা লাইবক্তা মালেম নৈশা পাকনম নম্নহুনা ফজরবা কম্বোংপুং লৈকোন্দা তোম্নুরেম্বী অমদি লৈমহল মখোই'নিস্লু চিংঙু থোগল মুনিং অসিদা থুক্তা হৈরাং লৈরাংনা থল্লবা য়েন্দাই পায়হুনা মশাবীশিংবু ঙাইরহুনা "চিংঙু পাঙ্গলবা" গী থোগল চৎনবা থোরাং তৌজরি।

মুজা'নিহুগী মতৌহুবু উরুবদা চাউভলগী বাখলদা মহাক্কা চৎমিন্নশিকা হায়রকপা য়াই খল্লহুনা "তোম্নু" হোইগী নাক্তা হয়াও হয়াও চঙজরকই। তোম্নুখোইদি হায়নথিবা মনে মচা পাখঙশিং অহুবু খোরাংনা ঙাইজরিঙৈদা কোকিলগী মহুক্তা কাক ওইনা খোং-লকপসিদদি য়েংনিংদ্রহুনা লৈমহলদা "চৎলসি" হায়বগী ইহুন তৌরম্নগা খরা চৎথোক্লগা লৈরমই।

তানিংবা মপাও তাবা ফংদ্রবদা ইকাই খঙদ্রবা চাউভলনা তান্নহুনা তোম্নুরেম্বীদা হায়রকই, "তোম্নুরেম্বী নহাক কনাগা লাই খুরুম্বা চৎকনি চৎমিন্ননবা লৈত্রবাদে ঐহাক্কা চৎমিন্নশিদনা?" মুংশিদবা মীগী মপাও কনাস্ল তানিংদবনা তোম্নুস্ল শাওরপ্পা "ইখোঙ পাল্লি ইদোম চৎচনি" লৈমহলদা ইতা লাকও অসি-

ৱাইদা লৈরুশিবা"। হায়দুনা চৎখোকখ্রি। তোম্নুগী মতৌবু উরুরগা মিহৌচাওবা চাউভলগী খোইরাং খোইশাওনবা ৱাঙাংান "তৌগম্নু তোম্নুরেম্বী ! শাহৌকম্বী লৈরাংদি মালং খোংগাওন্দুনা মাঙবনি। ঙসি নহাক্কী মাঙদা লেপ্লিবা শক্তমসে থুঙ্গংসিদা হাইনা হুম্না লৈরিবা অতুগুম্নবা চাউভলনি হায়বসে নঙ কাউরবরা ? নহাকপু ঐনা নম্না অতুদা পৈশা পীতুনা লৈরগা পাখঙগী য়ুমলেপ চান্না লিংবা হায়বসে হায়মনবা থোক্তবনি, নশানা ৱাখল তৌজহো"। তোম্নুরেম্বী মুপী ওইরবস্নু মতৌদুদা হায়রকই— "পামদবৈ নাপ্পগী নাচোম লৈরাং ওইগদৈ শক্তক্তি থৱাই ঙস্তানা থাখিবনা ঐগী অপাম্বনি। লৈশক খঙদনা লৈহেকপিনিংউম্নু ! থম্বালগুম লৈকাদা খোইমু লোৎলমদুনা চঙলুবদা চীক্লকপগা য়াই"। তোম্নুরেম্বীগী ৱা তাবদা চাউভলনা "কনানা করি মতিক লৈদুনা চাওভ্লবু করি তৌরবা ঙমগদৌরিবা" ?

"নিঙোল ওইবী মপোক্কি শামা পাংগলবা মুপা নখোইনা শোল্লবী মুপীমচা ওইবী ঐখোয়বু অদুম্না হায়রিবদুবু পাখঙ মাই চোপত্রা"? লৈমহলনা লাগুক্লা মশাবীশিংদো লাকপা উরদুন চাওভল-খোই লৈ হায়বা খন্দনা হায়রকই "ইতা লাক্লে ৱান, ঙাইজরিবা মখোইশিংদো য়েংউ" ! চাওভলগী মাঙদা অদুক শাওরম্বদো অঙক-পনি শাবী শানৌগী পুন্সিসে মমাংদা কনামক্তা উদবগুম মুংশিং শিংপা মাইকৈদা লশিং মকোল পাইখিবগুমই মশাবী অদুবু লাক্লে তাবদা হৱাওনা "কদাইদনো" হায়দুনা য়েংজরুরি। তোম্নু অমদি লৈমগী তৌরিবা মতৌদো চাউভলগী মফমদদি তৌগে হায়না তৌরিব্রা হায়নবু মিহৌচাওবা মহাক্তি শাওরকই "কৈ-কৈ

পাক্ঙ ইতিক খঙহনগে লমহেম্বা কনানা হেম্বা ঙস্বগে য়েংগেদো” হায়রম্নগা শাওনা মফি কল্লহুনা মিৎচিনা ফাংবা হন্না য়েংলমদনা খোইশাওননা চংথ্রি। চাওভলগী মতুংদা ইল্লিবা হুইরোই অহুম মরিহুস্তু মহাক্না শাওনা চংখিবহুদা মখোইস্তু মতৌ তম্নহুনা চংথ্রি।

তোম্নুনা লৈমদা লৈশিল্লক্লুনা চাওভলগী মতৌদা হায়রকই, “তঙ্গত্রা মসিবু করম্বা মীনো হায়বা খঙদে ৱানি। মাগী নোংবাল হায়বা কোনাই তোপ্পী হায়বহুবু অহুম হায়না মাইবু থারিগদ্রা?

মসিবুরো নোংবালদগী খরবু হেল্লবা হায়বহুনি, মী ফত্তব-সিদিনে শরোই তরেৎতগী হেল্লিবনি শাথিবা। ঙস্বু ঙম্মীনে মচে-মচল ঐখোয়দবু, ঙাকপী-শেম্বীগদ্রা হায়রগা শম্বল মখোইনা হেন্না কিরেনে। লাই ফত্তবদি ইরাৎ থোনিরগা ফৈ, মী ফত্তবসিদি হিদাক লৈতেনে। মতারোইগী ৱাহৈবু মতেঙ ওইনা লৈমনা থুম্নকই। “করাম চাউবা মুপাগী হোনশানি মখোইসিগুম্বশিং অসিননি ঙসিগী থুম্নাইসিদা মুপীবু লৈথা ঙাহল্লিবসে।

তোম্নুনা মখা তারকই “অশেংবনি মুপা ওইবা মখোইনা অফবা ৱাখলনা লমজিংবিরবদি মুপী ওইবীসে চাওখৎকদবনি”। পামদ্রবা চাওভলগী ৱারিনরিঙৈদা লেপ্পুনা চংশিল্লকইবা মশাবী-শিংস্তু মখোইগী নাক্তা ম্নোরক্লে। হৌজিক্তি নাকল অনিমক্তা অত্রাব কোক্লুরহুনা হরাও তয়ামজরে। ইবোয়াইমাস্তু হরাওবগা লোয়ননা লৈমহলগী নাক্তা চঙশিন্দুনা “লাকপা ঙমখিদবহুবু শাওদনবা পুকমেন পাওমেম্নজরি। লৈমহলদি শাওবগী মহুত্তা থোইদোক্না মুংঙাইজরম্মী। লৈমহন্না মশাবীদা হায়রকই “ঐহাক্কীদমক অহু

য়ৌনা নুংশিবিবত্তুদি হায়নিংঙাই লৈতনা লাইবক ফবনি। ঐহাক-পুদি নহাক্কীদমক লেপচরবনি,। ঐগীদমক থোইনা রা বিরুন্নু হকচাং ঙনদ্রিবা পাবুংগী ফননবা হান্না হোৎনবিখো, ঐহাকসু পাবুংবু ফননবা লাঈ নীংজগে"।

ইবোয়াইমা মশানৌগী মপাও তারবদা অরাবা কোকচরে। রানা ঙাইনরক্লবশিং অসে উনরুবসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। তোন্নুনা মখা শমথরকই "য়ৌরুরসি চিংঙু মাগী মফমদা থৌনি-জরুরবসি অনিংবশিংসে ফংনবা লাকও চৎলসি পুন্না" হায়ত্তুনা চিংঙু মাগী খুভম নোংমাই চীংখোঙ তম্লক্লে।

"চিংঙু পাংগলবা" মঙাল লৈবগী মতিক অরাঙবা চীংথক্তা লৈ। মহাদেবা কৌবা অথোইবা লাই অত্তুগী শান্নফম, নুংঙাইফম মশাইগোল কৈলাস চীংদা ওইবগুম, চিংঙু পাঙ্গলবা লাই অথোই-বসিগী শান্নফম, হরাওফম নোংমাইজিং অসিদা মশাইগোল ওইরি। চীং কাবা হায়বসে মপু মাগী খুভম তাব্রা নত্রগা শাবী-শানৌ-শিংগী নুংঙাইবা থিব্রা? রাফম অসি মপুংগী খুভম থিবা চৎপনি হায়বসু য়াই; অত্তুবু শাবী-শানৌশিংগী মফমদদি থম্মোইগী নুংঙাইবা ফোংদোকপা চৎনবনি।

য়েংলুবদা উরি—মাঙদা ইবুংঙো মাগী থৌগলগীদমক ময়াম্মা লাংলিবদো। য়েংবদা কয়াদা নুংঙাইনা উরিবা—লাক্লিবা মীয়াম-শিং অসিনা মপু মাগী লেম্ফ্রদগী চেক্তরকইবা চীনগোই ঈরুপফমদা ঙমজবা চেং-লৈসু কৎলত্তুনা লাইজসিবু লৌত্তুনা কোক্তা হাপচত্তুনা মশাগী লঙজরুবা লাইথুং কোকচনবা হায়ত্তুনা চীনগোই ইমারু মমাই অরাং ওন্না খুরুমজে। ঈরুপফমদা মীয়াম্মা মশা-মশাগী

অৱাবা লঙঙরুবা কোক্লবা অমদি য়াইফনবা হায়তুনা ঈরুপ্পরিকতু উরুবদা ঙাইহাক য়েংঙরুরগা পুক্লং হৱাও-তুজুংবগা লোয়ননা হায়রকই —"তোম্নু ফম্লাদা ফজাবা শক্তম্লো মীয়াম্নসিনা চীনগোই ঈরুপফমদা মশা-মশাগী অৱাবা কোক্লবা অতুগা হেন্না য়াইফবা হায়বতু ওইনবা চহি অাংগী মতুংদা অমুক্তমক য়োবা মফমসিদবু লাক্লগা চিংগু শিদবা পুমাগী থিংথকে শক্ল শাল্লিতুনা লৈরিবসে পুন্সিদা কাহৈররোইকো। ঙৈগী পুন্সিমা লোমহৌবসু ঈচেল মাদি লেপলোই চেনখিনি অফৈ অহৈ, চিংগু মহাক্লা ঐখোইগী ৱাশকসে উখিসনু।

মুজাম্নু থুম্রকই "ঐখোইবু শেংলবা ঈরুপফমগী ঈচেলসিনা চামথোক্তুনা মক্তবা থম্মোইনা চিংগু মাগী খুডম তাম্না চতুনা ৱাশক কিশি কিরতুনা পুন্সি শেম্নুনি শেমল্লুসি, চিংগু মানা লেপ্পনক খঙবা ঐহৈরসনু" হায়দুম্না চীংগোই ঈরুপফম্বু ঙাইহাক য়েংজরগা, ময়ামগী ঈরাং য়েংতুনা মুখংজিনবা মতাইরোই হোইবু হৌমতুনা চীংখোঙ ওয়া চেক্রশিল্লক্তুনা, খরা কাথং-লক্লবদা অঙম-অঙথা চীংচেং খুন্নথাগী [illegible] লৈ। অচৌ অচৌবা মুংজাও কয়া লম্বীদা ওন্থুনা লৈ। কারুইবা চীং লম্বীগী অৱাবদা মুজা ওইবিশিংসে ৱাবীদা শগম্পৌই নিংলম্মী। অতুবু ৱারিস্নু ৱানা অকনবদগী অশোনমবনা মতৌং লৌতুনা লাথংনরি। পৌক্লবা পাম্বী মচাবু থুদেক্লতুনা চন্নদ্রবা পানীদুকে চংলিংগা মীওই-শিংতুগী চেতু ওইনে। নৈশা কয়া কয়্যনা অঙম্না চীংচেপ হেক হেক য়োরক্লবদা মাগা-মাগা লাকল্লিম্লারক্লা পত্রখঙশিংগা খুতা পাম্ন-দুনা খুদোংথীবা অতুবু লানথেক্লগা হোক্ত জরি। কয়দা পুক্লচেল

ত্তিম্নরিবনো ! তোমুস্‌, ইবোচৌগী খুত্তা য়াল্লহ্নুনা মমাই পুম্বা হুমাংনা পুমচোং—চোংলহ্নুনা অবাবা খোঙ্জেলনা নিংশা ফুইনা হোল্লহ্নুনা হায়রকই। "নহাক্লা ঐবু খুজেং পালোইনহুনা অঙস্বা চৗংলম্বীসিদা অবাবা শরুক য়াবিহুনা পুবিবগুম্ন। শাংলবা পুন্সি লম্বীদস্‌ ঐহাকপু পুবিয়ুকো চান্নবা" শিনথরকইবা হুমাংবু তৈ-থোকপীরহুনা হায়জরকই "তুংইনবদা রাজরবী নহাকপু পাখঙ ঐনা মপোকস্মিমগী থাদোকচরোই ঙসিগী চৗংলম্বীগী অবাবা মতমদা থম্মোইগী অবাবা পোথকম ওইজবগুম পুন্সি চুম্না ওইজগেকো"। "মুজা ঐম্‌ পাখংগীদমক লেপচরে পাখংস্‌ মুজাগীদমক লেপ্পিরনি নিংজৈ, চিংঙু মহাক্লা খঙপ্রসমু মুজাগী থম্মোইসে কদায় ফাওবা মুংশিজবা হায়বদো"। অঙস্বা চৗংচেপ কারকপদা রাজরবী মুজা-গী মাইথোং ভঙাংলবিহুবু মুম্না য়েংজহ্নুনা মশানৌগী খুজেং অথোং-পদা কম্না পাইশিনজরহুনা অঙস্বা মফমসে লানথোকচরি।

অবাবা কয়া কাংথোক্কুনা লাক্লবদা উরে মাঙদা চিংঙু মাগী খুতম। "লাইশঙ" অসি য়াম্না নিংথিজৈ য়াম্না চাওবমক্তি নত্তে। মতম কুইরবা ওইরমানে উরি-যারি কয়ানা মথক্তা ঈশং-শংনা কুপশিল্লে উরিশিং অহুনা কুপশিল্লগা থিহনগত্রা হায়না নিংউবনি, অহুবু থোইনা হেন্নহুম ফজহলবা তাত্রে। লাইশঙ অকোইবদা লাই ওইরবা মম্নিং-মনা পানবগুম উরবা উজাও কয়া-কয়া অকিবগী মশক ওইনাহৌরি। চহি চা কয়ামুক শুইরবগে হায়রবদো থংলরোই, মহুদি উশাদগী তারকপা মরা অহুনা লৈবাক্তা চংথিহুনা অচোবা উপাল কয়া ওইরকলে। মরোং-মরোংলবা পাম্বী কয়া ওইত্রে। ঈশং কারবা উশিংহুদা উতাংবী কয়াগী মপাল

শ:ংলি, উথাহ্নদা লাকলিশিংনা পোথনরি। লাইশঙ মন্নুংদা লাইনিংবা কয়ানা ইবুংঙোগী ইরাং-থৌনি তৌহ্ননা মথুত্তা লাইমাঙগী লৈশেঙ পায়হ্ননা লাক্লিবশিংবু থৌজাল পিনবগীদমক ঙাইহ্ননা লৈরি।

ইবোচৌবগা তোম্বুরেম্বীগনা থন্না মাং-থাহ্ননা লাকপনা ইবোয়াই হোইদগী লাইশঙ য়োৌবদি হায়ে। মথোইনা হেক য়োৌবগা অশোই অঙাম ঙাক্লিবা মীওইশিংনা "পো-নম্বা" অদো থাদোকপা মতাং চারহ্ননা মথোয় অনিদি লাইশঙ মন্নুংদা য়োৌহ্ননা থৌজাল নিজরি। লাই থুরম্বা লাকইবা মীয়াম্না মানা-মানা ঙমজবা অরেং শেজা কত্তুনা পুরক্লিবা হৈয়াং-লৈয়াং কয়াস্থু কৎনরি। পুরক্লিবা হৈয়াং-লৈয়াংশিংহ্ন কৎলহ্ননা পুলিগী মুংঙাইরবা পম্বুং নিজরকই।

"চিংঙ্‌ নত্তিক অহেবা
নোংমদোল লাইরেম্বা-লাইরেন্মা
কয়াগী মকোক ওইরিবা,
অবাংবা চীংদোলদা ঙাম্মোইরিবা
নোংপোক মাইকৈ ঙাক্লিবা
নংগী লেম্ফুদগী চেহ্নখিবা,
ভীনগোই ঈরুপকম অবাং পাংখিবা;
ভাইবংগী লাইথুং কোয়্কফি।
ভাইবংবু অয়িংবা পিবিয়ি
ইবুংঙো পাজলবা মপুরেল
চংজরিবা নচা ননাইশিংবু
পীনরিয়ু অহেবা লৌশিং, থৌনা

শিদ পামেল লোমজগে
তাওাজং হৈরাং অমুম্বা হেকচগে
চংজরি নখুয়াদা ননাইনা।

চিংঙু মাগী মকমদগী থোজাল লৌরদুনা হরাও ওয়াম্না থোরক্লি। নৈংবা মচম্মী তথোইনা থোগল্লাং অতুনা লাইবক্তা "লাইকক ফবা ৎইরো" হায়দুনা লৈপাক লৈশেংদু নম্বীরকই। কংচরিবা হেবাং-লৈবাংশিতুগী মরক্তগী মরিক চুম্লবা লৈ-পরেং অনিগাস্থ পীরকথি। পাখঙগী থম্মোইদা চিংঙু মানা পিরকপা পম্নুংগী "কুন্দো-পবেংনি" থল্লদুনা মশানৌদা পীদুনা হায়রকই। "লৈ-পরেং অসি চিংঙু মানা ঐখোইনিগী পম্নুংগী বাশক ওইয়ু হায়না পীরকইবনি, সে—সুজাগী নিংথিরবী খুৎনা পাখঙ ঙকশমদা হুকপীরো" সুজাস্থ লৈ-পরেং অমা লৌরদুনামশাবীদা হুক্লগা হায়রকই, "সুজা, ধবাই হকচাং পুম্বা পাখঙগী নফমদা শিন্নজরবনি পাখঙ মংখী পুক্লিংস্থ খঙলগে, চিংঙু মানা খঙবীরসনু হুকপীরো সুজা ঙকশনদস্থ"। নিংথবীদুদা লৈ পরেং অদো শিবিরদুনা হায়রকই "সুজা পুক্লিং খঙজবে শাংপিরো লৈরাংগুম পাখঙ ঐগী ইশাইগেৌন্দা" সুজাস্থ হরাও সুংঙাইনা হায়জরকই "লেপ্লিয়ু পামেল উপালগুম পুনজগে খুৎসিনা উরিগুম্মা চেৎনা লৈহনবিয়ুকো নম্মাক্লা ঐহাকসে নাপ্প-পক্লা চিনবিয়ুকো লৈরাংগুম মতম চুপ্পদা চান্নী মিৎয়েং কাওবি গন্নুকো"। অস্থম্মা মখোয় মনি, চিংঙু মাগী মাঙদা রাশক্লরদুনা থোরকই। নিংথিনা মরিক চুম্লবা লৈ-পরেং অতুনা সুজা

পাখঙ অনিগী ঙকশমদা ঙানখোইবদো কয়াদা ফজরিবা।

লাইংক্তা নল্লিবা লৈশেঙ মচু অত্থুনস্থ হেন্নত্থুম মতৌ হাপ্লি। মুজা পাখঙ অনিসে তুংদ লাকহৌরিবা মরুপ্লোই অনিত্থু য়েংজরক্লি। অত্থুবু মীনদি থুরক হাঙদনা য়াম্বনিনঃ উবা ফংদ্রে। ফনা থিরে, ফংবা কৌব লৈত্রে ফংলক্রবদা পুক্লিংদা খল্লকই। "মখোই ঐখোইবু লৈবা উজত্রত্থুনা চীংখোঙ লোমদা হল্লম্বা য়াই," হায়না মরুপলোই-শিং অত্থুবু থিনবগীদমক চীংখোঙ তম্লক্লে। কুমথরকপগী লম্বীস্থ অত্থুমক খুদোংথিরি। খুদোংথিবা ঙইরস্থ তপ্না য়েংত্থুনা কুম্নকপনা অশোই-অঙাম য়াঙদনা চীংখোঙ য়ৌজরে।

চীংখোং য়ৌরফাঙবা মখোইদি থিবা ফংদ্রে! মতাং অসি য়ৌরক্লবদা, মতমস্থ পংথেং থেঙবদি নত্তে ঙাইবদি রাক্লবদা মুজাসে মশাবীদা হায়রকই, "চীং কারুবগী রারবা হকচাংসে মখোই ঙাইবা ঙইনা পাৎ-লোমদা কোইথোক্লসি; লৈমলৈ ঙাবু য়েং-লুসি ঙান্নু থঙ্গোংগী শান্নববু য়েংত্থুনা মালং ঈচিক লাংলুসি অত্থুনা ফরোইদ্র....... ?

"লাপমন্দ্রো, হোরেল ইমানা চৈবিরবদি পাখঙ ঐহাক মুজাগী অরাবা অকরম্না য়েংসিগে"! মশাবীগী মুংশা থিবা মতৌ অত্থুদা নোকমি নোকমি তৌরত্থুনা পাঙখুমজরক্লি "নঙ্গুংলাংগীনি মীস্থ তৌনদবা নাত্তবসিবু পংঙাং-ঙাংবা হৌনব্রনে ? মসিবু ঐখোই-নরো য়েন্নিংথা চঙলকপগী লৈশাৎ তমজবনি, নত্রনে পাম্মুবা"? মশানৌবু য়েংলত্থুনা পুক্লিংদা থাগৎচরি। মশানৌনা হায়বা রাফমদা করম্না য়ারোই। পাখঙ লৈশাবী হায়না হায়নরিবসিনি। লৈশাবী-না হান্নবা পাখঙনা য়াফম থোকই। পাখঙনা হয়াবা লৈপাবীনা

ইনবা হৌনশা ওইবনা য়ারল তম্না লাক্লে। মী মখল য়াম্মী শাবাল মান্নরস্থ থম্মোই খেন্নে। ঙসি মৈত্রলৈবাক্কী মফম খুদিংদগী "চিংঙু থৌগল" ঙীদনক নোমোইজিং তম্না চংনখ্রবদা মীওই খরদি পাত্তা কুমহুনা লৈমলৈ ঙাকু তান্দুনা ময়ামগী মুংঙাইবা অসি য়াউরুবগী মহুত্তা নোংমগী চন্না ফংননবা হোৎনজরি।

রানা শুজরিবা হুমাং মমল ফংদ্রবশিং কয়া ময়াই কারশিং-হুগী মরক্তা হিংলি। য়ারল পাৎ-য়াম্না কা-হেন্না চাওদ্রবস্থ অহু-মক য়েংবদা তান্নদি উরি। অসিগুম্নবা পাক্লবা ঈপাকসিবু তম্না শাবী-শানৌ অনিস্থ কুমথরক্লে। য়েংখিবদা মপু য়াওব্রবা হি খরা পাৎয়াদা তাওহুনা লৈবহু উরহুনা হি অহুগী নাক্তা চঙ-শিল্লহুনা মশানৌবু কাখৎহল্লহুনা মখুর্ত্তা নৌরেল পায়রহুনা ঈয়াই তম্না হোল্লহুনা, ঈয়াইগী ফুমদা ঙা অমদি ঙান্নু থঙোংশিংনা চাক্তবা চেক্লাশিংনা শাম্নরিবশিং অহুবু থরাই তানা য়েংলি।

য়ুমদদি কমদৌরি! মমা ইবেম্মা ইবেমহল চাওভলনা হায়রম্বা রাহৈ অহুতা নিংশিংহুনা নাকোংদা লৈবাকখোইনা ঙংলকপগুম তারি। খোঞ্জেলহুদি, "ইনে! নংগী নচামুপী অসি খরা রারবউ লম য়াম্না হেল্লে। মহাক ঐখোইনা শাওরক্লবদি ফরোই হায়বি-হৌরিবসিনি ইনে"। রাহৈহুদা "করি তৌরগে? ইবুংঙো! ইনেদা তমুক্তা তম্মুসে"। "ইনে মহাক অরাপ্পা ইম্ফালদগী লাকপা পাখঙ অনিগা লোম্ননা চীং কাবা চৎখ্রি। মহাক্নুমী মুপী মচা অমনা অহুম্না মিংচৎ থিনবা তৌগদবা নত্তে। হায়বিহৌ-রিবসিনি ইনে। ঙোম্নবু মপান থোকহনগম্নু মহাক্লা ঐখোয়বু করিস্থ লৈতনা খম্বা, মুপা অনিহুগা মহাক লোয়নননা অহুক য়াম্নবা

মীয়াম অদুগী মাঙদা চৎমিন্নখিবদো ইনে নহাক উহৌদ তৌবনি”। মচাগী মপাও তাবদা খোইরাংননা হান্নরকই “চীং কামিন্নখিবদি করিসু কায়দে খল্লি অদুবু মহাক হল্লকখিসনু খংনিদনা অদুম্না মবুং মোপ্পাবু উশিত্তবদি ইনেদা শেংনা তম্মুসে, হঙোইগন্নুসে ইবুংঙো”।

“ইনে হায়দুনা কান্নদে ঐহাকপুদি করিসু থোক্লদে ম্নুংঙাই-তদুনা হায়বিবনি চৎলগে। নচান্নুপীবু মিত্তা-উশিত্তবা তৌহনগন্নু”। রাহৈ অসিগা লোয়ননা অশিংনবা শক্তমগা লোয়ননা ইবেহলগী মনাক্তগী চৎখ্রে।

শোল্লবীসে হায়রম্লিবা রাহৈশিংদুবু চমমননা খলহৌই। মুপাদুগী মতৌবু খঙদবসু নত্তে। অদুম ওইনমক থাজবা য়াত্রা নত্রগা য়াদত্রা হায়না থন্দুনা মচাবু য়ুমদা হল্লকপা ঙাইজখি।

শোমদনা লৈমহল অমদি ইবোয়াইমা “লাইশঙ” মন্নুংদা চঙদুনা থৌজাল লৌরদুনা লৈ-পরেং অমমম শিরদুনা লাইবক্তা লৈশেঙ নম্নদুনা থোরক্লে। অদুমক নিংথিজে মখোয়নিসু। মাংথানা চংখ্রিবা মরুপ অনিবু ঙাইহাক মফম অদুদা থিজরে। থিবা ফং-দ্রবদা খল্লক্লে, “মখোই ঐখোইবু থিবা ফংদ্রদুনা খল্লোং য়োরম্বা তারে। মখোইবু থিরুসি হায়নরদুনা খল্লোং তম্না কাথংলক্লে। খল্লোং য়োবগী লম্বীদি খুদোংথিবগী থিবা ঙাক্তনি। তুংইম্বদা রাজরবী মুজাগী খুজেং পায়রদুনা পুন্সিগী লম্বীদা লমজিংবিবগুম্না রাংলবা চীং লম্বী অসিদা চৎপা হৌরক্লে। মুজাসে চৎপদা রার-দুনা “রামল্লে হল্লসি হায়গে খঞ্জে। অদুবু মাঙখ্রিবা মরুপ-লোইশিংদো ফংদবনিনা রারসু রানা অদুম চৎচরি। রারবা মতম-

সিদা মশানৌদা চিক্লা পাওহংজরকই, "লৈরাংগী লৈকাদা পক্লিব অদুগুম্বা শেংলবা লৈরিকপু পামজদুনা পাইরকইবা খোইমু মাবু করম্বা লৈরাংনা লৈহি চুপহলখিদবা য়াওখ্রিবা ?

পামজে পাখঙ ওইবা মপোকসে, মুজা ওইবী নখোইগী অশেংবা থম্মোই'দুবু"। "হৌনশানি ওইজখিরবা খোইমুশিংগী তুক্কচরবা শজংনা লৈরাংশিংগী লৈকাদা ঙংলবা করম্বা শিঙেল লৈরাংনা লৈহি চুপহলখিদবা য়াওরিরোই, মুজা ওইবী থম্মোইসে পাখঙ কাদা শিন্নজরি পাখঙ থম্মোইতা লেপ্লৌয়ু।

"পাখঙ ঐদি নহাকপু থরাইদগীসু হেন্না পাম্মুজে। ঐহাক্লা নহাকপু থাদোকপদি মপোক অসিমগী ওইথোক্লরোই। খঙহৌরসমু মাঙদা হৌরিবা পামেল উরেলশিংসিসু ঐনা নংবু কয়াগী মতিক মুংশিবা হায়বসে, তশেংবনি নোংমাই চীংজাওসিনা পাক্লবা ঈপাক ওইখ্রবসু, নঙবু ঐনা নিংজবদি লৈহৌরসমুকো, নোংথাংগুম লৈচিল্লক্কা। অদুগা মুজা ওইবী নখোইগী শেংনা খঞ্জরিবা থম্মোই-গী ওইরবা অরোম্বা খুদম অদো পাখঙ ঐহাকসু খঙজনিংইনে চান্নবী"।

"লৈহি পাম্বা খোইমুও ! অদুক তুক্কচরবা লমচং মুপা নখোই-গী ঙাইহাক্কী ওইবা মিহৌবনা লাংতক্লবা ৱাখলনা মুপী ওইবীশিংবু অৱেম্বদা মাংহম্বগনু, পাখঙগী নাক্তা লৈরবা মতমদুদা পাম্মু থম্মোই পেন্নবা পুকচেল শেংনা থৌগল তৌজগে"। "মতম পুম্বদা কাও-খ্ররোইকো চিংঙু মানা লেপ্পমক খঙবিরসমু পুকচেল চাওরবী মথোং কারকপগী ঈরাংবু ফাথবা ঙম্লবী মৈতৈ ইমাগী লেমজফম ওইরবী নহাপু ফংজবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি"। লেপ্পুনা

লাকলিবা শাবী-শানৌ অনিসে খল্লোং য়ৌজরে। খল্লোং য়ৌরবদা মুঙ্গাসে বামল্লদুনা উপাল অমগী মখোঙদা উরুম থুপ্লদুনা হুম্বাং হন্দোকচরি। চৈং কারকইবা মীওই কয়াস্থ খল্লোং য়ৌরবদদি অবাবা পোথানরি। মশানৌগী নাক্তা চঙদুনা পামেল উখা অদুদা কম্মির-দুনা অবাবা পোথাজরি। কয়াদা খোজালবিরিবা অইখং মপুনো।

লমশাং লাকপদা য়্যবধা মীওশিংবু ঈংলঃ উপালগী উরুম্না অবাবা কোকহল্লি। শাবী-শানৌ অনিগী অবাবা কোরুবা অমদি চোকথরবা মীওইশিংগী হকচাংবু তেকথংনবা লমজাও কোনগী মালংবা রাংলবা চৈংদোল তাম্না হুমগংলক্কুনা উরুম থুপচরিবা শাবী-শানৌ অনিগী হকচাং কয়াং থুংনা য়েরদুনা অয়িংবা পীরিরি। মখোইনিসু জিরি শিঙ্গলকইদা মালংবা য়েবদা মুংওাইরবা ইঙ্গিন্দা তাওরদুনা হয়াও-তয়াম্না লৈজরি। তাম্না লৈহৌরিবা চৈংখোঙ-লোমদা য়েংলুরদি হায়মিংঙাই লৈতনা ফজরবা চৈংশাশিং অদুদা মিংয়েংফম ওইনা থোক্লদুনা শাবী-শানৌ অনিগী থম্মোই হুন্নি।

চৈংদোলদগী য়েংলুরদা লাপমনখিবনা মিংয়েং বাংমা-লাম্না উখিদুনা শংবাররবা অতিয়াগী মচুদা তিল্লুরি। লবুক-লমহাং কয়াগী অথংবা মচুগা অমত্ত ওইনা তাম্না উরি। খ্বাই কৈথেলগী ফজরবা, মখোল নাইরা য়ুমশিং, ভম্পাক্তা তারিবা খুলশিং কয়াগী মতিক নিংথিরবা, চৈংথক অসিদগী উন্নি ময়েক শেংনা মৈতৈ লৈবাকী মফম অয়াম্বা শিন-থুংনা থেক্লা খোইনা চংলিবা লম্পী, য়েংলুরদা কয়াদা নিংথিরবা শাথেক ওইরিবা, লৈকাই-লৈকাইগী তৌবা অচৌবা ঈকোমূ উরি অদুমক পিকতক পিকতক্লা, তামগ্রবা চৈংশাংশিংগী ফজরবা মচু, পাক্লবা লবুক লমহাং কয়ানা খনগ্রগা

তারিবা খুলশিংগী শক্তম, চেল্লিবা তুরেলশিংগী ঈচেলগী শাথেক পুন্নমকসে য়েংবগী পেনবা লৈতনা নিংথিজরি।

চীংখোঙ মনাক্তা উরিবা য়ারল পাংকী লাইজদো মুমিংকী মশেক্তা য়ৈবদা শকয়েংমুংশেনগুম ইরং-লংনা ঙাল্লিবা অতুনা থোই-দোক হেন্দোক্লা ফজহল্লি। লোইবি-চীংশাং অসিদা তারিবা চীং-মীশিংগী শারিবা য়ুমশিংগী ফজবা শক্তম, তারিবা খুল অসি য়াম্না নাল্লি। য়ুমশিং অদো ফজরবা লৈতেং কয়া হাপ্লী। চীং-মীশিং অসিসু মওং নাইবা মমিং লৈবা মীবু তাইবং শেম্বা মপুনি হায়না নিংনদে। মীংনা উবা ফংদ্রবা অতুগুম্বা মপুদো নিংই, চীংথক্তা তারিবা খুলসিনা থোইনা হেন্না চীংবু ফজহল্লি। তমদা পাইবা চেক্লা কয়াসু হরাও মথোই কানা শান্নরি মালংগী তাম্বা তুংইন্না চীংদোল তান্না পাইথংলক্‌না চাররী অমুনবা উহৈ কয়াবু তময়াদগী শিংলকইবা মুংশিংলক্তা অবাবা ঙাইহাক পোত্থাতুনা চীংদোলদগী য়েংথখিবদা ওইরিবা পুক্লিং হুরবা শক্তম অতুবু ঙাইহাক য়েংজতুনা লৈরি। চীংখোঙদগী কাখংলকলিবা, কুমথ-খিবা মীওই কয়া-কয়াশিংসিগী মান্নদবা ফিজোলশিং অসিবু য়েংবদা শকমান্নদবা লৈরাং কয়া কয়ানা পরেং-পরেংনা মালংগী ঈপোমদা তনিক তনিক হাইতুনা লৈখোক্তা শান্নজবগুম নিংথিজরি।

য়েংখি-উখিবা খুদিংদা চীংদোলনা পনলোন শানা খনজিন্বা মহৌশাগী নিংথিরবা লৈতেংতনা থল্লবা মীনম্বা লৈত্রবা থাপী তরুক্লা থৌগল্লবা, অয়িং অশা চাং নাইরিবা লাইরৈবাক্‌স্বী মৈত্রবাক নংগী হৌরকফমদি লাইরৈবাক্তগী হেন্না মঙাল চাউই। মমল য়াম্ন-য়াম্নবা হী-য়াই চেল্লবা কয়ানা ঈশিংদা কোঙ্গোল তাউবগুমই।

লাইরেম্বা-লাইরেম্মা কয়াগী শান্নফম ওইরিবা নিংথিবা চীংদা চাওব্রবা উপাল উরেল কয়ানা লৈতেংলবী লাইগী লৈবাক্নুম্বী, মমিংদা ঙাইরবী মৈত্রবাকপু ঙাইহাক অৱাংবা চীংদোলদগী য়েংজরগা চোকথরুরবা হকচাং তেকখৎলক্নুনা মাঙখ্রিবা মীওইশিং অমুক থিবা হৌরক্লে। ফনা কুইনা থিরে অদুবু ফংবা কৌবা লৈথিদ্রে। মপাং কায়নরবা চেক্লাগুন শাবী-শানৌ অনিসে চীংদোলগী মিৎয়েং-শিং অদুবু য়েংন-য়েংন কুমথরক্লে। অঙাম লোক অদুনা থৱান-মৈচাক মপৈগুম কয়াদা ফজরিবা। য়েংবদদি মহৌশাগী খুৎশেম্মা খুদম ওইদুনা লাইগী লৈবাক্নী হায়্বদি খঙবা ঙম্লে। অদুবু অৱাবদি লাইগী লৈবাক নিংথিবা মফম অদো ফজবা ৱাঙাং, অচুম্বা লিচৎ, লিংজেল মান্নবা হোৎনবা কম্বা ইরৈবাক নিংবা অদুবু কাউদুনা ময়াই কাবা ঈরাংদা তাওদুনা ইরৈবাক্নী নিংতম্বা ঙাকপা ঙমদ্রবদি মমিংদা ঙাইহৌরগনি! অদুম্মক ওইদুনা চৎনবী লিচৎ-শিংসিবু কাউদ্রবদি ওইরকখিগনি অকম্বা পোকপী ইমা পোক্ল-ফমদো। মীনদি খুৱক হাংদনা চিল্লবা মীরক অসিদা মশাবী মাগী তুং ইম্বদা ৱাবনা তপ তাবা হায়্বদো য়োৱে। অদুম ওই-নমক মনাক্তা মথুইনা খোইদাজরবী য়াউরিবনিনা থোইদোক্লা অৱাবা খঙলমদে।



# ৭—য়ারল পাঙ্গা তোনুরেম্বী

অস্নুম তৌনা মখোই অনি অমনা অমগী উরুম ওইনরহুনা অবাবা ঙাইহাক-ঙাইহাক কাওনরহুনা কুমথরকপনা ওম্ববা খুদোং-থীরবা কয়া নাম্থোরক্তুনা উচিন-নাচিন্না চীংখোঙ য়োৗরক্লে।

অয়ুক অঙন্নবদগী ময়ুম-ময়ুমদগী থোক্লরকপনা মতমস্থ থেংলক্লে। মুম্মিদাংবাইগী মতম য়োৗরক্লকাওবদা মখোইদি থেংনখিদ্রে। মুংশা থীবা অমস্থ য়াওরক্লে। করি তৌগ্রবনো হায়না মওন-মওন খন্নরক্লে। থবাই য়ানা য়াঙ্গবশিং অতুবু থিজরিদৈদা লাইবক ফবদগী ইবোহলগা থেংনরবসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা মুংঙাইজরি। ইবোহলগী মফমদা ইবোচৌবহোইগী মরমদা খঙহল্লক্লি। মহাক্কী বা তাবদা ইবোহলস্থ মাংখ্রবুশিংবু খ্রিবা য়াওজরি। মতম্না থেং-লক্লবা অসিদদি লৈনহলবু ময়ুমদা থিনজিস্নীরম্লে।

খন্নবদদি ইবোচৌখোইনা লৈরমগদবা মফমসি য়ারল পাং-লোমদা নত্তনদি অতে অমরোমদা নাথৈরম্নরোই হায়না খন্নরহুনা মখোইনিস্থ য়ারল পাং তম্না থোঙশক্লে।

শোমদদি মখোই অনিদি নহা ওইবগী ঈথক্তা তাওরন্তুনা লৈখিবনা মতম থেংজিল্লক্লে হায়বা থোইনা খল্লুদে। খা-পাংনা শন্দোকখ্রিবা য়্যারল পাৎকী ঈপাক্তা তারমদাইগী মুমিৎনা য়ৈবদা কয়াগী মতিক ফজরিবা! তারমদাই মুমিৎকী সনা অহিংবা মচু মাল্লবা মঙালনা লুরবা লাইজদা য়ৈরুরগা ঈশিংদগী থক্তোরকপা মশেক্লা মুজা-পাখঙ অনিদা য়ৈররি। তময়াগী মুংশিং নামিবা লিরি হুম্মা শিংলকপনা তারমদাই মুমিৎ মঙালনা য়ৈরিবা লাইজদা থেংলুহ্না ঈথক-ইপোমহৌনা তনিক-তনিক হরাও তয়াম্মা শাবী-শানৌ অনিগী মুংঙাইবদা শরুক য়াররি।

হাইথরক্লিবা লোইবি চীংগী চীংমাইদা য়েম্লিং থাগী পাৎকী পাৎয়া চীংথোঙদা লৈশক খঙদবা লৈরাং কয়াস্থ লৈশাৎ তম্লি। পাৎকী মথা থংবা শরুক্তা ফৌনানা মালংগী ঈপোমদা জগোই শাবগুম্মা "কোম্বিরৈ" কৌবী লৈরাংনা লাইজ ইপাল লাংনা শাৎলি। কোম্বিরৈগী মুনা শংলবা লৈরাংগী লৈনালক্তা মালংনা লিরি হুম্নকপদা মালংগী ঈপোমদা হাইনা হুম্মা শাৎচবা অউবা কনাগী পুক্লিং মুংঙোল্লোইদ্রগে! কোম্বিরৈগী লৈশাৎ তাবু উরুবা কনাগী, কৈদৌমুংদস্থ লৈরাং মহাকপু কাওবা ঙম্লোই। পাৎয়াইদগী মাইকৈ খুদিং য়েংখিবদা খা-রাং মনাংদা উরিবা পাংয়াদা হৌবা উপাল মচা-মচানা চীংগী উপাল কয়াগা অস্থম অস্থম ঈথক্লা তাংথক-ইপোম নাইবগুম লোইরোই লোইরোই রাংখৎখ্রি।

মীওইবগী পুক্লিংদি অমগা অমগা মাল্লদ্রবস্থ "মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী" পুকচেলদি খেন্নদে অমগা অনগা চপ মান্নৈ। কনাদস্থ করিদস্থ মীনমদে। ঈয়াই য়ৌরক্লবদা নৌ অহু হিন্নুংদা থম্লগা

হিহোনবা লেপ্লহুনা মশানৌবু মুন্না য়েংলহুনা হায়রকই। "য়েংউ চান্নবী পাক্লবা ঈপাক অসিনা ঈপোম হৌহুনা লৈজরিবা অমদি চেক্লা কয়ানা শান্নজরিবসে নিংথিজজ্রা। অমকপা ম্যাংদ্রবা মখোই-শিংসিগী মরক্তা তিন্নিংদ্রনে"? হংলক্লিবা ম্রাহংগী পাংথুম পীবগী মহুত্তা নোকমি নোকমি তৌরহুনা লৈজরি। মুজাগী নোকনিবা মাইথোংনা শুমহৎখিহুনা খঙহৌদনা মথামুংদা কোল্লহুনা হায়রকই। "নিংথিরবী ঐহাক নহাকপু কদৌঙৈদা থাদোক্লরোই. নহাকসে ঐগী ওইগ্রবনে। নঙদি ঐবু মুংশিদরা"? মতৌদা অস্রুম্না হায়রকই "ঐনা নঙবু মুংশিদ্রবদি অসি তাম্না লাকমিন্নখিগদ্রনে?

শে নৌসে পায়খৎলো, থেংগুনি হন্নবা তৌরসি। ঐখোয়গী মতৌদা ওইরমানে তারমদাইগী মুমিৎসে লৈচিল মরুমদা মমাই লোৎচরিবসে উদ্রনে। "অচিকপদা হৈনরবা শাবী-শানৌগী পুন্সিনি মহৌশা লাইরেম্বীনা মুংশিবগী মঙম হাপ্লিদো। ঐখোই অনিগী মুংশিবসিসু ঙসিগী শেংলবা ঈপাক-ঈয়াই মহৌশাগী নিংথিরবা ম্রিৎয়েংনা লৈতেংলিবা শক্তমশিংসিনা কাংদ্রমলোইদবগী খুদম্নি। ঙসি পুন্না লৈমিন্নবগুম পুন্না হিংমিন্নসিকো" মুজাসু মশাবী মঙোন্দা ওইনন্থহুনা হায়রকই, "হন্নসিনে য়ুমদা পোম্বী চেক্লা কম্নাসু মহুম মাইকৈ পাংনম্নে। তারমদাইগী মুমিৎসু তঙক তঙক মমাই ইঙাং-ঙাংনা য়েংলহুনা থেংলে হল্লো অমম্বা কৌবী লাইরেম্বী লাক্লগনি হায়না পাওজেল্লক্লে; পাইখৎলো নৌরেলসে" মশানৌনা হায়বসি ইন্দবা ঙমদ্রহুনা থুত্তা নৌ পান্নখৎলহুনা মখ্যা থংবা নাকল্লোমদা হি অহু হোনগৎলক্লি। অচিকপদা হৈনরবা শাবী-শানৌশিংগী পুন্সিনি। অচিকপা মকপু থিহুনা শাবী-শানৌ ওইবা পুন্সিদা

মতম ঙাইহাক্তং মাংহন্দনা থম্মোইনুংগী ৱারী শান্নদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লে।

মতৌদুদা পাত্তা তাবা চেক্লা কয়ানা লাক্লা-লাক্লা মখৌ পোন্তুনা খোংলদুনা লক্লরি। ঙাম্নু থঙ্গোংশিংনা মখোই অনিগী মতৌদা পাৎকী মথক্তা অহাংবা মালংদা মশা ফন্দোক্লদুনা কল্লক্লা য়েংদুনা মালং ইপোমদা শাল্লদুনা লৈজরি। লেপ্তুনা হোল্লক্লিবা নৌগী তাম্বানা ঈশিংদা জম-জম লাগুনা হোল্লক্তুনা পাৎ মপান য়োৎরে। মথা থংবা পাংয়াদা অশংবা লৈনা লক্তা শাৎলিবা কোম্বিরৈ কৌবী লৈরাংনা মালং শাহুম লাকপদা লৈরাং মাইথোং হাইদোক্লদুনা মোমোন নোক্লদুনা কৌশিল্লকই। মতম কুইনা য়ারল পাত্তা তাইবং কনাগা তিন্নন্দনা লৈশাৎ তম্লকইবী কোম্বিরৈনা শাবী শানৌ অনিবু উক্লবমক্তদা "বোরজাগুবা অমদি মাইমু পেমচা নিংশিংলক্তুনা কৌজখিবনি। কোম্বিরৈনা পেমচাগী মপাঙবু তানিং-বনা লাংতক্লনা লৈরিবদো উক্লবদা হেকনিংবগা লোয়ননা শাৎ-লিবা লৈরাং অমা হেক্লদুনা হায়রকই "ল্লেংউ! মোমোন হায়নোক তৌরদুনা শাৎলিবী নুরা মাইনু পেমচাগী থম্মোইবু নুংঙোলহনখিবি রাশক লৈরাংনি, শায়োন লৈরাংসে ঙসিসু নুরা মাগী মপাঙবু ঙাইরদুনা শাৎলমইবসে নিংখিজদ্রনে" ?

রাহৈ অসিগা লোয়ননা লৈরাং অদুবু মশাবীদা পীজরকই। লৈরাং অদো লৌরগা মনম নমদুনা হান্নরকই, "য়েন্নিং থাগী মতমদা শাৎপা লৈরাং লক্তগী অখোইবীনি। থম্মোই হুনবগী মশক ওইরবা কোম্বিরৈগী মুংশিরবা লৈনম্মা মাইমু পেমচাগী থম্মোই হুখিবদু

নত্তুনা নংগী ঐগী থম্মোইস্তু শুমহৎখ্রেনে। ঐখোই অনিগী নুংশি ৱাশকসে লৈরাংসিনা খংহৌরশনু"।

ভসিদি য়ারল পাৎসে ভমখৈ লৈতনা হরাও মথোই কারে। লৈরাং কয়া কয়ানা লৈনালক্তা হাইনা হুমা মোমোন নোকচরতুনা শাবী-শানৌ অনিগী মতৌ য়েংলি। কোম্বিরৈ কোবী লৈরাংস্তু নোক্ল-নোক্লা লৈনালক্তগী মখোইনিবু লক্লবা হৌরক্লি। নুজাগী অতুক হরাও-নুংঙাইজরম্বদো লৈরাংগী মতৌ য়েংলুরগা করিগুম্বা অমা নিংশিংলক্কুনা মশাবীদা মাইথোং ঈনক মক্লা হায়রকই। "য়েংউনে লৈরাংসিনা ঐখোইবু লক্লরিবসে উরগা ঐহাক্কী পুক্লিংসে লৈতাবা ভমলক্লেনে। ঐহাক্কী পুন্সিদি চীংখোঙ চীংয়াদা চাওজবীনি পু-পাং শুদবী ননাওনি। নহাক্লা ঐবু নুরা পেমচাগী তাখিবা অৱাবা চৈনা অতুগুম্বদি ফংহনবিগনুকো" মপি ঈরা চেল্লতুনা মশা-বীবু য়েংলতুনা লৈজরকই। থম্মোই শেংনা নুংশিরুবনা নুজাগী মতৌ অতুদা থম্মোই শোক্লা হায়রকই "করিগী অতুক ৱাখল পিক্লি"? পেমচাগী ৱাখলদা কণ্ডাওননা পুন্সি লোমখিবা পোথাফম খণ্ডখিদ্রবা বোরাজাওগী পুন্সিস্তু তাহলগুমসি। ঐখোইনিদি পেমচাগী পুন্সিস্তু ওইহনগুমসি। নুংঙাইরবা তাইবং মালেমসিদা নুজা-পাখঙ অৱাবা কয়া কাওনতুনা হিংমিন্নসিকো" হান্নরতুনা নুংশিবা উৎলতুনা থেমজিনজরি। শাবী-শানৌ অসিনা অৱা নুংঙাই ঈপাক্তা পুন্সিগী ৱারী কয়া ফোংদোক্লরি। মুমিদাংৱাইগী মতমসিদা চেক্লাচা কন্নানা হরাও মথোই কারতুনা চেন চোংনা অমনা অমুক ভান অমনা অমুক পাই তৌতুনা শান্নরিবা চেক্লাশিং অতুগী মতৌদা মখোইনিস্তু মতৌ তম্নতুনা কোম্বিরৈ মরক্তা চেন-চোংতুনা শান্নরি।

মুজা পাখণ্ড অনিনা ময়ুম মাইকৈ পাংখ্রবদা পাত্তা তারম্বা চেক্লা কয়াস্থ মহুম মাইকৈরোমদা হুন্নখ্রে। ঈম্নাইদা শাৎহৌবা থম্বাল কোরৌ মশেক শামখ্রবদা পাইখ্রিবা খোইমুশিংগী মাইকৈ য়েংহুনা অৱাবা ৱাখলনা লৈরাং লৈনাদো পৎথজহৌই। ঈয়াইগী থা রকথা কোরৌ মঙাল শাম্লক্লবদা হৱাগুহৌই। মুমিদাংৱাই ওই-ৱক্লবদা তারমদাই মুমিৎকী সনা অহিংবগী মচুবু ঙনজরবা অতিয়াদা ঙাম্নু থঙ্গোংনা পরেং-পরেং পাইখ্রিবদো কয়াদা পুক্লিং শুনহৎলিবা। মুজা পাখণ্ড অনিস্থ চৎখ্রবদা ম্বারল পাং অসি পুমচিক চিকহোরে। অসিগুম্নবা চিকহৌরবা মতমসিদা লৈরাং কয়াস্থ তামখ্রবা খোইমু কয়াগী মাইকৈ য়েংহৌ-য়েংহৌহুনা অৱা ঈপাক্তা লুপহোরি। কোম্বিরৈ না মুজা পাখণ্ড অনিনা চংখিবা অহুবু মুম্না ৱেংলহুনা মাইথোংদা অৱাবা উৎপগুম মিৎলুদা পিরাং ঈংহৌননা লৈনারক্ত তারমদাইগী নুমিৎনা লোইবি চৌংগী মরুমদা হাইথখিবগা লোয়ননা লৈরাং মাইথোং লোৎখ্রে। য়াচংবগী মতম অসিদা পাত্তা চাক্তবী ঙাম্নু থঙ্গোংশিংনা তঙাংলবা অতিয়াদা পাইখ্রিবা শাথপ তুং ইন্না ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লি। ঙসিগী শাবী-শানৌ অনিসিবু উরুরগা করিগী কোম্বিরৈনা অৱাবা ঈপাক্তা তিল্লিবনো? হৌখিবা শাবী-শানৌ অনিগী থোদোকপু নিংশিংলুরগা ৱাদবা ঙমখিদে কোম্বিরৈনা মুজা মখোইগীদমক। ভশেংবনি হৌখিবা মুজা পাখণ্ড অনিনা ওইখিবা শক্তম অহুগা মখোইনিগী পুন্সিনা করি তম্লিগবা? তারমদাইগী মুমিৎনা ময়ুম চঙখ্রবদা মশাবী মাগী মফমদা কায়না-ৱাহৈ লৌর-হুনা ময়ুমদা পোম্বিগুম, পাম্মু মাগা মুংঙাই ঈপাক্তা তিনমিল্লখিবা ৱাখল অহুনা মাঙ-থারহুনা চঙলকই। মচাবু ঙাইরম্লিবা মমাই-

বেম্মা মচাবু মনাক্তা কৌশিল্লহুনা হায়রকই। "ইমাগী ইবেম্মা ইমাগী নাক্তা চঙলকউ ইমা ৱা হায়গে" ঙসাই মথৈ হরাও মথোই কাজরম্বা পুম্বা মমাইবেম্মাগী ন্নুংঙাইতবা মাইথোং উরুবদা ন্নুংঙাইবা পুম্নমক মাঙলহুনা "করি ওইরবনো ইমা"? হায়না পাওখুমজরকই। "নহাক চাওভলনা হায়রম্লিবসে চুম্ব্রা? করি তৌরুরে মাগী মাঙদা"- অমুক্তা তাখিদ্রিবা মমাগী ৱাঙাং অসিদা "ইমা ঐবু করি তৌরে হায়বা, কনানা করিবু হায়রম্লগে ঐহাকপু"? মচাগী মাইথোং য়েংলহুনা হায়রকই "নোক্পা চাওরবা খুন্নাইনি, নহাক্তি নিঙোল ওইবী মপোক্নি. অহুম্লবা লমচৎ নহা ওইবগী ইরাংনা মুপী ওইবীগী মথোৎ কারক্লিবী নখোইবু কয়ামুক অমাঙবদা চিংশিল্লি হায়বদো খঙদ্রমানে"। "ইমা ঐহাক্কী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রেনে অমুক্তা তাকপিয়ু নচাদা" মপি ঈরা চেল্লহুনা মমাদা খঙনিংনা হংজরি। "ইমাগী ইবেম্মা ইমা হায়গে তাওকো মীনা করি ঙাংনরি হায়বদো মমা ওইবশিংনা মচাগী ফত্তববু য়েংহুনা লৈবা ঙম্বা হৌনদে। মচাগী মাঙননবা শীম্বা হৌনদে, নহ-ক্না ইম্ফালগী মীশিংগা তিন্নরিবদো লাপথোকনোকো"।

ইমা ! হান্নমা হায়জহুনা মিৎলুদা পিরাংগা লোয়ননা মমাবু য়েংজবদগী হেন্না করিস্ত্র ঙমজখিদে। মচাবু য়েংহুনা মখা তারকই "মখোইশিংহুদি অৱাংবা থাক্কী মীওইনি, খুঙ্গংদা পোকপী চীংয়াদা চাওবী নহাকপু মহাক্না খৰীরমগদ্রা ? হয়েং মতম অহুদা নহাক্কী নিংঙমদবা ওইরকপা য়াই। নংগী পুন্সিদা নোক্ক-চাওরবা মীয়াম-সিগী মাঙদা মাই কিক্কক খুম্বা ওইনা থোক্কনি"।

মমানা ঙাং-শক্লিবা অহুগী পাওখুম পীবা ঙম্বগী পাংগল

লৈখিদ্রে। লৈখোক্তগী কেল্লবা থম্বালনা ঈমাইদা তাওবগুম মিংলু শিরাংলক্তা অৱাবা মাইথোংনা করিগুম্বা অমত্তা হায়দোকপা ঙমদনা লৈজরক্লে। করিগীদমক লৈমায়ানগা, থুঙ্গংগা অনিসিবু মীওইবী রাখলদা অস্তুক খেৎননা খন্নরিবনো। তশেংবদি মসি রাখল লৈতবা লৈবাক মচা তাদবা মীওইশিংগী রাখলদা অমনা অমবু হন্থনা য়েংনবনি। থাপ্লবা চীংনুংগী ঙমথিরবা লোকুংদা শাং-লম্বা লৈরাং অতুবু লৈনম চেল্লমলোইদবগী রাফম করিস্ত লৈতে। নুংশিবগী লিচিংনা পুনথ্রবা মশাবীগী থম্মোই অতুনদি মশানৌদি অনিত্তবা থরাইগুম পাম্মুজরমগনি।

অমত্ত পোকচবী পোকপদগী নুংঙাইবা ফংলক্রবী মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রতুনা থেম্নতুনা ইমুংদা চঙমিন্নথি। মমাগী রাহৈশিং অতুনা মুজাগী থম্মোই লৈতাবা ঙমহনখিদে। তারিবা পাও অতুনা থম্মোইদা অৱাবা পীরি। অমদি মিহৌচাওবতুগী শক্তম অতুবু নিংশিং নিংশিংলুরগা থোইদোক্লা থম্মোইদা নিংঙয়ক্রি। কনা লৈতে হায়না তুহৎপগুম ঙাংলম্বা রাঙাংদগী মচাবু মমিত্তগী মপি তাহ-ল্লিবনি হায়না খল্লুরগা থম্মোই পুবা ঙমদ্রতুনা হিক্লা-হিক্লা কপলকই। মচাবু পিক্লিবা তঙাংগী মতৌগুম কোম্বীরমুনা "ইমানা নঙবু ফহ-ম্লিংতুনা তৌবনি কপ্লগমু, ইমানা মহাক্কী রাহৈদা থাজরুরে। শে তোক্লোসে কপ্লগনু" হায়না মচাবু নাম্থবীরতুনা থেমজিনবিরি। কনা লৈজদ্রবী ইমুং অসিবু খুৎকল্লবা কনাগী থোহনসিন্দগী অৱাবা ঈপাক্তা লুপহন্নবা হৌরক্লে। লমগী চেক্লাগুম মনিংতম্মা শান্নজরম্বদো মিহৌ চাওরবা তাইবংগী কল্লক য়েংখিবশিংগী মিৎয়েংদা নোংমা নোংমগী অপনবা ওইরক্লি। লাংদা থুরবা চেক্লাগুম মনিং তৌনা লৈজবা ঙমখিদ্রে। পুম্সিগী মুংঙাই রাখল পুম্বা ঙহাক্কী মনুংদা তথথীরবা ঈরোম্নুংদা লুপখিবগুম্নে। ●

# ৮—য়েন্নিং থানা লোইখ্রবদা

য়েন্নিংথাগী ঈংলবা মতম লোইখ্রে। য়েন্নিংথানা চংখ্রবদা মাল্লেম পুম্বসে ঈংলবা শক্তম্ু নিংশিংহনা থম্মোইদা নিংঙমদবা লাক্করি। য়েন্নিংথাগী মতমদা য়েন্নিং হুনখিবা নৌরবা মম্লোল খুদিং-মকপু নৈহৎলগে মতৌগুম লৈশাং তমখিবা লৈরাংশিংগী লৈকাগী লৈরিকপু চামথোক্লগে হায়দুনা কুমগী নোংহৌ লাক্কুনা মালেম পুম্বসে শিন্দুংনা অকম্বা নোংজু চুরিদো, কুমগী নোংজুনা শেংদোক্লবা মালেম, চামথোক্লবা লৈরাংশিংগী নৌরবা লৈনা, অনৌবা লৈম্লোন কয়াশিংসি ফজনা ঊরিদো। হৈরাংগী নিংথিবা, লৈরাংগী ফজবা, উপাল, ঋাপাল, পুমলং লংলে। অমম্বা অহিংগী লোইখিদুনা অঙানবা ভাইবং লাকপগুমলে। লৈচিল নোংফাইনা কুপ্লম্বা অতিয়া-দো শেংদোকখিদুনা শংবান্নবা অতিয়া মকোইসে পাইরিদো অহিংবা ময়াইঙং মচুগী লৈচিলনা অমোৎপা পক্ত্রবা অমকপা লৈত্রবা মুমিৎকী মঙালনা লৈতেংলি। উপাল-ঋাপালশিংনা মালং ঈপোমদা

চেন-চোংতুনা শান্নরিবা অঙাংগী মতৌগুম মুংঙাইরি। য়েন্নিংথাগী মতমদা হরাওনা মথোয় কাজখিবা পুম্বা য়েন্নিংথাগী মতমদো লোই-খিবগা লোয়ননা ৱাখলগী অনাবা পোক্লক্লি।

মথোৎ কারকপগী মতমদা ফাথবা ঙমহৌদ্রবা ৱাখলনা অৱা-ইপাক্তা লুকদৌরিব্রা? মশাবীন লাক্কনি হায়রকপা মুমিৎ অসি ঙসিনি। মশাবীবু ঙাইজরিবা মহাক্কী মতৌদা নোংপোক লোমদগী থোরকইবা থাজনা য়েংতুনা লৈবা ঙমদ্রতুনা লৈচিল মরুমদা চঙতুনা লৈখিবনা মহাক্কা তশেংনা মাইয়োক্লতুনা লৈজবা ঙমজদ্রি। হে! মহৌশা লাইরেম্বী নঙনা তাইবংগীদমক ৱাজবসে ওন্থোক্লা ৱাবিদকো। শাবী-শানৈগী কায়নবগী তেংথাবসু নহাক হেক্তা ময়া ওই। মুংঙাইবসু নঙ হেক ময়াওই। মহৌশা কৌবী নখোইসে তাইবংগীদমক লৈরম্বা ওইরেকো। নুজাদো ঈক্কোম মপালদা অমুক চৎ, স্নমাংদা অমুক লাক হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা কয়াদা ৱানা ঙাইজরিবনো? ৱাজরবী মতৌদা শাৎলিবা লৈরাং কয়াসু তুমিন-তুমিন লৈ। অৱাবা উরগা নুংঙাইবা ঙম্বসে মহৌশাগী খুৎশেমদা লৈতে। শিৎলিবা মালংবা মাসু অৱাবসে য়েংবা ঙমদ্রতুনা কনাগী মফমদা তম্নরমানে। থাবুংগী হুম্নি কোম্বা থাজনা মপুং ফানা অতিয়াদা ফুগাইনা শাৎলবা থম্বালগুম ঙাল্লিবা, ঈংলবা মঙাল মরকসিদা নাশোল পিক্লা মশানৌ মাগী নাক্তা চঙজরকই। ৱানা ঙাইজরম্লিবী নুজাসে মশাবী মানা লাক্লবদা ওইনজরকই "ৱাজরমগনি হায়বসে খঙবিদবনি হায়বা" "লৈরাং ওইবী হৌনশা ওইনজবী নহোয়বু কৈদৌরগে ওৎলগনু থম্মোইসে। নোংমতবু উহৌদবদা লৈঙমদে থৱাইসে। "অতুনরা অসুক কুইনা লাকপিদবসে।

"শাণ্ডরগনুসে, নঙনা ইনাক্তা লৈরগা নুংঙাইতবা উৎপসে ঐহাক নুংঙাইজদে। হৌজিকপু ঐখোই অনি করম তৌসি হায়রিবনো"? হায়দোকপা ঙমদনা নুজাদো লৈজরি। পাখংতুনা মশানৌবু খুংশন্নতুনা ঈকোম মপাল তান্না লাক্তুনা ফম্মিন্নরগা ঈকোম লাইজদা তারিবা থাবল মঙাল অতুবু য়েংমিন্নতুনা লৈরি। নোংজু পান্থা লোইখিবা কুইদ্রিবনা ঈকোমস্থু ঈশিংনা পিক থন্না লৈরি। ঈকোম মপালদা ঈচিক লাংনা শাৎচবী কবোকলৈস্থু নুজা পাখঙ অনিবু মমিং কুপ্তুনা অশংবা লৈনা লক্তগী অঙৌবা মাইথোং হাইদোক্তুনা য়েংজরক্লি। লৈনম চাউবী কবোকলৈনি। লোইবি চীংগী নাপোমদা হৌবী শিংঙেল উথম্বালস্থু ঈকোম মপালদস্থু হৌরি। কবোক্লৈদি লৈশাং তম্লিরঙৈদনা মনম মপুং ফাদে। লৈরাংনা লৈশাং তম্বা লোইরগা ফুগাইনা শাৎলিবা লৈনশিংনা খুইথর-ক্লবদা লৈনম মাঙদবীনি। লৈরাং অতৈগা মান্নদবী কুমগী নোং-লক্তা নোংজু ঈশৈ চংলতুনা লাইজ ঈপাল লাংনা শাৎচবীনি। ঈরোম্নুংদা মমল য়াম্নবা কয়া লৈবগুম্না, পিক্লবা লমদমসিদস্থু করিস্থু অরাৎপা লৈতে। ঙৌর মাইথোংনা অশংবা লৈনা লক্তা হাইনা হুম্না মালং চিলোক্লনা কবোক্লৈ কৌবী লৈরাং, চিক্লবা লমদম অসিদা শাৎলি।

হে! চনুরা ওইবী নখোইসে পাইমা রাখল থেনগনু। নশাগীত য়েংতুনা খুন্নাই অমদি ফুরুপকী করিমত্তা য়েংদ্রবরনে? ঙৈহাক্কী হৌরকপা রাখল অতুনা তুংগী অফবা ওইগনি খল্লুগনু। নিঙোলগী পুন্সি লুবনি, খন্থনা থবক তৌবনা অফবা ওইগনি। খুদোংচাবা লৌনিংবা তাইবংগী থম্মোইনি, অশেংবা মুংশিবদি

অতাণ্ডবনি। নুপা হায়বশিস্থ নুপীগী মফমদদি ওইদবা কয়ানা অওইবা শাহুনা থাজহনবনা কোঙ্গাইনি। নিঙোল হায়বসিদি মীওই ফুরুপকী ফিদমুফম্নি। নহাকস্থ নিঙোলনি ব্রাখল খরা খন্থৌ শুক্লবা চীংজাওশিংনা মমল য়াম্নবা উ কয়া লোৎচবগুম নঙস্থ কনা খঙহন-উহন্দনা লোৎলিবা নুংশিবদো ঈশিংগী ঈচেলনা পুথ-রক্কুনা খঙলকপগুম, মতমগী ঈচেলনা খঙলক্কিখৈদা খঞ্জহৌ। নুজাসিবু ব্রাখল থেঙ্বিনী হায়শিরা? মতু ওইথোক্লোই, মরমদি পাখংসিনা মহাকপু তশেংনা নুংশি, লোয়ননা চংনবীগী মতুংইন্না মখোই'নিগী মরক্তা লৌনবা য়াদবা মরম লৈতে। ফত্তবা চিঙ্গাক চারগা ফত্তবা ঈ ওইরকই, ঈ শেংহন্দে। ঈ না শেংলক-ফলক্ক্র-বদি ব্রাখলস্থ ফংলক্তে। মখোইনিদি শাগৈ নাতৈ মশক খঙদবা নত্তে।

মশানৌগী মতৌদা "নঙনা হায়দোকপা ঙমদ্রিবদো অতুগী-দমক্কি ঐহাক্না লাকইবসে"! মশাবীগী ব্রা তাবদা মপুক্লিংগী ব্রাখল ফোংদোরকই "চুম্মী; ঐহাক মমা অমা ওইবগী ফিবমদা লৈরবনি" নঙগী ঐগী নুংশিবা অসিনা থুম্নাইসিগী হৌরকইবা নহারোলশিংগী মাঙনবা ওইরগদ্রনে নুংশিববু হুনি খল্লবদি নক্লবা, তিম্নবগী কান্নবদি লৈরৱোই"।

"নহাক্কি লাঞ্জদ্রবী হৌজিক ঐহাক লাক্লবনি চিংনবা পুন্থা থাদোক্লো। নহাকপু মফম খঙনা ইমা অমদি পাবুংগী মফমদা শিন্নগনি, অতুগনে চান্নবী ঐহাক্না হায়খিবা পাবুংগী হকচাং ফত্তে লাইয়েংবা চংকনি হায়বদো, চংপীনবা কনাস্থ লৈতে ঐহাক্না চংপা তাবনি। পাবুং লায়েংবা চংত্রিঙৈদা অরেপ্পা অমা খঙহল্লগে চংলসি, অসি হায়তুনা থুংশম্নগা পুতুনা চংখ্রি ●

# ৯—"করম্বা নোংদম্নো"

"অমম্বা অনিগী মরক্তা লৈবা তুংদা করি থোক্লগদগে খঙদবা মীওইবগী পুন্সি," মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হাম্নবতুনি। ইবোয়াইমগী মপাবুং মতম শাংনা শোন্দুনা লৈরকপনা, অনাবা হেঞ্জিল্লক্কনা পুন্সি তেনখরে। অসিগুম্বা মঙগুম্বা থৌদোক অসিনা তাইবং ফাওরক্লবদা নিঙলম্বা ৱাখল খরদি কায়দবা নত্তে। পুন্সিগী লম্বীদা খুদি থীবা, খোঙফম নামতং শোয়খিবদা পুন্সিগী মমল ময়েং তাদবা নত্তে। ফুইনা হৌরকপা ইঙাগী নোংহৌনা মংলক্কনা থাবলগী মঙালবু কুপশিনখিবগুম শাগৎচরম্বা পুম্নমক ঙাইহাক্কী মন্নুংদা ইমুংগী অৱাবনা কুপশিনখ্রি।

ইবোচৌবদি, মরুপকী ওইরিবা ফিবম খঙদবনা মশানৌবু পুরক্কনা চঙলক্লি: ইবোয়াইমসু মপাগী পোৎলোইবা লোইরতুনা ইমুংগী অচিকপা কা অমদা ফমতুনা পুন্সিগী থৌদোক কয়াবু নিংশিংতুনা অমদি তুংগী পুন্সিবু লমুক্লরি। ঙসিগী হোংলম্বা মতৌদুদা করি

থোক্লবনো খঞ্জাননা পাক হেক চঙশিনবা ঙম্লমদে। লাক্লিবা ফিবমতু খঙবদগী মুংঙাইতবা কয়াতু লোৎশিন্দুনা তরাম্না ওক্লতুনা করি করম তৌসিগে হায়না রাতানরি। থোদোক'সিনা মরম ওইতুনা পন্থবদা খুদোং চারোইদবনা অতোপ্পা অমগী য়ুমদা অহিংসিমদি পন্ননবা, অরাবা কয়াবু থাদোক্তুনা হোৎনরি : "সনাইনবী" মচাগী পাও তাবদা হরাওগদ্রা নত্রগা রাগদ্রা? হয়েংদা ঙায়রে চৎকদবা, তাল্লকসিদা নংহৌররোই মতাগুম মীগী মচাম্নুপী অমা পুরক্লে। অতুম ওইনমক মচাগী থম্মোই খঙদোক্লগা লুহোংনবা খল্লরি। অদুবু নিঙোলদি মমা অমা ওইবগী তাংকক নকশিনখিবনা লুহোংবামক্তি তোক্লে। অস্থম্না মশানৌগী লৈকাই মীনোক কল্লম্লগা, মপা, ইবুংঙোগী লায়েংউনবগীদমক মপাবুংগা লোয়ননা চৎখি। লৈহৌরিবা অনিস্থ চৎখিবশিং অতুগীদমক থুংলৌ-পল্লৌবা থোক্তনা লায়েংলুরগা য়ুমদা অমুক হল্লক্লবা তাইবং মপুদা থৌনিজহৌই।

ইবোয়াইমদি করম তৌরি। পন্থৌ লৈত্রবা মতুংসিদদি নোংমা-নোংমাগী য়ুমগী লীচিংনা অকম্বা অমা ওইরক্লে। পীক্লিবা মনাওশিংগী থৌদাং-পুম্বা মথক্তা তারি। মনাওশিংবু মতিকচাবা মী অমমম ওইহৌনবা অমদি অপোকপী পলেম্থু খুয়া তুশিৎনা লৈম্বা, রাখল ময়ামসিনা মহাক্কী অকম্বা থবক অমা ওইরম্মী। মপাগী মহুৎ শিন্দুনা অহলনা তৌরম্লা থবক কয়া তৌরক্লে। লৈঙাক লোইশংগী থবক অমা ফংনবা থিবা হৌরক্লে। নোংম-নোংম হোংলকইব অহেম্বা তাম্নবগী ময়াইনা তৌফম খঙদবনা ইফক ফকচিল্লমই। করিগুম্বদা মনাওশিংগী মতৌ উরগদি অরাবা ঙাইহাক কোকচৈ। মহাক লাইরিক য়াম্না ফরকপা

মহৈরোই ওইরবস্নু থবক্কীদমক শেল পীজনবা অমদি রানোম মী লৈজদবনা ঙসি ফাওবদি থবক ফংদ্রি।

অস্নুম্না য়ুমগী থবক্না পুনখিবনা করিগুম্বা রাখল অমগী মতম ঙাইহাক ফাওবা ফংখিদে। য়ুমগী ফিবম ফংচিল্লক্রুদুনা মীরক তিম্বা ঙম্লক্রবদা ইনখৎলকপগী চহি মতাং ওইরবস্নু মহাক্কী য়েন্নিং-থাগী অয়ুক্তা শাৎলম্বী নিংজরুবা লৈরাং, থম্মোইন্নুংদা লৈশাৎ তমজরম্বী, নিংথিরবী অদুবু থম্মোই পেন্না লৈনম লৌজরুবা ঙমদ্রি। থম্মোইন্নুংদা শাৎপী লৈরাংনি তাইবং কনা খঙদনা অরাবা থম্মোই-মুংশিদা অদুম লৈমন চনগ্রসম্নু খল্লমানে। অস্নুম্না নোংমা ফাওবা মশানৌগী নাক্তা চৎখিদ্রে। মহাক্না মরাক্রবসিদদি মুজাদি করি খল্লমগনি ?



# ১০—"থম্মোই তিংখং"

চেম্থরকইবা ঈচেলদা ফত্ত-হৌথি কয়া তাওথরক্লি, ফজরবা লৈরাং কয়াস্থ মরু ফুক্কুনা, মুংজাও কয়ানচিংবস্থ পুথরক্লি। ঈচেলনা অওম্বা লমদম য়েংতুনা চেম্থখিবগুম মীওইবগী পুন্সি কয়াস্থ খুদোংচাবা য়েংতুনা চেনশিন্নৈ। লেপ্তুনা চৎলিবা মতমগী খোংচৎনা নোংমা নোংমা হৌখিবনা কুমজা কয়া হেনজিলক্লফাওবা মহাক্কী মরমদা মুজাদি করিগুম্বা ৱাহৈ অমা ফাওবা তাখিদ্রে। ওইদবনা অওই শাবা হৈরবা চাওভলগী তাৎ কয়ানা মুজাসিবু অরাম্বরোমদা পুশিন্নৰা হোৎনরি। শাবী-শানৌগী মুংশিবা হায়বসে কল্লক মিহৌনা মাংথারবা থম্মোইগী ঈহৌ অমনি। মসিদা তশেংনা লাইচুরবা মীওইদি মশাগী ৱাখল খঞ্জবা ঙমলোই। খ্বাইগী অৱাবদি অসিনি মশাবীগী মফমদা পুন্সি কৎচরুবীদি করি ওইনি?

করম্না চিংনরোইদগে, মুপাই মপোক অসিদি লৌনম চাওবা খোইমুশিংগা চাংদম্নরিবনি। মত্থদি লৈরাং অমগী লৈকাদা

ঙংনিংলগা ঙংবা অমদা চিরোল তৌনিংলে হেক মতৌবা, অত্নুম্নবা পুকচেল লেপ্তুবনা মুজা ওইবীশিংনা চিংনজরিবনি। করম্মা ৱা-রোইশিগে হায়ম্ববু করম্মা থাজরোই? চাওভলনা হায়রিবা ৱাফম "ইবোয়াইমদি অতোপ্পা নুপী অমগা লোম্ন লৌন-লৈনত্নুনা মফম অমদা পুন্সি লেনগে, মফম অসিগী চৎনবী পুম্নমক কাওখ্রবনি: নহাক্পা মহাক্কীদমক খঞ্জরিবদো থাদোক্লো মত্নুনা নংগী অফবা ওইগনি" অসিনচিংবা কয়ানা মপুক্লিং ওম্নবা হোৎনরম্মী। অশেংবা অমা খঙনিংত্নুনা মখোয়না লুনা খঞ্জরিবা ইবোহলবু খোঙ্গুল লিহন-লুবদসু অরেপ্পা খঙলক্তে হায়না হায়রবসিদদি করিনো হায়বা খনফম খঙলক্তে। অমরোমদা মতারোই তোম্নুনা ওইরিবা ফিভম পুম্নমকসে খল্লুবদা থোইনা খোইরাং খোইশাওনবদা মঙাইরে। লৈকাইগী নোক্ল-ৱাহৈদা "ইম্ফালগী পাখংশিংবু পামজরুবনা নখোইদি পাংথি-কোমথিদা শাংপি থম্বাল তরেদো" হায়নরকইবা ৱাহৈশিং অমদি থৌদোকশিং অত্নুনা থম্মোই লৈয়োলদা শাইতিং-খংনা য়ুবগুম্নে"।

অৱাবৈ পনখৈদা তাইবংচা ওইবনা কনাবু নিংশিংলকই মপু মহাক নত্তনবু অচিকপা লমদমবু থিত্নুনা অহাংবা অতিয়াবু য়েংত্নুনা তারমদাই মুমিং য়েংত্নুনা শাংলি হৌরিবা হৈরাং-লৈরাং, মালংবা লমহাংগী অচিকপদা লৈরিবা শা-উচেক কয়াগী মতৌবু য়েংত্নুনা হৌখিবা থৌদোক ফয়াবু নিংশিংলোইদবা কনানো?

"মুংশিবসে থম্মোইতিংখংনি।
কাইনবা নহাক্নি পোল্লোই
পুংজাত্নুবু ঙাইজরকপা মহাক্নি

করিমুক য়েংখিনি মিৎসিনা
অরেম্বনি খল্লকবা থম্মোইনি"।

থুঙ্গংদা পোকপী চম্নবী মুজাগী নিংজখিবা মহাক নত্তুনা কনাবু অমুক খল্লুগনি। রাখল থেন্বী ওইহনা মীরাবু থাজহনা পুন্সিবু লাম্ন লমজিংখিহনা থম্মোই লাইমন ওইহনা লেপ্লিবা কয়া'মম্থু লৈরিবনি। পুম্নমক মপু মহাক্কী কুমহৈনিদি হায়রবম্থু খন্থহনা থৌনিজরবদি থবক খুদিং মহৈ য়াম্বা ওম্মী। নোংলোক লৈহৌ চীংম্নাগী নিংথিবা লম্বীদা লাক্তুনা চীনগোই খোংমুংঙ ভম্না চং-শিল্লক্লে। মুজাসে পুঙমদবা রাখল পোৎলুম পুহনা, লুরবা লাইজগা লোয়ননা অরাং পাংনা তারমদাইগী কোরৌ মশেক লক্তা চেন্থ-খ্রিবদো য়েংজহনা ঙাইহাক লেপচৈ ঈরোম্মুংদা তারিবা মমিদো য়েংজে মপিবু তৈথোকচৈ।

হৈনৌ, বোকুল, মঙ্গেনচিংবা অচৌ-অচৌবা উপালশিংহুগী মথোঙদা চঙহনা মহৌশাগী মতৌগুম চান্নবা মহাকপু লোৎলিগদ্রা হায়নবু লাংতক্লনা কোয়না চত্তুনা থিজৈ। নোংপোক পানফবগী মশাইকোন্দা মপুগী খুভম তাল্লিবা মক্কশিংহুগী লৈফম মাইকৈদা অমুক পাংলক্লে। লাইনিংবশিং অসিনা লৈরিবা চিনগোইগী হৌরকফম লোক্লুং মনাক্কী থেল অচৌবা মফমসি কয়ামুক ফজবগে হায়বদা শৈথাবদনা মরাৎলগদবনি। মচু মখল মথেল কয়াগী হৈরাং-নিংথিবা লৈরাং অহেম্বী খিবিক্তনা থেলসিদা হৌরি। অচৌবা উপাল লাইওইরবা কয়ানা অমগা-অমগা নকশিন্না মপুগী শিন্থা-পাংথোক্লা হৌরি। কয়ামুক রাংবগে হায়ববু য়েংখৎখিবদা ঙকসে

নাবমখৈ ৱাংই, উশাশিং অসিনা অমগা অমগা য়েৎশিন্নদুনা; অপুংবা মনাশিংদুনা কুপথরক্নুনা মহৌশা খুৎশেমগী অচৌবা উনাগী থাংপোকশং ওইদুনা নোংজু থা ফাওবদা নোংলিক অমাফাওবা য়ুরকপা ঙমদে। অসিগুম্বা লাইরৈবাক্নুন্নবা মফমসিদা লাইনিংবা কয়ানস্থ তাইবং শেম্বা মপুগী খুভম তাল্লি।

থোক্লম্বা মুমিৎস্থ নোংচুপ চীংগী মরুম থুপ্লক্লে। খুত্তা চৈগু পায়রবা কপ্লাক কুরু শুংলবা, অঙৌবা শম্মা কোক্কী লৈথেং ওইনিংদনা ওইরক্লবা, খোঙ্গেল ফাইরবা হন্নবা অমনা য়াচংবগী মম্লিবা মরক্তা লাক্লিবা মুপীমচা অদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্নুনা হায়রকই— "করিগীনো! মুপীমচা মিৎলুদা পিরাং ঈহৌনববু নপীচা কনাবু শেৎন-খাইনবৈনো, ৱাকদে তাইবংগী হৌনশানি, তাইবংলক্ত লৈরিমখৈ কোকলোই, মহৌশা লাইরেম্বীবু থাগোম্লজৌ, চিনগোই খোংহুংগী লাইনিংবশিংবু থৌজানবিয়ু মিৎনা উঙমদ্রবা শিৎলকই নাম্মিবা পাইক্লবস্থ ঙমদে, লৈ হায়দি খংই। অসিগুমদনা উঙমদ্রবা মপুরেল অমদি লৈরি খংউ, মহাক্কী চাংয়েংনি। অৱাবৈ পনখৈদো ঙম্মমখৈ খাংউ। শোইদনা ফংগনি থৌজাল, থল্লু নাদোমচিক্লা" বাহৈশিংসি হায়রম্লগা অহলদো তপ্প-তপ্প চৎখিদুনা উবা ফংখিদ্রে। অমুক্তস্থ উখিদ্রবা শোল্লবা অহলসিবু কনানো কদোমদগী লাকইবা হায়না খন্দুনা লৈহৌরি। মতৎ-মতৎ ওইবা নিক্লবা বাহৈশিং অদো নাকোংদা ঙংদুনা লৈবগুম্লে। ঙসিগী অহলদুগী শক্তম অমদি ব্যহৈ অদুদগী করিগুম্বা অনৌবা ৱাখল অমা লাক্লে তোঙম্বা থৌনা অমা মপু মহাক্তা পিরক্লে।

লৈমহল মুমিং থরদি ময়ুমদা কনামত্ত উন্নদনা ৱা অম ফাওবা ঙাংদনা লৈরম্লগা নোংমগী থেংলবা অহিংদা ময়ুমদগী চংখিদুনা কদাইদা লৈপ্লবগে হায়বা কনাস্ত খঙনখিদ্রে। নোংমা নোংমা হৌখিবনা থা কয়া হৌজিল্লক্লবসিদদি মহাক্কী মরমদা ঙাংন শোন্নরম্স্ত ঙাংনখিদ্রে। অতুবু অপোকপী অপোকপদি মচা কায়নবগী মৈচাক লক্ত মিংলু পিরাং কংদনা মচাবু থিজুরি। চাওত্তলদি মীগী অৱাবা উরগা মুংঙাইনা নোক্নুনা পেল্লবা মীওইনি হন্দক্কী থোদোক-সিদা হায়নিংঙাই লৈতনা হরাও মুংঙাইরি। তোন্নুরেম্বীস্ত মহাক্কী অনত ঙাইজরবী মতারোইনা মাঙখিবগী পাওসি তাবদা থোইদোক হেন্দোক্লা অৱাবা অমা ওইথি।



# ১১—"লাইরেম্মা"

শিশনবা পোক্লকপা তাইবংপাল করিবু কাম্নগনি। কল্লক স্নেংথি মরক্তা, অবা-মুংঙাই মাইয়োক য়াক্লরগা তম্মগনি কনাদা শিগ্রগা হিংলিভৈ ৱাখি-মুংঙাইখিবদো ; কদাইদা চৎকনি থৱাইসে ? শিদবদি য়াদবা পুন্সিসে খনখিদে পুক্লিং মিকুপ অমা ফাওবা পোলোইহুগী মরমদা। নহা ওইরিভৈ চৎখি শাজৎ কয়া, ফত্তবা কয়া তৌরুই। নিংশিংলকই-লোম্বা নাইদবা নত্তে, খনথি অশিবগী, নিংশিংলি নোংমগী অমুক, কাম্ননিংদে কনাদম্মু থল্লুরবদি।

থৱাইনা হকচাংদগী খায়নগ্রগা নিংশিংনরমগত্রনে লৈহৌরিবা অহুগীদমক ? থৱাই অদো তিনখিনি হাওলবা মালংদা, করিস্ম খঙলোই শিগ্রবদি থৱাইনা হিংলিভৈগী মতমদো, পুম্নমক অরেম্বনি নোংমা অশিবনা ঐখোইবু লৌশিনখিনি। হিংলিভৈদা পেম্নোকপা ঙমহুনা অচম্বা পুন্সি ওইরবদি, শিগ্রগা থৱাই অদো ঈংনা লৈবা ম্লাই। মরমদি হিংলিভৈদা মীরা, মীশা তাত্রবদি শিবা মতমদস্মু

ম্নুংঙাইনা শি। শিগ্রবা মতুংদা ঙাংনহৌরিবদো থরাইগী মতিক্কি। নিংশিংবা ঙম্নরোই, পুম্নমকসে মতমগী কুম্মৈনি। মতম্না লাক্লবদি কনাস্নু থিংবা ঙমদে। কল্লবা লৈম্নুংদা মথল কয়াগী খোনি লৈরম্মী। লৈখোম মনুংদগী থম্বাল শাৎলকই। নোংজুথা-য়ৌদ্রি-ঙৈদদি লৈম্নুংদা অতুমক লৈ। কনাস্নু লৈম্নুংদা ফজরবা মমল য়াম্লবা কয়ামুক লৈ হায়বসে নিংশিংলুদে। খল্লুদে চীংম্নুংদা মমল য়াম্লবা কয়া ফংই হায়বসে।

চুরো কুমগী নোং, শেংদোক্লো মালেমসে, কুমগী নোংনা খিকপদা তেকখৎলো রাখলদো মিকপ থোক্লো উৎলো থৌনা খঙ-হল্লো মালেম পুম্বা কাচিন কোয়া য়ৌনা। মহৌশা লাইরেম্বীদি মীচং মীথাই নাইদবনি খঙলমগনি, উহৌরমগনি খুদম্নি মখোইনা কংলুরবা পাৎ-তুরেল, ঈকোমনচিংবা ঈমাই চোম্না ঈশিং লৈরক্লনি। শাৎলক্কনি ঈরোম্নুংগী লৈরাংশিংদো তাইবং নখোইদি নোংঙাল্লবস্নু মিকপ থোক্ক্রে মীনম্বনা নখোইগী নহৌশারা?

চীংলোন কয়ানা খাজিল্লি, শুক্র-মম্লবা চীং ঙাক্ত উই, য়েং-লুবদা লৈরম্মী ফজরবা তম্প্যাক কয়া চীংম্নুংদা নিংথিরবা পাৎ কয়া, মহৌশাগী ফজবদি মাঙদ্রি তাইবংগী থম্মোইদি মীনম্বা ওইরেকো। থিকথরক্লো কুমগী নোংদি ঈখৌলাংলবা থম্মোইনা ঙাইজরিদো চোক-থরবা হকচাংদা"।

"অশাৎপা লৈরাং থিরিবীসে
ম্নুজা লম হেম্বীনি হায়শিরা
থম্মোই কম্বীনিবু হায়গদ্রা ?

অতুবু মহাক্তি মিহৌচাওবীসু নত্তে, কল্লক য়েংথি লৈজব্রবী পুক্লিংবু খুতুম চল্লবী মক্ত্রবী মবেম্মনি। নিংথিরবা মহৌশাগী শান্নফম ওইরিবা নোংমাইজিং চীংদা লৈরিবা শেংলবা ঈরুপফম লৈমরেলগী শায়োন কুম্মৈ শান্নফম শিন-লৈমা ঈয়োক কোম মনাক্তা লৈতুনা শেংলবা পুন্সিগী মঙাল থিরি। চিংঙু শিদবগী লাইশঙদা লৈরিবা লাইনিংবশিং অতুগসু মরি লৈনৈ, মহাক্না মখোইশিংতুবু অশেংবা অফবা পাউতাক কয়ামুক তাকপী-তম্বীরম্মী: মুপী মচামক ওইরবসু লাইরিক-লাইশু নিংথিনা খঙ-হৈরবী, ব্রাখল লৈবী ওইবনা মালেমগী চৎনবীবু নিংথিনা খঙলতুনা পুক্লিং খুতুম চন্বা ঙমজবনা ময়াম অতুবু অমত্ত ওইনা মাগী লিচিং মখাদা থম্বা ঙম্মী। অসিগুম্নবা লাইনিংবশিং অসিনা পাম্লিবদি মীরমদমগী চৎনবী মীগী মনাত্তা তাঙজতুনা লৈগদৌবগী শরুক্ত ইশাগী ইনাৎ য়োক-খৎপা, ঙাক্না চৎপনা লৈবাক অতু চাওখৎপদা নত্তনা খ্ৱাইদগী অচুম্বা ফংবা লাইনিংনি হায়ব'সিনি।

লাইনিংবশিংতুদা পীবা পাওতাকশিংগী মহুংদা 'ম্নুম্না হায়রম্মী "অতিঙা শিদবগী লান্ন খুবম ফংগে হায়বদি অশেংবা, মক্তবা থম্মোইনা অচুম্বা লম্বীদা চৎকদবনি"। অতুগা মপু মাগী মক্ত্রবা থৌজালদো ফংবা ঙমগনি। মালেমগী থব্রাই পাম্বা কয়াগী থব্রাইবু মশক খংবব্রু পাখংবা লাইনিংনি! ইপা-ইমাবু লৈরমব্রবদি ঐহাক কনানো খংলমলোই। নহালমুক্কী মপোকনি নিংশিংবীয়ু"।

"মপু মহাক্তি লাপ্না লৈতে, হকচাংগী অথুপ্না মফমদা লেঙদনা লৈ। মাপ্নী অরেপ্পা শকওং লৈরোই, নিংলুবা ব্রাখলনা পুথোক্লিংবা মওংদা পুথোকচবনি। লাপ্না চত্তুনা ঈরুপফম কয়া কোয়রুবনা

ইবুংঙোগী খুবম ফংলোই। পুক্নিংবু খুত্নম চন্দুনা তাইবং লৌনম্নাং-দগী লাপথোক্লবা, থৌজাল হৈবনা লোম্বা নাইদ্রবা মুংঙাইবদো ফংগনি।

"লম য়েংনিংবগীদমক অরাপ্পা মফম কয়াদা চৎলুবা য়াই; লমদমসিগী ওইনদি শেংলবা ঈরুপফমদি চীনগোই ঈরুপফম্মা লেপ্ল-মক শেংলবনি। অরাপ্পদা চৎলুদ্রবসু ঈরৈপাক্কী শেংলবা খুবম কয়ামরুম লৈরি। লাইনিংলম্বী হায়বসিসু মমিং তোঙাল-তোঙাল্লি। লাই হায়বসে অমত্তনি, লাইনিং-লম্বী হায়বসিদি অচুম্বনা হৌরক-ফম ওইগদবনি। ঐখোই পুম্বা লাইগী মচানি; অচুংগুম্বা লাইশং অদো হকচাংনি-পঙ্গল লাম্না শিজিন্নদবা, ইরৈবাক-খুন্নাইবু মুংশিবগা লোয়ননা নীংবা, খম্বা ওম্বা মহাক অদো মী অথোইবনি।

তশেংনা হায়রবদা লৈমহলদি লাইনিংবী অমা ওইরবসু অতৈ লাইনিংবীগুম্না ফমদুনা বাখল তৌদুনা লৈথোক্লে। মুপা ওইব-শিংনা হম্বনা খল্লিবা, অকম্বনা অশোম্ববু তুহৎপীরিবা অমদি থবাই-পাম্বা কয়াগী অবাববু কোক্লবা মফম কয়া-কয়াদা চৎতুনা মক্তে পাংলম্মী। হিংলিঙৈদা ময়াই কানা হিংগদৌবগী মহুত্ত, চম্নবা পুন্সিদা লেন্দুনা, পাম্মু মহাক্কা কায়নরবসু শিগ্রগা অমত্তনি খন্দুনা শেংলবা চীনগোই তুরেলগী হৌরকফম ওইরিবা চিংঙ্গু শিদবগী খুবম লৈরিবা নোংমাইজিং চীংদা শকলোন পুদুনা শিনদম শঙ লিংথৎতুনা চাকথুং ফিথুংদ্রবশিংগীদমক পুন্সি কৎথোক্লবনি।



# ১২—তোন্নুরেম্বীগী মঙলান্দা ইবোচৌবা

নিংথিরবা লবুক লমহাং
লিচিং ছঙ্লিং মালাংবা
ঈংবগী থম্মোইদুন মশাক্তি,
উমংবা খুদিং নিংশিংনিঙ্ঙাইবনি, খুজিংগী ॥

বাংবা পাম্বৈরিম্না চেক্লা
চকলেংশোক ময়ক্তা শাম্নম্নি
কাঙ্জেং হাংদৌ করানা চোং কম্ফুনা ॥
লৈরিংগী কিংথো পাক্কীশিং
কৌনাওম শাজরি মালংবনা
ঈচেল কাইরকা-ঈথকী-ইপোমজম ॥

ফম্মি: তোন্নুরেম্বী হাঙামা-পাক্লবা লবুক লমহাংসিদা, চাংয়াগী ফজবা তময়াগী নিংথিবা মেংজানা, নীংশিংলি থম্মোইনা হোৎনবা অছুবগী অৱা-নুংঙাই থৌদোক কয়াশিংথুবু।

মহাক্কী পুন্সিদা অসুম্না খুদোং থিরগনি হায়বসে খল্লুদে। অদুবু খুদোংথিবনা পুন্সিগী লম্বী ওইরি। তাইবং মালেম পুম্বসে কালেনগী মৈশা খাঙবদা ওন্ন-থোইনা খাঙনৈদো। অদুবু তাইবং শেম্বা মপুনা মৈশাসে কোক্কবা মতমগী খোঙচত্তা পুরক্লুনা ঈংলবা কুমগী নোংজুনা মালেম পুম্বসে অনৌবা রাখলনা অনৌবা থৌনা হাপ্লুনা কালেনগী নুংশাদা চোকথরুরবা হকচাং তেকখৎহল্লি।

লাংবলগী নুংশানা অমুক ময়াই কাহল্লি। অমুকসু ঈংনা লাকইবা মেরা থাগী থাবলনা তাইবং হকচাং নুংঙাই-পেলহল্লি। মতম্না অয়িং-অশা খেৎনহন্দুনা অওনবা পুরকপগুম মীওইবগী পুন্সিসু অদুমঙাই। মতম অমদা নুংঙাইরম্বদো অমুক রারকপা হৌনশানি।

মহাক্কী পুন্সিসু মতাবোই মাঙখ্রবা মতুংসিদা অরাবগী অরাবা ঙাক্লনা পুন্সি লেল্লি। থাবুম কয়-কয়া হৌখিদুনা চহি কয়া হেন-জিল্লক্লে। মশাবীদি ঙসি ফাংবা থোরকাখদ্রে। হায়নিংঙাই লৈতনা রাজরবী ওইরক্লে। মতম চুপ্পদা নুংশিরুবা মহাক্তবু নিং-শিংদুনা লৈজরক্লে। ওইনা চাওবী নুপীগী লিচং করম্না নুংঙাই-গনি মপাও তাদ্রবদা। ফজরবা লৈরাংবু চিন্নিংদবা কনানো? য়েংবদা শুমহৎলবীসে কল্লক্তবা লৈরোই তাইবংদা, চাউভলগী থৌশিল কয়ানা মহাক্কী পুন্সিবু অরাবা ওইহনখ্রবনি।

ঙসি মহাক্না হল্লক্লুনা মপামদা লৈরিবসে মশাবীনা ময়ুমদা লৈত্রিঙৈদা অহলশিংদা চাউভলনা নত্তবা কয়া তৌশিন-হায়জিন্দুনা কায়নহল্লগা কায়না মৈশা লাংনা মশাবীবু হল্লকপা ঙাইরিসিনি। কল্লবা য়েক্লগী অখাবা মিয়েংলক্তা লৈরিবী—নৌরবী থম্বাল ১০৮গী

লৈনাগুম্বী মহাক্না কয়াদা রানা খাঙজরকইবা। অরাবা থম্মোইনা অহিংগী মতমদা পোত্থাবা ওইথোক্লোই। থেংল অহিংনা মনৈ ওই-রক্লগা থম্মোই মৈচাক হেন্নকপা হৌনশানি। থাবল ফরবা অহিংদা চেক্লা কয়ানা মালংনা য়ৈবদা হরাওজবা হৌনশানি। থম্মোইগী অরাবা রাখলগী মৈচাক্তি থাবলগী নিংথিরবা মঙালনা পোত্থাফম খঙহন্দে। অহোইনতুম অরা-মৈচাক হেনগৎলকই।

অহিং অসি ফনা থেংলে মীচিক-মীরাওখোল তাশিল্লক্লে। অসুক থেঙলবা ফাওবা করিগুম্বা রাখল অমনা তুম্বা য়াহন্দ্রি। অরাবা রাখল হায়বসে খল্ল-খল্লগা অরাবা হেল্লকনি। মতৌবু য়েংবা ঙমদ্রতুনা অহিং লাইরেম্বীনা অরাবা ঈপাকলক্কুগী নাওশুম-বীরতুনা মঙলান্দা তিলহলখ্রি।

অরাবনা থল্লবা মুজাগী পুন্সিনি। অরাবনা লাকহৎলবী থম্মোইনি। রানা-রানা মুংঙাইতনা তুমথখি। তামগ্রবা মশাবীনা উরতুনা কায়হৌরবী থম্মোইবু খেমজিন্নবা মুজাগী মাঙদা শকলোৎলগা চংলক্কুনা — শোম্থাংনবা খোঞ্জেলনা—"তো-মু-রেম্বী"! কৌজরকই।

মশাবীনা ফনা শক লোত্তুনমু মহাকী মকমদা মীনম্বদি ঙম-লোই। মহাক্তি মশাবীগী মশক উদ্রবসু খোঞ্জেলদং তাবদা খঙবনা হাল্লি। কুইনা নিংজরক্লবা মশাবী অতুনা নাক্তা লাক্লবসিদদি মুজাদি হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইজবগী ঈচেলদা তাওথরি। থেঙ-লবা অহিংগী মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা মতম অসিদা তাইবং কনা খঙহন্দনা মশানৌ মাগী নাক্তা লাক্কুনা মশানৌবু উনতুনা হরাওজরি। শাবী-শানৌ অনিসে মতম শাংনা কায়নরুবগী মতুংদা

অমুক উনবা ফংবসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইখিতুনা মুংঙাই-নগী থম্মোই ঈথক্কা মিৎলুদা পিরাং শিন্তরক্লে। মুজাস্ত মশাবীবু অমুক মাঙ্খিগনি মতাগুম চেৎনা কোনশিঞ্জরি। মতৌদো য়েংতুনা লৈবা ভনদ্রমানে, শীন্তরক্লিবা পিরাং অতুবু তৈথোকপীরগা অচিকপা অহিংসিবু থুগাইতুনা হায়রকই। "তোম্ন! নহাক য়াম্না ৱারবরা? কবিগী কপ্লিবনো? ঐগা উনবগী হরাও-নীনোক তমাগদি হায়দ্র-দনা অতুক ৱারোৱিবা করিগীনো? নঙনা অম্নুম্না তৌরগদি থম্মোইসে পোম্থাফম থঙদে।"

পাম্মু মহাক্কী মপাও তারবদা অৱাবা কয়াবু কাওথোক্লতুনা হায়জরকই—"ঐহাকস্নু কপ্পরোই অতুদিনে ঐহাক ৱা অমত্তং হায়-জগে,—নহাকস্নু ঐগী নাক্তগী হেন্দোক্লগম্নুকো।"

"ঐনা নহাকপু মুংশিন্দ্রবদি অমুক থেঙলবসিদা নহাকপু উনবা লাকখিগদ্রা? অতুগা পাও অমা তারিবসিবু চুম্ব্রনে? "—করি পাওনো ঐবু করি তৌরবগেনে?"

"—নহাকপু নখোইগী খুঙ্গংদা লৈবা চাওভলদা লুহোংলগনি হায়রিবসিবু চুম্ব্রা?" মসিনা চুম্নবদি নহাক্তি মুপীগী থম্মোই চেন্দ্রে; য়ুম পানববু লাইখি শাম্নবগুম খল্লিব্রা। তোম্ন নঙবু ঐনা য়ুমদা লৈত্রিভৈদা নংগী নীংবা থুংলব্রা?

মশাবীগী ৱাসি তাবদা, "লাইৱবী ঐগী কনাস্নু লৈরোই নঙ ফাওবনা ঐবু ইরাল শীম্নি! ঐগী চঙজফম কনাস্নু লৈরোই। ঐদি লাঞ্জদ্রবীনি মসিদদি নিংশিংবীয়ুকো—ঐহাক্না নহাক নত্তনা কনাস্নু মুংশিখিদে হায়বসে।"

"নংগী নীংবা থুংনবা ঐহাক নখোয়গী ঈকোম মপাল উথম্বাল মখোংদা পুন্সিসে অরোইবা য়াহিপ তাল্লবনি। মুজাদি তমথিরবা রাহৈশিংসে তাবদা খাঙবা ঙমদ্রবতুনা তথক্লবা খোঞ্জেলনা ইমা! হায়না কৌরতুনা মঙলাক্লরুবদগী মিকপ খংথোক থোরকই।

মিৎলু অনিমক পিরাংনা থুম্লমে। মঙদা হায়রম্বা রাহৈশিং অতুতবু খন্দুনা লৈজরি। পাম্মু-মুংশ রাখলনা ঙাঙজরবী মুজাসে থোরক্লে, মৈচাকসে খাঙবা ঙমদ্রবতুনা, মশাবীগী রাহৈ মতুং ইন্না মখোয়গী ঈকোম মপালগী উ-থম্বাল মনাক তাম্না চঙতুনা মবুংঙো মক্লি খঞ্জরতুনা শীঙেল পাম্বীতুদা কোঞ্জরগা থেঙলবা অহিং মমৈসিদা অচিকপবু থুগাইরতুনা থম্মোয়মুংগী অরাবতু পাঙমেঞ্জরকই। —"হায়য়ুনে শীঙেল উ-থম্বাল, নহাক ঐগী মবুংঙো লাক্লম্বদো উহৌবরা? উহৌরবদি মহাকপু কদাইদা লৈবগে অমুক্তা তাকপীয়ু"।

মুজাগী নিংঙমদ পাঙদমদো তারগা— "ঐদি লোনথোক্লে নহাক্কী নতৌ য়েংবা ঙম্লোই হায়বগুম মালং ঈপোম লাকপদা লৈনানা খঙদে-উদে হায়বদৌনা ফেরে-ফেরে হাইরতুনা মুজাগী অরাববু য়েংলি"।

পাওখুম পীরক্লুবদা মথা তানা হংজরকই। নহাকপু ঐগী ইবুংঙোনা হায়রম্লিবসি চুম্বরা? অমুক্তদি পাওখুম্বীরকউনে, ইবুংঙোমক্কী থবায়না ওম্বনি, ঐগী ইবুংঙোমক্লি খল্লু হায়রম্লিবসে চুম্বরনে? কৈদ্রোবগে শীঙেলু উ-থম্বাল ঐহাকপু রাহল্লগন্নু। ইতা নহাক্তি ঐগী ইবুংঙোবু শোইদনা খঙলমগনি নহাকসে মহাকমক্লি খল্লা থম্মোইমুংদা লাৎচরগে। থাবলগী লংলবা মঞ্জালদা শাংলিয়া

উথম্বাল কয়ানা অবাবা মতৌবু উরগা মুংশাগী মণ্ডালদা লৈশাং তমহুনা নোক খেরম্বদো হৌজিক্তি থাবলগী ঈপোমলকসিদদি মাই-থোং অদো লুকথরহুনা লৈনালক্তা অবাবা খাঙলি।

উথম্বাল মখোঙদা মশাবী মাবু নিংশিংলহুনা অঙংপা লৈতনা পিরাং শিন্থরহুনা ওম্ন থোইনা মুংশি মৈচাক খাঙজরিবী মুজাসে লৈরাংনা তুমিন্না লৈবহুদা থম্মোইদা খোইরাংনা হায়রকই,—"লৈনম চাওবী লৈরাং নখোইগী থম্মোইদা হু চেম্বা ওইরেকো! নখোইগী লৈনম্মা তাইবংবু নমথাক তৌহুনা খোইরাংহল্লি। চেংলৌ হেল্লবী শিঙেল লৈরাংশা খঙজরে নখোয়গী পুকচেল কৈদৌবগে ইতারোইশা নখোয়স্থ কায়না মৈচাক্লা ঙাওরবী ঐহাকসে য়েংবা ঙম্লিবরনে?

রাজরবী মতৌদো য়েংবা ঙমদ্রনানে ঙশাইমখৈ পামেলথক্তা মুজাগী অবাববু য়েংলম্লিবা, শাংলিবা শিঙেলশিংহুগী মরক্তগী শাং-কাইরবা উথম্বাল অমগী লৈখোক্তা তিলনা চিক্লম্বদগী লৈমাইদা তারকই। তারকইবা লৈ অহুনা রাজরবীহুগী মশাদা হেক থেংলুরে, শিঙেল অহুবু উরুবদা মুজাসে হরাও-মীনোক তমজরহুনা লৈমাই-দগী খুনগংচরগা মথানুংদা চেংনা কোপ্তরহুনা মশাবীমক্তি খপ্তরহুনা শিঙেল অহুদা মথায় তানা য়েংলগা থম্মোই হুরবা লৈরাং লৈ-নমদো লৌজরি, হম্না-হম্না লৈরাংহুদা মশাবীগুম চুপচরকই। শাং-কাইরবা লৈরাংহুবু পুন্সিসিমগী থাদোক্লরোই খল্লহুনা পুরগা ইমুংদা চঙখি।

খোক্লিবা থাজ মাস্থ তারমদাই ওইরহুনা নোংচুপ চীংম্নারোমদা লৈথরক্লে। নাইতোম খোক্লিবী শজিক অহুবু য়েংলুরগা মশাগী পুন্সিবু হঙ্গংনা নিংশিংজরুরগা মিংলুদা পিরাং শিন্থরকই। কনা

লৈজরবী মহাক্নুংগী অত্থুগী পুন্সি করম্না লেপ্লিবা ! —কনাবু য়েংথুনা মুংঙাইরিদনো হায়না নাইতোম তারবী থরাম্নীচাক অত্থুগীদমক খল্ল-থুনা থম্মোইদো অরাবা হেন্না পীরি—। উথম্মাল অত্থুবু মশাবীমক্তি নিংজরথুনা, য়েংল-য়েংলগা মুমিং কয়া হৌথ্রিদো।

তাইবং মালেমদা লৈরিবা থরায় পাম্বা খুদিংমক অরাবা তা-রবা কয়ানা রানা-রানা হৌথ্রি। মুংঙাইবশিংনা মুংঙাইনা লেনখি। মুংঙাইবনা অরাবগী মতৌন খঙবীদে। অরাবশিংগী থম্মোইদি পুম্নমক অরাবতনা খঙই। মশেংবনি থরায়না মুংঙাইত্রবদি মুংঙাইফম লৈতে। অরু-অহেন, অরঙ-অরাক খরদা ময়াই কানা হিংলিবথুদি অশেংবা মুংঙাইবা নত্তে। কল্লকপনি সনা-লুপা, হী-য়াই, মোন-তেক-মোন্দুম মরক্তা অসি-অনা কয়াগী অরাবা থোদোক, কাম্নবগী থম্মোয় শোক্লবা পাও তাদবা নত্তে—। লাইরবা, শেং-চাবা নিং-থুংদ্রিবশিংসিবু অরাবগী মমুংদা অমদি ওই হায়রবু, পেম্মোকপবু ঙম্লবদি পুম্নমক হরাওনফম, মুংঙাইবগী মশক্তি—।

অদুম ওইনমক লনসে তান্দবা মাদে, হেন্না তানঙম্বশিংনা হেন্না লন লৈগনি। হন্দক্কী রারিবা অসিদি চানিংঙাই লৈতবগী নত্তে, শেংনিংঙাই লৈতবগীসু নত্তে। রাখলগী লায়নানি। তাইবং মীগী নীংবা থুংবা কৌবা লৈতে হায়রবসিদি মীহো চাওবশিংগী থম্মোইনি। মশেংনা হায়রবদা থরায়না পামজবা মুংশিবা অদুবু ফংদ্রবদি তাইবংপানসে অরেম্বনি মহাক অদুগী মকমদদি। অদুম্নদি ওইরবদা পাক্ হেক শিবদি য়াদ্রবা থরায় ওইবনা অদুমঙাই রানা রানা খাঙজরি—নোরবী থম্মোইনা কায়না চৈথেংসে।

মীরমদা অহলগী লায়েংবা চংশ্রিঙৈদা কত্রবা মীওইশিংদ্‌গী খুজিল-খোরাং তৌহনা লোনম, নমথাক কয়া তৌশিল্লক্কনা ওক্কবীগী শিংদা চন্দুনা মৌ হল্লকপী ওইহনা শোল্লবী মমাগী নাক্তা লৈজরবী মুক্তাগী বাখল অহুম্ব হিংনিংলমখিগদ্রনে ? তমথীরবা তাইবংগী মরক্তা কয়াগী মতিক বারয়গবা মৈহুংদা চঙলুখনা মৈগী মৈশা খঙ-বগুম কনাগুম্বী কায়না চৈথেং ফংলবীশিংনদি খঙলমগনি ময়েক শেংনা। "করম্না য়েক্কবশিংহুগী মরক্তা কায়না মৈচাক থাঙলিবনো!" অহুম্ব থম্মোইহুংদা লৈবা, হুংদা-ঙাইবা তুংদা লাকদোবা মতমহুগী বাজরবী মুক্তাসে শিঙমদনা হিংজরি।



# ১৩—লুহোংবা নুম্মিৎ

ঙসি মেরাগী তরামঙানি পাৱবা নিংথৌকাবা নুমিৎ অসে, তোম্নুরেম্বীগী নোংমাই তেকঙা য়ুম্লিংবা নুমিৎনি। ইবেমহল করম্মা মচাগী লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্পরিবা অমদি করিগী য়াক্লরিবনো হায়-বসে খল্লনীংঙাইনি। য়ুম পাল্লরবী নুপী অমবু অমুক হন্না লুহোংবা হায়বসে চৎনবীগী মীৎয়েংদা ফজদে অদুগা তৌস্ন তৌনদে মৈ-ত্রবাক্তদি।

অদুবু চাওভলদি শাগী লিচৎ চত্তনা খুঙ্গং অসিদা হাইনা হুম্না পাল্লিবনি। নুজাসিবু মীহৌবনা শিবা কিত্রবা মীওইসিনা ওৎ নৈহনা কিহল্লম্মী। মমা মচাদং লৈজবা ইমুংনি, মহাক্কী মতৌহুদা করিদি তৌবা ঙম্মগনি? নোংমা থেংলবা অহিং অমদস্নু ফাদনা পুননবগীদমক মহাক্কী খোঙলোইশিংগা লোয়ননা হোৎনরম্মী। অদবু খুঙ্গাশিং থেংনহৌবদগী থোইদোকপা অকাম্নবদি তৌবা ঙম্-খিদে।

নুজাগী খ্বায়দগী লাইবক ফখিবদি ইবোহল লৈরম্বদগীনি—। পোকমিন্নবা মচল অমগুম নুংশিনা চান্না নিংজদনা মতেং পাংবি। মবুং-মৌপ্বা অমত্তা লৈজদবনা মবুংগুম খঙ্গদনা মবুং অমদগী ফংকম

থোকপা মতেং লৌজত্না থুঙ্গং অসিদা হিংজবনি। অস্মু্মা কন-থৎপা অসিদগী চাওভলনা ইবোহলবু মুংশিরমদে। অসিগুম্নবা তমথিবা মুপাসিনা ওৎ-নৈবসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা রাজরবী মুজাদি অহিং কয়া, মুংথিল কয়া চাফম থকফম খওদবমখৈ মশাবী মহাকপু কৌত্না কপচবা নত্তনা করিস্থ পাঙ্গল লৈজখিদে।

মশাবীদো হল্লক্লগনি হায়বসে মহাক্কী মীওই কয়াদগী তারত্না চক্রী কয়া য়েংলকপনা ওসিসে লুহোংবা মুমিৎ ওইরিবনি। মশাবী-ত্না হল্লক্লবদি লাঞ্জদবী মশানৌগী তারাবসে খওলক্ত্না, রাজরবী মুজাগী অনিংবসে থুংগ্রগনি, অসিগুম্নবা তক্কাসে নানথোকখিবা তারে খন্দুনা কিহল্লগা নমদুনা য়াহনবনি। মমানা মচাবু শা-কৈগুম তম্বীরবা অমদি তুকচরবা মুপীস্থ লৈরবা অসিগী মফমদা করম্মা লৈ-হনগনি? থুঙ্গং অসিদদি মমা-মচাগী মী অমত্তা লৈজদবগুম্মী। কনাস্থ মমাঙদা রা ঙাংলুবা ঙমলুদে। ইবোহলবুস্থ মখোয়গী থবক্তা খুৎ থিংজিল্লকই হায়দুনা কয়ারক ফুগ্রবনি। মতু-শোম্বা মীওইবু তুহৎপা কাংলুপ্পা য়ামখিবনা ওৎ-নৈবসি খাঙবা ঙমদ্রদুনা য়াখিবনি।

মুজাদি নুমিৎ অসি য়োরকপদা হায়নিংঙাই লৈতনা রাজরী। করিগীদি পাঙ্গল থোক্কনি। পাঙ্গল শোল্লবী নুপী মচাগী মপোক্কি, অদুম্ওইনমক মপু মহাক্কী নোংদমদগী য়েক্লবনা পল্লোন শানা কোয়-শিনগ্রবদা মচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা হৌখিবা অহিংগী মনৈ ওইরকপদা তুমিন্না কনা উইহন্দনা মচাবু থাদোকখ্রে—।

শাদানবগী খুত্তগী নাম্থোকপ্রগা, য়েরু-তিম্থংনা থল্লবা মহাক্কী পুম্সিনা কদাম্নদা হিংলুগনি? চনম্নরবা পাঙ্গল শোল্লবীগী পল্লেপফম

খঙজ্রবী ৱাখলনা মফম খঙদনা, য়েক্লবগী থুক্তগী নাম্থোকখ্রে। করম তৌগনি? "পিবাদি লাক্লে, নিঙোন্দি মাঙখ্রে হায়দুনা ৱা-ৱা লাওনরক্লে, নুপী মাঙখ্রবসিদা তিল্লম্লিবা মীয়ামস্থ অমা চৎখি অনি চৎখি তৌদুনা কায়নখ্রে। লুহোংগদবা নুপী মাঙখ্রে হায়বসিবু করি ৱানোনে হায়না ঙাংনদুনা হনখিবস্থ কোঙ্গাইনি। নুপাদুগী মরমচৎ খঙবনদি মহাক্কী মরমচৎকী মতুং ইন্না ফংফম থোকপনি হায়না ঙাং-নদুনা পেল্লবস্থ ময়্নাঙই।

চাওভলদি হনখিবদুগী মহুত্তা শোল্লবী মমাদা হায়নিং-ঙাই লৈতনা শাওরক্লে। নুপীমচাসিগী মরমদগী ময়ুম-মকৈ পুম-নমক তুম্না মাঙহল্লগে, চৈরাক পীরগে হায়বসে শাওখিবনা মহাক্কী অরেপ্পা ওইরক্লে—। হৌজিক্কি নুপী লৈত্রবনিনা লুহোংবদি কায়রে। শাওবনা হেল্লক্লুনা অহলদুগী মশম পায়দুনা চিংথোক্লগা নচা নুপী কদায়দা লৈ, পুথোরকউ হায়না ফু-চৈদুনা, ওৎ-নৈবা হৌরক্লে। মচা নুংশিবগী ৱাখলনা কল্লবা চৈফুদো শোল্লবী হকচাংনা খাঙজেদো! লিচৈ কারল লাক্লা ফুরফাওবা মচাগী লৈফম ভাকপগী মহুত্তা মখা চিক্লা লৈরি। চৈফুনা হেজিল্লক্লবদা খাঙফম খঙলক্ত্রদুনা মথাই হিংনবা লাওজরি! লাওজবদা মঙাইরে, খুঙ্গাশিং অদুনা করিস্থ তৌবা ঙমখিদে। মোইরাংগী অঙোম নোংবালগুম্বনি মহাকসে। মচাবু কৌরদুনা পাওমেঞ্জরকই—"ইমাগী ইবেম্মা লাইবক থীবী ইমাবু শারাকসিদা লৈবা ঙমদ্রে, ইমানা ৱাবগুম নঙস্থ ৱাগনি চেন-খ্রো লাপ্না কনা লৈত্রবী নংগী নথৱায় হিংনবা—।"

মমা ওইবীনা মচাবু কয়াদা নুংশিজরিবা শিরমদাই স্নোরফাওবা মচাবু কন্নবা হোৎনজরী। মহাক অদুদি শাশিং অসিগী মখুত্তগী

মথৱাই হিংনবা অমস্বা অহিংতুদা চেনথ্রবনিনা ময়ুমদা তৌরিবা অৱা-বতুদি উরম্মরোই। কনা লৈজম্রবীগী মতৌবু উরগা খুঙ্গাগী মীশিংনা "ফত্তেদা, নহাকপু ঙস্বা অমা লাক্লবদিকো" হায়না ঙাংনবদগী হেন্না করিস্নু তৌক্লবা ঙমখিদে।

অসিগুম্নবা লিচৎ অসিবু উরুরগা কনা অমত্তা মাবু তাইবং-সিদা লৈহন্নিংলোই। নচা পুথোক্লকউ হায়না হন্না-হন্না ফুরক্লবদা, চৈনানা হেক্তিল্লক্লগা চঙজবগী মহুত্তা ঈচং থৌনা হায়রকই! "নমা-গুম্বা ঐবু ফুহনা হাত্রবদি ঐগী ইচা নঙোন্দা পীরোই! নঙগুম্বা মীমুংশি মচেৎ অমত্তা পক্রবা শারমচৎ চৎপা নঙোন্দা ইচা পীবা ওইথোক্রোই।" "হে হমুবী নঙনা নচাবু লোৎহনখিবা, ঐবুনা মীম্নামগী মমাংদা চোপহনখিবা, মতুগী লমন্দি নচা পুথোক্লগা শিল্লত্র-বদি হমুবী নঙগী নথৱায় লোগনি—।" "ঐহাক্কী ইচানুপীদো নঙনা নমতুনা লোগদোরে খঙলতুনা মহাক্কী মথৱায় হিংনবা চেন-থ্রবনি, নঙবু পামদবদগী লোন্না চৎথ্রবনি।" হৌজিক্তি ইচাস্নু লৈ-ত্রবনিনা ঐবু হাৎলো অতুগা ইচা লৌবীরো।

"নঙগুম্নবী অমনস্নু চীস্ক্তা থুম্নবা চাওভল ঐগী মাম্নবু চোপহম্বা ফৈ ইতিক খঙউদো।" তমথীরবা মতৌসে ঙসাইমখৈ ইবোহল উরমদবনি। মীওৎ-মীচৈ, তারকপদা চঙলক্লগা থাম্নরি। চাওভলনা "নথৌ লৈতে" হায়রতুনা ইস্থোরকই।

মহাক মরিল লৈবা ইনখৎলক্লিবা নহানি। চাওভলগী লোম্ন-নরক্লিবা মীশিংতুবু করিমত্তা উশিত্তনা মখুত্তা পায়রিবা খুৎলায়রতু মুল্লহুনা মখুৎ পেম্না ফুবা হৌরকই। খঙহৌদনা হুইরোইশিং অতুনা

নারোন্দগী ইবোহলবু ফুদংলম্মী। মতৌসে খুঞ্জাশিংস্ন ম্নেংহ্নুনা লৈবা ঙম্মক্ত্রমানে, মহাক্না মাঙ থাহ্নুনা লুচিংলবসিদদি লমজিংবা য়াগুর-বনিনা ময়াম পুন্নমকস্ন চপ মান্ননা মখুত্তা চৈতুপ অমমম পায়রহ্নুনা ফত্রবশিংদো তম্না ফুজিল্লক্লে। ঙসাইমখৈ ব্না ঙাংবা ঙম্নদবদো, হৌ-জিক্তি মীয়াম পুন্না অমত্ত ওইবা থৌনাদা লাক্লবসিদদি তৌফম খঙ-লক্ত্রহ্নুনা অতুম্মক চেনখ্রে। খুঞ্জাশিং চঙহ্নুনা অশোকপশিংদো লাই-কন্নরে। থোইদোকপা অশোক অপন্দি য়াওব্রে, কোক্তা খয়া-খজিক শোকপদগী হেন্না শোক্ত্রহ্নুনা ঙাইহাক্কী মন্নুংদা ব্রাথল তারক্লে। ইবো-হলস্ন চাওভলবু হায়নিংঙাই লৈতনা শাওনিংলক্লে। তমখীনবা লিচৎ অসিনা মচাবু মফম খঙদনা অতুমক মাঙখ্রবদা কম্নিনো মচা কায়নরবী মমানা তৌগদৌবশিবু ? ইমানা অমনরা চরৈ শেৎ, মীনা লাকচবগী মুংঙাইত্রবা থম্মোয়না মচাবু কৌহ্নুনা কপ্লিবসে মুংশিদ্রা ?

মীখা থারবী মমাবু উরবদি মুপীমচা ওইবী থম্মোয়না ঙমগনি-শিংবা লমন। করিগী তুহৎপীরিবনো অফম্বনা অশোম্বশিংবু, মসিনা করম্বা অকম্বগী থৌনা ওইরিগবা ? চৎনবীব্রা তাইবং মালেমগী। অপাম্বা, মীহৌবা, কান্নকপা, অশাওবা মীওইবগী য়েক্লবশিং অসিনা হুৎচাংদা চঙহ্নুনা শুসি ইমুংসে মফম-মরাং খঙহন্দনা কাং-খোং চাইরক্লি।



# ১৪-হল্লকপা

কনাগী করিগী মতেং লৈত্রবদা মহাক খনফম খঙলক্তুনা করি তৌগদবনো, করম তৌরগা তুংগী ফিভম ফগদগে খল্লমই। মমৈথংদা খনবমখৈ খল্লগা অসামগী জিরিঘাটতা লৈবা মখুরা অমগী মনাক্তা চংতুনা মখুরা অদুনা তৌরিবা থবক অদুদা মহাকসু য়াও-রমই। মাগী মখুরা অদু শেল পায়বা অসামগী উমংদা উগী থবক তৌবা মমিং চংপা মীওইনি।

মীনায়বা ঙমদ্রে, নাপলনা থল্লবা তাইবংসিদা অমুক্তদি হিং-ঙগে খন্দুনা থরাই লুপ্পা থবক অদুবু হোৎনদুনা লৈখিবনা ঙাই-হাক্তং ফাওবা অতোপ্পা লম্ফে অমগী মতম লৈখিদ্রে। নোংমতসু ইম্ফালদা থোক্কনি হায়না খন্দনা ঙসি ফাওবা লৈরি। মখুরানা পুশিন্দুনা হৌজিক্তি মমিৎ মমাই শিংজরে। পোকফম্না অনিংবা কয়া পাংথোকপদা থিল্লবসু মপা থোকপা থৌদাংদি উথোক্কবা হোৎনজে। নহানমখৈ থবক চিল্লমই অদুবু হৌজিক্তি থবক অদু লোইশিল্লকলে অদুনা খরা খিৎ কোমলে। মহাক ময়ুমগীদমক জিরিঘাট থাদোক্তুনা ইম্ফাল পাংলক্লে। কুইনা থাদোক্কুরবা তুংদা য়ুম য়ৌরগনি খন্দুনা থুনা য়ৌনিংবা বাথলনা পুক্লিংদো ঙাইহাক্তা লৈতাবা ঙমজদে।

অৱাবা পোত্থারবদা কুইনা ওমত্তুনা লৈরবা থম্মোয়গী ঈথিল অমা ফাওরক্লে। মশানৌগীদমক খল্লুবদা তপথবা ঙম্লক্তে। নোং-মত্তস্তু মনাক্তা চৎলুদ্রে, কুইরে উদবা থম্মোয়গী লৈরাংদো ।। থম্মোয়নুংদা চিক্ক লৈশাৎ তমজবিনি। কৈদৌনুংদা লৈমন চল্লোই-দবীনি পাখংগীদি থরায় ওইজবী ওইনচাওবী লাক্লগনি, মনাক্তা অৱাবা পোত্থারগনি। উনিংবগী লাংতকনবসে কোক্লগনি থেংনবা মিকুপতুদা। মরুপ অনি উম্বগী মুংঙাইরবা মীকুপসে অৱাবনা খনজিনলগনি। করম্না তম্নসিগে থোকপ্রবা থোদোক অত্তুবু চান্নবী মহাকপু উম্নগনি হায়না লাকইবা মুংঙাইরবা ৱাখলশিংবু নোংমৈ শিংজংনা থাবগুম করম্না মাংহলগনি। খল্লুবদা ইবোহলসে হুমাং অনপ্পা কারে। মতৌত্তুদা "করি তৌরে, মরুপ ঐগা উম্নবগী মুংঙাইরবা মতমসিদা মায়থোং মকশিন্না লৈরিবত্তুবু, ঐগী চিংনবসে কোকহল্লু, তারিবা পাওশিংসে চুম্নব্রা?" হায়দোক্তবা য়াদ্রত্তুনা মহাক্কী মুংঙাইরব মঙলান্দো মাংহনখি। মহাক কয়ামুক ৱাখিবগে হায়বদা ৱাখল তাদনা লৈমান্নদবু তুখি।

তাইবংসে লৌনমনি মুংবংলবা মাগী মফমদদি মালেমগী চৎন-বীসে কান্নদ্রবনি খল্লকই অৱাবা খুদোংথিবনা থল্লবা তেল্লবা পুন্সি লম্বীসে চান্নবী মাবু কায়নখিবা মীকুপ্পুদা কায়নবগী মৈচাক্লা চীংদা চাকপা লম্মৈনা উপাল ৱাপাল নাপী শিংবীনচিংবা পুন্সা চাকপ্রবগুম হুকচাং কয়াং অমদি ৱাখল্লোন পুন্সা মাংলক্লে। লৈম-হল কৌবী মহাক্লা মাংপ্রবত্তুদদি করিবু তৌরুগনি হিংলুরগী? চমম্ন-রবা ৱাখল কিশিসে থোকপা ঙম্নকখিগদ্রা মহাকপু—? ✪

# ১৫ ম্নিপাইরবী নুজা

য়েক্লবগী খুত্তা তাখিগদ্রা হায়না মতারোই অমগী য়ুমদা ঙরাংগী অহিংদগী মথরাই হিংনবা লোংচরক্লিবনি। য়েক্লবগী মীশিংনা য়ুমথোং খুদিং চত্তুনা থিগৎলক্লবদা লোক্তুনা লৈবা য়াক্ত্রদুনা অমুক হন্না ঙসিগী থেংলবা অহিং অসিদা কনা উহন্দনা থোরক্লে। চিক্লবা অহিংসিদা মালেম পুম্নমক তুমিন তুম্বিন অমম্বগী মরুমদা লৈরি। নোং মংখিবনা অকিবগী মশক ওইখ্রে লম্বী লমজাও চীংমুং মান্নুংশিংসে। থা থোক্কদবা অহিংসে থরানমিচাক ফাওবা মশক উখিদ্রে অঙকপা, অকিবা ফংলবা অহিংনি।

তুমিন্না লৈরম্বা উপাল রাপাল অত্তুস্থ কল্লবা মুংশিংকী শাফু-না য়ৈরক্লবদা থাঙবা ঙমদ্রহুনা হাইনা হুম্না থাঙজরি। উথক্তা অহিং য়ারেকপা চেক্লাশিংনা কল্লবা মুংশিংসিনা মহুম শারিবা উপাল অমদি উশা হুমদোকখিহুনা তুম্বা য়াদ্রহুনা মহুমদগী পাই-থোরক্তুনা মমলবা অহিং অসিদা অকিবা ফংনা লাক্লা-লাক্লা থোং-লহুনা মপীনা মচাবু কৌরক্লে, মচানসু মপাবু কৌরক্লি। তমথি-রবা অহিংনি, মংলম্বা নোং অত্তুস্থ থাক্লা লাওনা চুথরক্লে। তম-থিরবা নোং-মুংশিং তৌখ্রে। অকম্বা মুংশিংকী শাফু থাঙরদা

ম্নারবা উপালগী উশানা নাহেবগুম পেদ্রেক-পেদ্রেক লৈমায়দা তারক্লি।

থোদোকসিনা মালেমসিবু ফুক্কুনা পুখ্রগদবগুনা তৌরি। অকিবা ফংলবা তমথীরবা অহিংসিদা অকিবা করিমত্তা ফাওদনা য়ারল চীংগোল তম্না অমুক অমুক ঙানবা নোংথাংগী মঙালনা মম্লবা লম্বী অসিগী লমজিং ওইডুনা লা ক্লিবিসে মীয়াম্না কিনরবা শারম চীংমাই ম্নৌশিল্লক্লে। শারম চীংমায়সে হৌজিক ফাওবা করিগুম্বা খুদোং চাহৌদ্রবুনা ইথস্তগা ঙাইহৌবা থোক্লবদি চৎপা ঙম্নদ্রিবা মক্মি। নোংথি-নোংমংবা মুমিত্তি-অয়ুক মুংথিল ফাওবা তম্নরিবা লোক্লুং লম্বীনি, মক্মসিদি হেল্লোইশিংগী শাম্নক্মী। গুক্লবা লম্বীসে অথেংবা অহিং খুদিংদা তম্নরাই, অপোইবা লাই-ম্নামগী নাহেবগী খোঞ্জেল লমগী লাইরেম্বীশিংগী মিকপ-মীরাওখোল-না চৎপা ঙমদ্রিবনি কছা শোরেনগী চাক্তাফমনি। নাকন্দা মখা পাংনা শন্দোকপ্রিবা পাৎতুম্ন অমম্বা অহিংদদি অকিবগী মশক্লি। অকিবগী শক্তম্না থল্লবা লবুক-লম্ফাং কয়া, গুক্লবা চীংগোলগী শা উচেক অচৌবা তম্নলাই পুম্নমক ঙসিগী অকিবা ফংলবা অহিং অসিদা কিরবুনা লোৎপ্রমানে, শারম চীংমায় য়ৌরকপদদি কনাম্নু থেংনখিদ্রে। ঙসিম্নু লক্লরম্বা য়াই। অদুবু থোয়না থল্লুদবনা অনিঙবা অমগী থৌনাদা লাকখিবনা ভারু-উরুদবম্নু ওইরম্বা য়াই। ম্নারল চীংগোলগী শারম চীংমাই লোক্লুংগী অকিবা ফংলবা লোক-চপ মী অশিবা ছন্দোকক্ম ওইরিবা, অয়ুক মুংথিলদা ফাওবা চঙবা ঙম্নদ্রিবা মক্ম অদুদা চঙলক্লগা অশিবগী শরু-শম্নাং

পংথরবা অশিবা হুকচাং ময়াম, শরু ঙাক্ত ঙাইরবা হুকচাং পোলাং, মী মকোক ময়াম অমা তাদুনা লৈরিবা মফমদুদা চংলকলে।

মফম অসি য়্যৌরক্লবদি লমশিশিংগী নাহেবা, মীকপখোল, চৈনাখোল অকি-তুজুং মানজুংবা, ইরাই-ইনিল কয়াগা লোয়নবা খোঞ্জেলশিংনা মাইকৈ খুদিংদগী নাকোংদা য়্যেররি। শরু-পোলাংশিং অদো মুংশিংনা কয়া-কয়া শিংলকপদা হোগংলকপগুম হেকহেক তৌই। শাশিংনা লারু-লারু খোংই, তমথীরবা শওম, কৈ, শামুলমশা, নোংশানচিংব কয়াগী অকিবা ফংলবা মখোলশিংদুগী মরক-মরক্তা লাইরেম্ন খোংলকপগী মখোল, ময়ামশিনা চীংমুংসে পুমনিল নিল্লি। ময়ামদুনা লক্লরিবদো তারুবগী, মতম লৈতে। লমশিশিংগী হুনজেকফম ঙইরবা অশিবা হুকচাং কয়া তাদুনা লৈরিবা হাইফেং চাওরবা লাইওইরবা হৈজুগা অদুগী মখোংদা ফমথরদুনা মপি ঈরা চেল্লদুনা করিগুম্বা অমবু নিংশিংদুনা লৈজরি। ফত্তনা তুকচরবা মহাক অদুগী মখুত্তা তাগদবগী শরুক্তি ঙসিগী অহিং অসিনা অরোইবা ঙইরগে খল্লদুনা মীয়াম্না কিনরবা য়ারল চীংগোল তম্নকলবনি।

"হা থবাইগী ইবুংঙো নহাক্তি তাম্না লৈখিদুনা লাইবক থীবিগী অবাবসে উদ্রেদো শোল্লবী ঐহাক্তি য়েরু পোম্নুংদগী লানথোকপা ঙমদনা য়াইবী থবাই থারগে, কাইনা য়াথং পীবিরো। হন্দক মপোক্তি পাম্মু নংগী থোগল মতোল লোম্বা ঙমজখিদ্রে, মপোক লাংওন অমদা ঙাইজরমগেকো" হায়নবু য়েরুবদগী কল্লবা পাইরকইবা হৈজ্রাং অদুনা থম্মোয়দা থিল্লগে তৌরক্লে।

অঙকপনি! খোঞ্জেল অমনা কম্না শিৎলিবা মুংশিৎ মরক্তা শোম্থাংননা "মুপীমচা............" হায়না তারুরি। পাঙ্গল শোনবীসে পাখৎখিত্নুা মথুক্তগী থাংদো তাখিবা খংহৌদে। থগৎনা হংজখি, "কনানো নঙবু ঐগী তুং ইলক্লিব্রা! হায়যু--ফত্রবা মখোয়গী মীরা, এবু মাংহনগে লাকইব্রা?" লৈরম্লিবা অহল ওইরবা মুপা অত্নুা ঈংলবা খোঞ্জেলনা হায়বকই—"ইচা শক্নরী! নহাক করিনতা পাখংকম্নু ঐহাক কনানো খংত্রমানে, ঐহাকসে নোংমাই চীংজাওগী থুম্লাকপনি। নহাক্কী পম্বৌগী য়াম্না চান্নরবা মরুপনি ইচাবু মতম চুপ্পদা শেন্নরকইবনি। চীংন্নুংসিদা ফত্রবা ময়াম লৈরে হায়বা তাবদগী মখোয়বু লৌশিনগে হায়ত্নুা লাকইবনি। হৌজিক্কি নংগী অরাবা কোক্লগনি। পলেম লৈতে রাগম্নু, পম্বৌ লৈতে মুংনাংগম্নু চীংদা তোংবা ওইরম্নু ঐহাকসে নংগী পম্বৌমক্তি থম্লু। লাকও ইচামুপী ইপাগী তুং ইল্লকউ, ইপাগী য়ুমদা লৈক্লরুসি নঙবু নোংমাই লাইরেম্বীগী নাক্তা পোথাহনগনি। থুম্লাকপসিবু পম্বৌদা পম্বৌগুম থন্দুনা হৈনা তুংইনজগে। থুম্লাকপা অমদি মীপাইরবীদো ওপ্পা-ওপ্পা চৎখিত্নুা অমম্বনা খঞ্জিনখিত্নুা উবা ফংখিদ্রে।

কম্না শিৎলম্বা মুংশিৎ, চুরম্বা নোং অত্নুম্নু ঙাইহাক্কী মন্নুংদা থরা থরা তপথরক্কুনা অতিয়া মকোইসে পুক্নাং হাঙখ্রে। মংলম্বা লৈচিন নোংকাই পুম্নমক মুংশিৎকী খোংচৎনা কাউথোকখিত্নুা লোৎলুরবা থাজ, থরানমীচাকশিংন্না অমুক ঙাম্লরে। লিরি হুম্বা মালংলক্তা উনাদা পকহৌবা নোংলিক্লা লিক্লা ওইনা তোপ-তোপ লাওনা তারকপা মহুম কাইথ্রবা উচেকশিংগী মুংঙাইতব্রা খোঞ্জেলতমক ঙাইহৌরে। ❁

## ১৬ মৈনুংদা ইবেমহল

কনা লৈজত্রবী শোল্লবী মচা কাইনবগী মৈচাক্ল। ঙাওহনা লৈজরিরী; লম্বী, লমজাওদা চৎচরিবী চাগনি থক্কনি খংদনা মচাহুবু অমুক্কং উজরবদি খঙ্গহনা হাঙলবা লবুক-লম্মাং ফাওবা চত্তুনা মচাগী মরুপলোই, লমগী চেক্লা, উপাল-পাঁমেল উজাওশিং, হৈরাং লৈরাংশিংদা অমদি চীনগোই তুরেলদা পাও হংজহনা মচাবু লৈরমগত্রা হায়না কোয়না থিরুরবা তুংদা হঙ্গিল্লকপা উবদা তাঙ্গা ফংলে খন্দুনা ইমুংদা লৈরিঙৈদা মপাল থোরকপা য়াদনবা তৌরগা অত্থগা কনাগুম্বনা মতেং পাংগে চঙলকপা য়াওরবস্থু মখোয়বু শোক্কনবা থৌরাং পুম্বা লোইরগা চাউভল মথুৎমক্লা থাও চাইশিন্দুনা মৈ থাগৎলক্লে।

মৈরক্কুদা চেন্-চোংহনা মপান্ থোক্কনা লাও খোংহনা মথৱাই হিংনবা হোৎনজবদা মঙাইরে। পাঙ্গল শোল্লবী অহলগী মতমস্থু ওইরক্লবীদো, মপান্দা শৃংচেপ থাজিন্দুনা থোকপা য়াদনবা তৌথিহনা থোকপস্থু ঙমখিদরে; লৈকাই মীয়াম্না য়ুম মৈ চাক্লে মৈ চাক্লে লাওনবা খোঞ্জেলশিংদো তারহনা ইবোহল মশা ঙমদে

হায়বা কাওবা মখৈ মৈ চাক্লিবা মফমদুদা চেনশিল্লক্কুনা কল্লবা হোৎনরি।

মফম অদুরাইদা লৈরিবা ফত্তবা মীওইশিংদুনা চংশিল্লক্কুনা পায়রিবা খুৎলাইশিং অদুনা ফুজিল্লক্লি। ময়াম চংলক্লবস্তু চঙ-লক্লা লামদুনা শিংচেপ অদু ফাওবদি হাংদোক্কুনা থোকপা য়ানবা তৌবনা হানগ্রে। চৈরক অদুদা খুনগী মীয়ামস্তু অরেপ্পা লৈতনা ঈশিং চফু অমমম পায়রদুনা মৈদুবু কল্লরি। অদুম্না মৈ চাকপা কনবগী ইরাং লাংনরিঙৈদা ফত্তবা মীশিংনা ফাবা য়াঙ, ফুবা য়াও তৌদুনা ইবোহলবু পুখ্রে। মীয়াম্না মৈদু মুথত্তুনা য়ুমদুদি কনগ্রে। ময়াম্না লাংঙিঙৈদা চাওভলখোইনা, ইবোহলবু ফাদুনা পুখিবদুস্তু কনাস্তু খঙহৌ-উহৌদ্রে। মৈম্নুংদা কনাস্তু লৈরমদ্রবদু-দদি খুঞ্জাশিংদু চিংন-চিংননা ময়ুম-ময়ুমদা হুন্নগ্রে। ফত্রবশিংগী খুজিন্দগী মী কয়াগী পুন্সি অরেম্বদা মাংলকখি। মীবু মাঙহনবসে মশাগীস্তু মাংজবনি হায়বসে খঙজদে। অরাবা অহিংদো হৌখি-দুনা নোং ঙাল্লকপদা খোংমী লাম্মীশিংনা খুনসিদা রাই চাইরবে। মৈ থারম্লিবা মীওইশিংবু থিরি। চাওভলদি শেঞ্জাও পায়বা মীনি অদুগা অহলদুগীদি কনানা মাইরোং য়াবিগনি ? ফত্তবশিংদুগী মাঙদা মাগীদমক, অততাই মক্তি নত্তবনিনা ওস্থাং-ওনশিন হৈরবা অঙম-অথৌনা ফত্তবশিংদুবু য়ুম মৈ থাবদগী কব্বীদুনা মথস্তা চাকচবা তাহনগ্রে।

ইবেমহলদি মৈ চাকপা অদুগী লাংনরিঙৈদা ইঙাও-ঙাওদুনা চেন্দুনা চংখিবদো কনানস্তু থিবা খংদ্রি। হুমিৎ থরগী তুংদা

থেংলবা অহিংদা কনামতনা অয়ুক-মুংথিলদা ফাওবদা চংবা ঙম্ন-দ্রবা অতুগুম্বা তমখীরবা শা-কৈনা থল্লবা নোংমাইজিংগী লোক্নংগী চীং লম্বী অশুকপা অমদা মাঙথ্রবী মচাবু কৌহুনা লাক্লি। মচা শেৎন-খাম্ননরবী মমাগী অরাবসে তাইবং মপুনা য়েংবা ঙনদ্রমানে ঙসিদি অরোইবা মতম লাক্তুনা মাংদা খঙহৌদনা চরাম্নবা "পাম্বা কৈরেল" অমনা শারাক তমগদৌবগী লৈরি।

পাম্বা কৈরেলতুবু উরগা অকিবা পাখৎপদি লায়রহুনা অরাবা কোক্লগনি থল্লহুদা হায়রকই—"পাঙ্গলবা পাম্বা নঙনা শোল্লবী ঐবু শারাক তম্লগে খল্লিব্রা? ফরে ঐহাক্কী অরাবসে কোকপীরো ফত্রবা তাইবংগী থুক্তা লোইগদবগী শরুক্তি পাম্বা নংগী নচিঙ্গাক ওইবিরো" হায়হুনা চঙশিল্লকই। মচাগী মিকাপ্নবদা য়াঙ্গংলবী অশোম্বীসে নোংমাইবু কোল্লিরা কৈরেলগী থয়াংতা তাখিহুনা পুন্সি পিথম্নগ্রে।



# ১৭-অৱাবা কোকপা

থোক্লম্বা সুমিৎ তাখিদুনা ঙাল্লম্বা মঙালস্সু মাঙখিদুনা পুম্নম মমপ্রে। থাবল ফগদবস্সু থাবুং মতুং খরা হৌখিবনা থাজগী মঙালস্সু লাক্ত্রি। অমম্বা নতম্নগা ওইবনে। অমদি অমুক্তা লাক্ত্রি-বা মকমগা ওইবনে মাঙপ্রিবা মরুপকী লৈফম খণ্ডবসিদদি চিং-নবস্সু অস্সুম অস্সুম হেনগৎলক্লে।

চাংভল ফত্তবা মী ওইরুবদগী য়ুমদা লৈদুনা পোথাবা ক্লং-খিদ্রে। মহাক্কী লৈফমসে খণ্ডবদা য়ানা থোকপা মফম্নি। শুক্ল-বা চিংথৈ লোক্লুংগী চীংনুং অমগী লোক্লুং অমদা মতম চংনা শেম-শাদুনা হুৎলবা শুরুং মনুংদা তৌরিবা থোরাংদি অঙকপনি, য়াম্না চেকশিন্না মথোয় মশাবু ঙাকথোকপদা খুদোং চানবা তৌই অমদি নিংথিনা লু-হেন্না লানবল শেম্মী। অত্তুগুম্নবা শুরুং মনুং-দুদা ফত্তবা লৌশিং কয়া থম্লদুনা লৈরি।

চিংনবা য়াথলগা লোয়ননা শুক্লবা চিংনুংগী অশুকপা লম্বীদা শ্রোং-শ্রোং লাওবা খোংথাংনা অমম্বা অহিংসিদা লাক্লি। মম্নবা অহিংদা কিরদুনা কপ্লিবা মকুগী "কু-কু" খোঞ্জেলনা তাইবং পুম্বগী থম্মোইবু অকিবা পোকহল্লি। অমম্বা অহিংদা লশ্মাংদা

চাক্তারিবা লমছুইগী খোঞ্জেলনা মাইকৈ থুদিংবু নিল্লি। নোং হাং-খিবদা ওাইখিবনা উনাদা পকহৌবা নোংলিক্লা মুংশিংনা হুমকপদা নোংঙাল্লনদাইগী লিক্লাগুম লৈমাইদা তোপ-তোপ লাওনা লম্মাংগী শা-উচেকশিংগী অকিংগী খেক থইরবা খোঞ্জলক্তা তিল্লরি। অহিংগী অমম্বদা লাক্লিবা খোঙথাং অনিসে কয়াদা ঘানা লাক্লিবনো! গুক্লা-মম্বনা লম্বীস্থ উবা ফংদে। মাথুনা-মাথুনা চংপদা লম্বী থইর-বোই নিংথুনা কুমথরুবদা লৌকচাও থইরম্বস্থ কোঙ্গাইনি। অস্থুম্না তপ্পা-তপ্পা লাকপনা লোক্লং অথুদা কুমথরকপদদি থোইদোক্লা চিংনবগী মশক্লি।

গুক্লবা লোক্লং অথু লাম্থোরকপদদি, ঙসাইমথৈ লোংলম্বা থাজস্থ নোংদোল থক্তা মঙাল ফাওরক্লে। খরা ঙাল্লবসিদদি নে-তাজরে। অসিগুম্বা তাল্লক অসিদা খোঞ্জেল অমা—"কনা কনা থইরবনো! ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু" হায়বা অসথক তারমই। খোঞ্জেল অসি তারকপদা, অত্তিয়াদা মংলম্বা লৈচিল-নোংফাইস্থ মাবংগী ঈপোম্মা হুমদোকখিথুনা অতিয়া পুম্বা থাবল মঙালতনা ইঙাল ঙাল্লকই। লাংত্রকনা মরুপ অম্মিথুনা খোঞ্জেলথুগী মাইকৈদা চংলক্লমী। মমৈথংদা ইরোয়াইমনা খঙ-হৌদনা লাওরকই "শোইত্রে, শোইত্রে মী অসে ঐখোয়গী মরুপ ইবোহলনি।" মরুপ ঐখোম লাক্লে, য়ারস্থ নংগী মরুপশিং য়ো-রক্লে হায়না চঙশিন্দুনা ম্রেংবুবদা খৌরাংনা চিজরিবা মীশক অহু-মক থইরমে। পুল্লমিবা খোল্লিজো থাদোকনুনা কোনথংশিরে। "পুকচেল চাওরবা নখোয়বু কনা কনানো?" ঐগী শিরমদাইগী

মতমদা কম্বীরিবা মরুপখোইগী লমন তোল্লবনি য়ারবদি ঐহাকপু অরাম্বা খৌরাংবসে হান্না অমুক্ত কোকহনবিখো, চোকথরবা হক-চাংসে অমুক্ত তেংবাংবীয়ু" হায়রকই।

"ঐখোই নহাক্কী মরুপ ইবোয়াইমা অমদি ইবোচৌবনি।" মহাক্কী মরুপশিং ওইরম্লবসিদা হিংদি হিংলগনি হায়না খনজেদো, মরিংজেল খাবগী হৌনবা হৌগৎতুনা চৎকে তৌই; হৌগৎকে তৌ-বদা লৈমায়দা তুরে। পন্থবা তৌদনা মনাক অনক্কপা খুন অমদা পুশিন্দুনা লাইকম্লরে। মশা অত্তু মপুং ফানা পোত্থাহন্দুনা পিজ-পিথক তৌরত্তুনা মুমিৎ থরা খুনসিদা লৈরে। মতম কুইনা রা-রক্লবা হকচাংদো, পোত্থারবা মতুংদদি ইতেক তেকখৎলে। মপা-ঙল মপুং ফারক্লবদা মখোই অহুম থোকখিবা থৌদোক পুম্বা থম্লরত্তুনা মহাক্না লমজিংত্তুনা তোম্নুরেম্বীগী নাক্তা চৎনবা থৌরাংশ্রে।

মীওইবগী পুন্সিদা খুদোংথিবা কয়ানা অপম্বা পীত্তুনা ফিংবা কায়বা কোঙ্গায়নি। হৌশ্রবা মতম্মু নিংশিংত্তুনা নিঙমদবা হৌন-শানি। হৌশ্রবদি হৌশ্রসম্মু, চৎশ্রবদি লাপথোকখরে! ঙসি থোকইবা মুমিৎসে ওইররোই হয়েংদি, লক্লোইঅমুক হম্না, পুম্নমক্তো থম্লুরগনু। পাংথোক্লসি ইথৌদাং। মতম অমদা নিংথিরবা ফজরবা কয়া-কয়ানা লৈতেংত্তুনা শেম্লম্বা লৈমরোল কয়া মতমগী ঈরোম্ংদা তিনখিত্তুলা ঙসিদি পাক্লবা ঈপাক ওইরি। ঈপাক ওইরম্বা কয়া চাউরবা চীংজাও ওইরকই। চীংজাও কয়া লুপ-খিত্তুনা পাং ওইরকপম্মু য়াওরি। মতমগী খোঙলৈনা মালেম

লৈমাইবু ফিবম কয়া শেমদোকই। মীওইবগী পুন্সি চৎনবী অমদগী চৎনবী অমা, মমা-মপা কায়নবগী, মচা মনাও কায়নখিবা কয়া মতম্মা অওম্বা পুরক্কুনা কাওনহল্লি। অরাবা কয়াসু মুংঙাই-বদা ওন্থোকহল্লি।

অশোমদা নোংমাই চীংনী খুক্কপাদো মচা পোকচল্লরো তোম্বুরেম্বীবু মচা মক্সি খন্না মচা লৈবগী মুংঙাইবদো ফংলি। নিংববু কল্লবদি থোকঅবা অমা লাকই—মুজাগী নিংজবগী অরাবদো মপু মহাক্না উবিরহুন্না ওসিদি মহাক্কী মুংশিজরবা মশাবীদো মহাকপু লৌশিনবা লাক্লবদা হরাওবগী ওমখৈ নাইখিত্রে। "অরাবা কোক্ল-গনি, পুন্সিদা য়েক্ল খুরৌ চল্লরোই, নিংতম্বা পুন্সিসে মুংশি কাদা লৈজরগনি" খণ্ডরুবা ইহুলদো "মতারোই"গী রাখল অমুক নিং-শিংলক্কুনা মুংঙাইবগী ঈথক মরক্তা অরাবগী ঈপোমসু কারক্লি। মতারোইনা হায়রম্বা মাগী পুন্সিসে নোংমাইজীংগী শিনলৈমা ঈকোম মনাক্তা লৈরি হায়বসে কনাদসু খঙহল্লকসু" হায়বা রাফম অসি হায়দোক্কুনা মতারোইগী রাশক কায়হল্লগত্রা খম্বদা অরাবা অমা ওইরম্মী। অতুম ওইনমক নিংবা খুংগনি খন্দুনা রাফম পুম্নমক মখোয়দা খংহল্লম্মী। তাইবং মীওইপোক হায়বসিদি রারগনা পংবাদ রাবা, মুংঙাইরগমা অরাবা খঙদনা মুংঙাই মথোই কাজবা, অরাবনা মুংঙাইববু কাওহম্বগী মহুত্তা খল্লরগা অরাবা হেল্লকপসে হৌনশানি।



# ১৭-লণ্ডজবা কোকপা

কম্বোংপুংকী চাওরবা থুঙং লানথোক্তুনা লাকপনা থুনগী অরোইবদা লৈরিবা "অত্তিংঙা শিদবগী লাইশঙ" মনাক্কী লৈকোল অহু য়োরক্লে। লৈকোল অহুমু থোইদোক হেন্দোক্লা পুক্লিং হুনব-গী মশক ওইরি। হাইথরক্লিবা লোইবী চীংগী চীংয়াদা লৈরিবা, পাকতক্লা ঊরিবা লৈকোলনি। নিংথিরবা লৈকোল'দো লাম্থোক্লগা চথংখিহুনা লৈমহলগী লৈফম চীংদা কাখৎলক্লে। নোক্ল-চাওরবা কল্লক য়েংথিনা থল্লবা মালেম লৈকোইদা অফবা চাওখৎনবা তৌ-রকপদা অমনা অমবু য়েংশিন্নবা হৌনশানি। মনিং তম্না কল্লক-য়েংথি লৈজব্রবী পুন্সিবু কল্লক্তুনা হুইরোইশিং লোইন্দুনা মাংহ-নম্বা চাওজ্জনা লুচিংহুনা চংলিবশিংহুনা চীংখাদা ইবোচৌবথোইনা লাকইবদো উরহুনা খৌরাংনা ঙাইরক্লবা, হৌদোংনা উচি লাকপা উবদা তাঙ্গা ঙাইবগুম তেম্রশিংলহুনা লাকইবা মাইকৈ তম্না কুমথরক্লে।

ইবোচৌবগী মীশিংদি য়ামদ্রবসু থৌনা ফবা ওইবনা মাই লৈহুনা চেল্লমদে। লেপ্তনা কুমথরক্লিবা, লেপ্তনা কাখৎলক্লিবা থোঙথাংশিংসিনা নকশিন্নরক্তুনা অমনা অমগী মাঙদা থংতুনা

লেপ্পরি। চাওভলনা হায়রকই। "ইবোচৌ—ঐহাক্ত নখোইবু ঙাইরকপসে কুইরবনি ঙসি নখোইনা ঐহাক্ত থেংনরিবসে নখোইগী অরোইবা মুমিংনি"। ঐহাক্কীনা নিংবা থুংলবনি। নখোইবু পাম্মুরবদি ননাক্তগী মুপীমচাদো ঐঙোন্দা শিন্নরমউ"।

ইবোচৌনা—থৌনাফনা "অঙকপা রাঙাংনি, অদুগুম্বা রাহে অদো ঐগী ইফমদা অমুক হন্না হায়গম্মু শাবী-শানৌশিংগী মফমদদি মী থুদিংমক মশাবীগীদমক্তদি নিংশৌদগীমু হেন্না চাউই অদুগা শামুদগী হেন্নমু পাঙ্গল কম্বনি হান্নবসে নহাক খঙত্রমানে"। ফক্তবশিংদুদি রাশিংদো তারুদনা মুপিমচাদুবু নমদুনা লৌহৌরগে হোৎনরক্লে। য়েংদুনা লৈবদি মতাং নত্তবনিনা ইবোম্বাইমাম্মু পম্বা তৌদনা চোংশিন্দুনা চাওভলগা ফুনরে। ইবোচৌবম্মু থুলে থুনা চাওভলগী মরুপ মাইপক্কো চোংশিন্দুনা ফুন্নরি। অতৈ লৈহৌরিবশিংদুম্মু ইবোহলগা ওনশিন্নরক্লে। ইবোহলনা মখোইদগী থুংলাই অমা মুল্লদুনা হৈ-শিংনা ফুনরকই। তোম্মুরেম্বীদি তৌফম খঙত্রদুনা ময়ামগী মতৌদুদা মথৱাই বানা লৈজরি।

অঙকপা থৌথোক হায়বদুনি, তুমিন্না লৈরিবা নোংমাইজিং চীংজাওনি অদুবু খঙহৌদনা ইবোহলনা ফুনরিবা মফম অদুগী চীংমাই'দু অকিবা ফংবা অঙকপা খোঙ্গেল অমনা মালেম পুম্বা তুম্নগদবগুম ঙংলদুনা নিংখাইরকই। (নোংমাইজিংসে কিরগুম্বা অমাংবা উশিংতবা তৌরুরদি হৌজিকম্মু নিংখাইরকপা য়াই হায়না খল্লি) ইবোহল অমদি চাওভলগী মীশিংদু নিংখাইরক্লিবা লৈপাক্লা ওম্বখিবদুদা য়াওখিদুনা ফুনজিন্না য়াও, ওম্ববদা মখোঙ তেকপা য়াও অমগা-অমগা ননশিনখিদুনা চীংমাই'দুদা মথৱাইগা হকচাংগা

খাইননা ঈহিং-নাহিং শানা তারি। থরনা চীংখা তাম্না ওন্থখি-হুনা লোক্‌ংদা তাশিনখিহুনা মকমহুদা লৈরম্বা মু,পাকতা তাহুনা লৈরি। ইবোহলস্থ ফত্রবশিংহুগী মরক্তা থরাই থাগ্রে।

ইবোচৌবদি খরা লাপথোকখিবদগী মখোইগী মফম অহু ফাওবদি য়োৌফাৎলরদে। খুদক্কুদা নিল খোংবা খোঙ্গেলগা লোয়ননা চীংমাই অহু অমুক নিকপা হোৌরকই। নিংথাইরকপগী মনিল অহুদা খোঙফম অমা শোইখিবদা মাইপাক্লা থজিন্দা কিম্না থিন্দুনা নিংশা থিংহুনা তুগ্রে। মাইপাকস্থ মতম মাঙহল্লমদনা লাংদা থুরবী কাংঙাগুম লৈজরিবীদো ফাগদবগী চঙশিল্লকইবদা নুপীমচাহুদি মথরাই হিংনবা কম্না চেনখিবহু উরুবদা থোৌনা হাপকৎলহুনা ইবোয়াইমানা চাওভলবু, ফুদত্তুনা তুহল্লম্রগা পম্থবা তৌরমদনা কম্নবা তাম্নখ্রি।

ইবোচৌবা অমদি চাওভলস্থ নোংশাগুম অশাওবা ইহুনগা লোয়ননা অমনা অমবু শেগাইহুনা লংশেক্লরগে পাইশিল্লরকই। খঙহৌদনা নিক্লকইবা অকিবগী মশক ওইরবসিনা হৌরিবা উপাল কয়া ভেক্কুনা চীংমাইহুদা তারকলি। মরা চেৎতবা উপাল কয়া-না মক্ক কুক্কুনা অমগী মথক্তা অমা তুথরকলি। মকম চেৎতবা মুংক্লাও কয়াস্থ ঙম্নবা লোক তম্মা চেন্থরি। চীংমাইহু নিকপনা খোঙফম কাওবা চেৎপা ঙমদ্রবা তাঞ্জনি, অশাওবগী মৈনা চেন-খিবদগী ইবোচৌবনা, চাওভলদা কাওবদা থবাক্তা পান্দুনা লোংনা অঙম্না চিংচেপ্তা হাইথগ্রে। খুদক্কুন্না মনাক্তা হৌরিবা উজাও অমা অকিবা শহুমগা লোয়ননা তুশক্কুনা ফক্করহুগী হকচাংদা মনগ্রে।

ইবোচৌবা পম্ববা তৌদনা তুরোই-ভাল্লোই তৌনা মশানৌনা চেনখ্রিবা মাইকৈছু তম্না চেনলকলে।

কম্না নিল্লম্বা চীংমাইছুস্ থর-থর তপথরক্কুনা লেপখ্রে। কল্লক চাওরবা মীওই অসি তুথরক্লিবা উজাওগী মখাদা অছুমক থরাই থাখ্রে। শেংলবা চীনগোই তুরেনগী হৌরকফম নোংমাইজীংদা থরাই থাবা ফংলিবা মীওইশিংছু ঙসিদি চীনগোই ঈচেম্না চাম-থোকপীছুনা হিংলিঙৈদা তৌরম্বা ফত্রবা থবকশিংনা লঙজরুবদো অশেংবদা তিঞ্জরি।

হৌজিক্তি চীংমাই অসে অকিবগী মশক ওইরে। উজাও কয়া তেক্কুনা অমগী মথক্তা অমনা ননশিন্দুনা তু-তুছুনা লৈরে। নিংথাইখিবা চীংমাইগী লৈপাক লৈকুপশিংনা চাইথোক্কুনা মাইকৈ শীন থুংনা শন্দোক্কুনা লৈরি। মপাং কায়নরবা পোম্বী-চেক্লা কয়ানা য়াক্ল-য়াক্ল খোংবগী খোনজেলনা নিল্লি। খুদোংথিবা মরক অসিদা মশাবু কঞ্জনবগীদমক কয়াদ রানা চেঞ্জরক্লিবা! তৌফম খংদ্রবী মুজাসে চেম্ব ঙম্বগী পাঙ্গল লৈশিল্লক্ত্রে। অমুক তুশিন অমুক হৌগৎ তৌছুনা চেল্লকপনা মশাছু চৈনা থিন্দুনা অমদি চীংগী কল্লবা লৈবাক্ত থেংজিনবদা খুকউ-খুদাংনচিংবা পুমতৎ-তৎ-পমখৈ হুদৎলে। নারক ফাওছুনা চেল্লকপনা নাপী শিংনাংনা য়াৎপদগী ঈহিং-নাহিং শারে। ইল্লিবা ফি-ছুস্ চৈ-লাংনা পন্দুনা শেগাইছুনা মচেৎ-মচেৎ লম্বীদা তাহৌরেদো।

শিবা নত্রগা মিংচৎ মাঙবগী মায়োক্তা মফম খংদনা চেল্লক-ইবীদো শিলৈমা ঈয়োক কোম লৈরিবা চীংয়াংছুদগী হায়থখ্রিবা অনদ্রো তাখ্রিবা চীংমাইরোমদা লৈরিবা পাৎ মচা অছুগী মনাক্তা

অচৌবা থুমখোং অমা লৈরিবত্নগী মপাল য়্নোরকলে। মফম অসি-দি পুমহাং হাঙই উপাল-রাপাল করিমতা হৌদ্রে। ফজরবা হৈরাং লৈরাং কয়ানা লৈতেংত্নুনা থাংজিং চীংগী লৈকোলগুম নিংথিন পুক্লিং হুনা লৈ। রাবনা ফে লাউরবীসে থুনখোং মপান্দা তুথরকলে। তাপ্লত্নুদা মাইপাক্লা, তুরোই ঙামলোই তৌনা চঙশিল্ল-ক্লুনা নিংশা ফুইনা হোলত্নুনা হায়রকই "নহাক্কী চেনফম লৈত্রবনি লাকলো চৎলসি" চঙশিন্দুনা খুদাং পায়গে তৌই। মতাংসিদদি নোংশা অমোমগুম তঙাই ফদনা মুপাত্নুবু লাম্বা পাননবা শেমল-ত্নুনা হায়রকই।

—"নখোইনা ঐহাকপু ফংনিংলবদি লাও চঙশিল্লকউ মাই লৈত্নুনা চেনগেদি খনগনু, মুপী ওইবী থৌনামু খঙউ। শোল্লবী মুপীনি মীরাইগনু।

রাহৈত্নুদা "নহাক্কী ইবোচৌবসু শিহৌরবনি, নংগুম্বী মুপী-মচাগী করিসু কান্নবা ওইরোই লাও থৌনা ফরবী নংগী লম্বীদি ঐগী তুংইল্লকউ" হায়ত্নুনা পাঙ্গল লৈত্রবীনি লাইনা পুখিবা য়ারনি নিংত্নুনা চোংশিন্দুনা খুদাং পায়রত্নুনা চিংলুবদা শরিৎ-শারাৎ তৌত্নুনা নানথোক্লবা হোৎনরকই, অরাবনি খোঙফম অমা শোইখিত্নুনা মপালদা লেপবা ফাওবদা চিংথরবা রাশাং কয়াগী মরেপ ফংত্রবা থুমখোংত্নুদা ভাশিনগ্লে। তুংদা তান্নরক্লিবা ইবোয়াইমা ওইরম্নি-বমতৌত্নুদা চেনশিল্লক্লুনা ঙারাকপীনা ঙা লাকখিবগুম মঙকশম চপখাইদনা হায়রকই! "নঙনা লাপ্তরবী মুপীমচা অসিগী থবাই মাঙহল্লবনিনা নহাকসু অশিবগী লৈবাক্ত থাবিরগে"

ফনা হৈ-শিংলবা মাইপাক্লি, অদুবু অচুম-অরান অনিগী লানফমদ মরালনা মপোৎ ফারদুনা শরিৎ হৈরবা হুইনাওগী মাঙদা চেন্বা য়েম্লাও তাদুনা তোক্লে। মথন্নাই হিংনবা ইক-ইক তৌরদুনা হায়রকই। "মুপিসি হাৎপা নত্তে ঐবু থাদোকপীয়ু, লানদ্রে ডাকপিয়ু" হায়না তৌশিন্নরকই।

তাৎ-হৈরবা মাইপাক্লা তাঙ্গা য়েংদুনা ইবোয়াইমবু থাজহন্দুনা নানথোক্লবা হোৎনরক্লীবহু তারুবগী মহুৎতা থুমখোংহুদ ইনথরম্মী পংলাই-লাইবা মীওই নত্তবনা ইবোম্নাইমাবু মখোঙ ম্লানদুনা চিংথ-খিরম্মী। ফত্রবদুগী খুৎপাই চাখিবনা অমুক ফাওগৎলকখিদ্রে।



# ২০-অরোইবা পন্থুংদা

লৈমহলস্থ নোংমাই খুঙ্গাওদা অফ-ফত্ত য়েংলুরগা হল্লকপগী লম্বীদা চিংননিংঙাই ওইবা শক্তম অতু নোংথাংগুম উখিবতুদা খোঙ্গুল লিরকপনা থুমখোং মপালসিদা থুংলম্মী। খোংলৈ খরা থিনখিবন কম্বদি নংহৌদ্রে। করম্না ব্বারোইদগে মহাকস্থ মীওইবানা মুপী ওইবীনি। লাংতক্লবী পুক্লিংদো মওন-মওন খল্লক্লে তৌফম খঙলক্লে। মশাবী অতুনা মাগী খোঙ্গুল লিরকপদা ফত্রবা মীওই-শিংতুগা থেংতুনা লাঙ্গদবা পুন্সিদো খাংউথক্লা মাংথ্রবরা হায়নবু চিংনৈ। থুমখোং তম্না চংলক্লুনা ঈরু কারবা লাইজতুবু য়েংলতুনা,

"ইবুংঙো। মুজাগী থব্বাই ওইজবা
কৌজবসে তাদ্রব্রা, খুমলরোইদ্রা অমুক
মীরমলেনসিদদি তোঙাল্লবী ওইখিবনা
ননাক্লা লাকপস্থ ঙমখিদে
ঐবু ঙাইরমখো তুংইল্লকলগে"।

থ্নমখোংতুদা চোংথ্রগে হায়নবু থৌরাংলক্লে। খ্বাইগী তুংদা তাম্নরকইবা ইবোচৌবনা মওং অদুবু উরক্লে। "লৈমহল! নহাক্কী থৌওংদো করিনো, ঙাইহাক্তদি ঙাইখো ঐহাকস্নু লাক্লি"। খোঞ্জেলতুদা ঙকচাম্না লৈরিবৈদা য়ৌশিল্লক্নুনা "পুকচেল চাওরবী করিগীনো নাতোমত মাঙলগে থৌরাংলিবতুবু? কাখৎলকখোনে অমুক্তা"। "ঐবু তাইবংসিদা অমুক কাখৎলকখিগদ্রা। ঐহাক কারক্লরোই শেংলবা ঈরোম্নংসিদা লুপ্তুনা থ্নমখোং লাইরেম্বীগী থাম্নাত্তা চৎখিবনা ফরগনি ঐবু অমুক খাম্লগনু মহাক্কী নাক্তা য়ৌগ্রগে"।

"হায়য়ু ঐঙোন্দা অমুক্ত কনানো নঙনা তুংইনগে খল্লিবা, মখোয়শিংদো মফমসিদা য়ৌরকগ্রবরা? "শোইদ্রে মহাক অতুনি ঐগী মিয়েংদা নোংথাংগুম উখিবদো, হে! লৈচিল নহাক্না খনজিনীগ্রবা ওইরেকো, ওনথোপনিদকো ঐহাকসে পাংদেদকো করিগী কনবা ঙমহৌদ্রিবনো"?

ঐহাক হিংখিগদ্রা মহাক লৈত্রবস্নু" "ঐহাক্কী ৰাসে তাখো অমুক্তা কাখৎলকখো নহাক লাইরেম্মাগী শক্তম লৌরবী তাইবংবু নচাগুম খল্লবী মালেম্নু ঙাকপীরিবী ইমা শক্লবী অমা নত্রা"? মরক থৎনা খুমলকই—"মখোই পুম্নমক ঐখোইবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে ঐখোইনা মখোইগীদমক করি অমতা খল্লগুমসিরা?—"ৰাহং অতুগী পাওখুম করম্না পীগনি অতুবু কৎথোকপা ঙম্লবী, পুম্নমক মাঙজগ্রসনু! ঐখোয় পুম্বসে মপু মহাক্না তাইবং কুম্মৈ শাম্নরুরো হায়না মালেমদা থারক্লবনি। নহাক্না, নহাক্কী ওইজবা থাদোক-

পগী থৌনা ঙাকউ, ঐখোয় মখোয়বু নুংশিদবা নত্তে"। মশাগী অরানবা ৱাখল পুন্না লৌশিং লাক্লদুনা মোমোন নোক্লদুনা "ঐগী ৱাখল লাল্লুরে, ঐহাকপু ঙাকপিয়ু, ঐগী পুন্সি মপু মাগী মফমদা কৎথোকখ্রবনি। ঐখোইবু মপু মহাক্না থারক্কুনা তাইবংগী অৱাবা নুংঙাইবা কয়াবু খঙহন্দুনা পুন্সিবু মশক তাকপীরি। ঐহাক মপু মহাক্কী য়াথং মপুং ফানা পাংথোক্লমদ্রি পুন্সিসে হিংখিগনি"। থ্বমখোংদুবু তুংঙইননা থনম্নগা মহাক্কী লৈকম শিল্লৈম্না ঈকোম মনাক তম্নকলে। ইবোচৌবস্তু পুঙমদ্রবা খোংথাংনা অতুমক থাং-লকলি। খন্থবা ঙম্লবা ৱাখলদো অৱাবা কোক্লব্রা হায়বদি নত্তে, ইশা ইতোন্ত মাঙহন্দুনা পুন্সিবু চন্নফম লৈহন্দবা তৌরোইদবনি। শিগদবা লৈরবা মীওইপোক্কি তাইবংদা কান্নবা খরা পীরম্বনা ফৈ খল্লদুনা অৱাবদুবু ফাথজবনি। ঈকোমদ্ য়েৌরক্লবদা হায়রকই, "পুকচেল চাওরবী নহাকস্তু পাক-চাওরবা নোংমাই-জিংদা লাইরেম্ম'গী শক্তম লৌরগা পুন্সি হিংদুনা মীয়ামগী থবক তৌদুনা লৈহৌরো, লৈমহল লাইরেম্মা হায়না খংহৌরসম্নু, ঐখোয়্নগী অরোইবা পন্থুং য়েৌরক্লে। অরোইবা মতমসিদা অৱাবা কয়ানা লোইশিল্লো হায়না মপু মহাক্না তাকপীরক্কুনা শিল্লৈমা ঈকোম অসিদা অৱাবগী ঈপাক্তা লুপ্লরি। মপু মাগী পুক্লিং নুংঙাইনবা থোকখ্রবা ঙাক্লি। হৌখ্রবা মতমনি খল্লগুমসি মতম লৈএ। ঐহাকস্তু অৱাবা মৈচাক কোক্লবা মপুগী থুবম তানখ্রগে" হায়না কায়না ৱাহৈ পীরকই"।

লৈমহলনা "মপুগী থুয়াদা কৎথোকখ্রবা ঐগী পুন্সিসে মতম

চুপ্পদা মপু মাগী মিংলেন কাওদনা মফমসিদা হিংজহৌরগে। মাগী থৌজালনা তাইবংসিদা নুংঙাই য়াইফবা পীবিবা ওইসন্নু। পোক্ল-ফম লমদমবু নুংশিবগা লোয়ননা চীনগোই ঈরুপফমগী ঈচেলনা তাইবং পুম্বা চামথোকপীদুনা অশেংবা, অইংবা অচুম্বগী লম্বীদা পুশিনবীদুনা তাইবংগী লঙজরুবশিংদো কোকপীহৌরসন্নু। নোংমাই-চিংজাওনা সনা মৈত্রবাক্কী নোংপোক মাইকৈ তাক্নুনা কংলৈপুং ইমাবু মতম লৈবা খিবিক্তা মাইকৈ মাপলবু য়েংলদুনা খোইয়ুম লাইয়ামগা লোয়ননা ঙাক-শেন্বীবা ওইহৌরসন্নু। ঐহাকসু লৈজ-হৌরগে, য়ৌবিরোকো নহাকসু"। কায়না য়্যাথং লৌরদুনা ঈকোম মপান্দা ফমদুনা থোকখিবা থৌদোক কয়াবু নিংশিংলদুনা অতাবা নুংগুম লৈহৌরে। শিল্লৈমা ঈকোমগী লুরবা লাইজদুসু মালংনা হুম্নকপদা ঈথক ঈপোম কারদুনা খাইনবৈ অৱাবদা তেংথাবা য়াওরি। মহাক্কী উনাগী খাংপোকশঙ অদুসু উজাওদুগী মশাশিংদগী তারকইবা উরিশিং অদুগী মরক্তা মবেন্মানা হঞ্জিল্লক্কবগী নুংগুক নুংজানদুনা ইহাং-হাংনা লৈহৌরি। থোক্লম্বা নুমিৎসু নোংচুপ চীংগী মরুমদা কুমথগ্রে। ইবোচৌবা খল্লোং লোমদদি কাখৎখিদদুনা পাখঙবগী শুরুং লৈৱিবা অদোমদা তপ্পা-তপ্পা চৎগ্রে। শুরুংদগী শেংলবা ঈশিং তারকই, ঈশিং অসি থক্লুবশিংনা কোক্লরি। লংজ-রুবা কয়া-কয়াবু খুদোংথিবনা থল্লবা মুংঙাক্তা ঙাইরবা চীংচেপ 'মপারি-মমোম' শাৎচদবা কয়াগী নিজফম অমকপা মীওয়না য়ৌঙমত্রবা মফম অসি য়ৌরক্লবদা থোকলম্বা নুমিৎসু তাখিদুনা মালেমদা শন্দোরকইবা অমম্বা মরক্তা লৈশা অমমলোক তম্না

চংখিদুনা ইবুধৌ পাখংবমক্কী শায়োনগুম অদুমক উখিদ্রে। নোং-মাইজিংগী চাওরবা চীংমাই চীংথকসে পুমচিক চিকখ্রে।

অচিকপা মালংগী ঈপোমদা হৌরিবা পামেল উপাল কয়াগা লোয়ননা শিল্লৈমা ঈয়োক কোম মপান্দা অতাবা মুংতুমগুম লৈগ্রবী লৈমহল, থুপথ্রব ইবোচৌবা অমদি মপূ মহাক্না লৌশিনথ্রবা মখোই-শিংগী কায়নবগী মৈশা লাংলবা শক্তমশিং অদুবু নিংশিংদুনা লৈ-হৌরে। লাংলম্বশিংগী পুন্সি লোইখিরগা লোয়ননা কম্বোংপুংকী অতিংঙা শিদবগী ঈকোমগী থরো-থম্বালসু মতমগী ঈচেলদা তাও-থখিদুনা শাংখিদ্রে। য়ারল পাংকী শংবান্নরবা অতিয়া মচুবু ঙমজবা লাইজ ঈশিংদুসু মতমগী ঈরোল্লুংদা লুপখিদুনা ঙসিদি য়ারল মমিংতা ঙাইরে। চীনগোই ঈচেলসু অৱাং পাংনা চেনখ্রি হায়বদা মঙাইরে। লাইজ ইপাল লাংনা পাংয়াদা অশংবা লৈনা-রক্তা হাইনা হুম্না মালংগী ইপোমদা শাংচরম্বী কোম্বীরৈ কৌবী লৈরাংদো মমিংত ঙাইহৌরে মালেম লৈকোল্লুংদা লৈশাং তমখিদ্রে? লৈরাংগী মুংশিরবা লৈনম মালংগী ইপোমলক্ত য়াওরকখিদ্রে। চীংজাও, উজাও, মথোল নাইরবা মুংগী য়ুমশিং লৈহৌরনি মীরোল কয়া ~~ফাওবা,~~ পুন্সি কয়াগী থোদোকতি ৱারিনবতা ঙাইহৌরনি। থম্মোইশিংসু অৱা-মৈৱা লাংহোরে মতমগী ঈরোল্লুংদা লুপথ্রবা খুঙবী উবিদ্রবশিংসে নিংশিংলুবদা।



খল্লবা

মথংগী খুৎনমদা পুথোকচরগদবশিং

(১) পল, (নোভেল), প্রেসতা নমলিবা
(২) লাইজ তুরেলদা (শৈরেং)
(৩) অমুবা থম্বাল (ড্রামা)
(৪) য়েন্নিং থানা লাকপদা (নোভেল)
(৫) খল্লিঙৈদা (নোভেল)
(৬) লৈকাই লৈকাই ইমাবু ইনেম্বোক্লা (ড্রামা)।